# ꯃꯤꯇꯩ ꯄꯨꯡ ꯄꯥꯂꯥ ꯃꯤꯡꯊꯩꯔꯦꯟ
# ꯄꯨꯡꯂꯣꯟ

## মীতৈ পুং পালা মিংথৈরেন
## পুংলোন





মঙাং শগোলসেম রাজমুহোন মীতৈ
অমাই পিন্না, মণিপুর পন্দিত লোইশং
সনা কোনুং

# ꯃꯤꯇꯩ ꯄꯨꯡ ꯄꯥꯂꯥ ꯃꯤꯡꯈꯩꯔꯦꯟ
# ꯄꯨꯡꯂꯣꯟ

## মীতৈ পুঙ্ পালা মিংখৈরেন পুংলোন



অহৈবা


**মঙাং শগোলসেম রাজমুহোন মীতৈ**

রাংজিং কৈথেল

অমাই পিবা, মণিপুর পন্দিত লোইশং

সনা কোনুং

[illegible]

**মীতৈ পুঙ্ পালা মিংথৈরেন পুংলোন**

---




অকিংবা : মঙাং শগোলসেম ইবুংঙোমচা মীতৈ
ব্রাংজিং কৈথেল
☎ ৯৮৫৬৩৬৩২১৫

অহানবা ফোংবা : ২০১২ ইং

কোপি মশীং : ৫০০

হক্ খুদিংমক অইবগীনি

মমল : লুপা ১৫০/-

নম্ফম : মণিপুর প্রেস
পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল
☎ ৯৪৩৬০৩৯৩৭৫, ৯৪৩৬২০৩৪২১

---

লাইরিক ফংফম : ১। মণিপুর প্রেস, ফয়ার বিগ্রেট ক্রোশিং
পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল।
২। মঙাং শগোলসেম রাজমুহোন মীতৈ
ব্রাংজিং কৈথেল
(অমাই পিবা, মণিপুর পন্দিত লোইশং, সনা কোনুং)
৩। সনাহনবী বুক ষ্টোর, পোলো গ্রাউন্দ মনিং
৪। রাজেশ বুক ষ্টোর, গবর্নর মনিং, পাউনা কৈথেল
ইম্ফাল।

ইদুনা লৈরম্ববু খরদং থেংনজরুই। অদুবু করি হায়গনি মতমগী লাংওন্ খোংলৈগী মতুংইন্না নোংম নোংমগী মিংখৈগী মরমদা চাউখৎলকপা "নাৎকী" হেন্না ফজনবা মখং-অহৈ ওজা কয়ানা পুথোক্পিরকপা ব্রাখল্লোন্ কয়া পুখৎতুনা হাপকৎলকপা অদুগা মথং মথং পুক্লিং ব্রাখল কয়া সেমগৎ শাগৎলকখিব অসি মীতৈ নিংথৌরোল্ কয়াদা অদুগা লোইননা ফজবা ফিথুপ, ফজবা ফিজেৎ, ফজবা শক্তম কয়াৎ অদুগা লোইননা, ফজবা পুংলোন্দ মখল কয়াসু, ইসৈগা চানবা পুংলোন্ পান্দুনা অখং অহৈ ওজা কয়া মুক্রা মথং মথং ইহুন মিহুন তাংথা তানয়েরোন্ কয়া পুথোক্পিরম্মি। অদুগা খেনচো চোংলোই (চোলোম্ম) চিংবসু কয়া পুথোক্পিরম্মী। পম্মৌ লাইগুল্লবশিংনা। অদুগা মতমগী ওজাশিংদা, নচানা নৈন তানরুবদসু ওজাশিংগী চিনবুংদা পুংলোন কয়া পুদুনা লৈরমই। অমদি ফজবা ফিথুপ, ফজবা ফিজেৎ, ফজবা শক্তম কয়া অমা লৈবমবসু থেংনজে। অদুগা অতৈ কয়াসু ওজাশিংগী উনকোইনুংদা, কয়া লৈরমখিগনি হায়না নচা শৈরাংবনা খনজৈ। পুংগী মরমদা খরদং থৌগনজবা অসিনসু লোইনাইদে।

কংলৈপাক্কী মীতৈ পুংগী লিক্লম্ পুথোক্চবগী ব্লারোন্ পন্থুংফম্দি অসিনি। যেন্থৌইংগী ইপা, ইপুগী পুংগী পরিং অমতং কাইদনবা থম্বা পামজবদগী নচা শৈরাংবনা মীতৈ পুংগী শক্তম মখল খরা পুথোক্চবনি।

লাইরিক অসি ইজবকপদা থৌব্রাই হকচাং য়াওনা ঐগী ইতেং পাংবিবকপা খংননবা মিংলেন পনজব - লুব্রাং তোইজম লসমোল মীতৈ, পুংয়েব, কোংখাম নম্বোলদা লৈবা ওজা অসিগা লোইনদুনা ঐগী য়ুমদা লৈমিন্নদুনা "মীতৈ নাৎকী ওজা" কয়াগী ময়ুমদা চৎমিন্নদুনা, নৈনবা, তানবা, কয়া তৌথিবা ওজাগী তেংবাং তৌবিমন কৎথোকপা লোইননা, ঐগা ওজাগা হোৎনমিন্নদুনা লাইরিক্ অসি ইজদুনা পুথোক্চবনি।

মীতৈ নাৎকী মরমদা কৎথোকপদা নিংহন্নদবা অমসুং লোইনাইদ্রবা মীতৈ লৈমগী মপারী অশেংবা থব্রাইগী মশক ইকাই খুম্নজরবা, মণিপুর প্রেসকী থৌবুরেল, নিংথৌজম কুমার মঙাং, লাইরিক অসি নম্বদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌথিবা প্রেসকী ইবুংঙো য়াইফবা মোইরাংচা, থৌরাংবা, লাইশ্রম তোম্বা

খুমন Retd. Insptr., খাঙবোক্তা লৈবা ইনাও অসিনসু লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবা চোকথবা লৈতনা হোৎনবীখিবগীদমকসু মতম চুমদা থাগৎচরি।

অমসুং অতৈ অতৈ পুকচেল চাওনা মতেং পাংবিরকখিব খ্বাইবুসু ঙমখে লৈতনা থাগৎচবি।

লাইরিক অসি ইজরকপদা অবান- অহুই কয়া য়াওরম্লবসু পংলবা তোম্লব নচা ননাইনি খনবিদুনা ঙাকপিয়ু হায়না তরা খাদা নোনজবি॥

পুথোকচবা-

১। মঙাং শগোলশেম বাজমুহোন মীতৈ

সমাই পিবা মণিপুর পণ্ডিত লোইশং স্না কোনুং

২। লুবাং তোইজম লসমোন মীতৈ

উত্রো শংলেন, স্না কোনুং পুংযৈব।

## মীতৈ ইনাৎ য়োক্প লুপ্
## মীতৈ পুংগী পুংলোন্
## পালা মিংখেরেন্গী মরমদা নৈনখিবা
### মীফম্ ৱাংজিং

১। ইকাই খুম্নজববা অহল্ ইবুংঙো, পন্থৌ- কোঞ্জেংবম নবচন্দ্রা মীতৈ অসৈব পুরেন্- ঙসিগী মীফম্ অসিগী মীথুংলেন্।

২। সুবদা মঙাং সুখাম্ মরু তোম্বী পীসুম্ মোংবা কংলা তুথুপ্ ঙসিগী মীফম্ অসিগী - মীফম মপু ॥

৩। সুবদা- মোইবাং থোক্চোম্ পৌসা মৈতৈ অসৈব পুবেন্ যাই কোংবা সৌদোন্পুং- ঙসিগী মীফম্ অসিগী অথোইবা মীথুংলেল্।

৪। নিংথৌজম মনাও - (বাজধারি) লম্দিং য়েলাং লৈকাই॥

৫। চনম্বম্ লসমোন্ মৈতৈ অশৈবা।

লৈফম্- কাংমোং লাংগোলজম লৈকাই।

৬। লুৱাং তোইজম্ লসমোন্ মীতৈ- পুংযৈবা- কোংখাম্ নম্বোল্ ॥

৭। মঙাং সগোলসেম রাজমুহোন্ মৈতৈ- অমাই পিবা, ৱাংজিং।

৮। খুমল্ লাইখুবাম্ ইবোতোম্বী মীতৈ পুংয়ৈবা ৱাংজিং ৱাংখৈ।

৯। মোইরাং মোইরাথেম ইবোহল্ মৈতৈ। খেবচীং অৱাং লৈকাই। All india Radio গী মতম ঈশৈ শৈশক্পা সঙ্গিত বিসারদ II

১০। সোরোক্খাইবম্ লম্ঙান্বা (বোয়াই) মৈতৈ পুংয়ৈবা চরাংপাৎ মনিং লৈকাই।

১১। থিয়াম নাওচা মৈতৈ পুংয়ৈবা - ৱাংবল লম্বোইথোং।

১২। লৈসাংথেম্ বীব লেক্চরর, থৌবান কলেজ রোর্ড।

১৩। মাইবম রামেশোব মীতৈ - এম- পি অৱাং লৈকাই।

মণিপুর এস: দি: পি: ও: মোরে- 03872-264370

১৪। লুৱাং থৌনাওজম্ কুন্জো মীতৈ- অমাই পীবা থৌপুবা

কৈরক্ তোমান্ মখোং পরেং॥

১৫। লাইথাংবম জোয়চন্দ্রা হৈরাংগোইথোং (9862125667)

১৬। নিংওম্বম ইরাবোৎ মীতৈ (ইন্তর্নেসনেল্ আর্তিস)

১৭। লাইশ্রম বিধানচন্দ্রা মৈতৈ

Asst. Professor, Zakir Huisen College, Delhi

(লমদিং লাইশ্রম লৈকায়)

১৮। খুমল্ লাইশ্রম তোম্বা মীতৈ রিটয়ার ইন্সপেক্টর, খাঙবোক পার্ট- ২ ময়াই লৈকাই॥

১৯। য়েলাংবম নিলচন্দ্রা মীতৈ- লম্দিং য়েলাং লৈকাই॥

২০। মঙাং নোংথোন্বম্ গৌরমুহোন মীতৈ - শিন্ফম পিবারেন্।

লৈফম- খুবাই কোন্সম্ লৈকাই, কংলা উত্রা সংলেন্গী পিবা।

২১। মঙাং খুন্দ্রাকপম্ রাধেশ্যাম মীতৈ ৱাংজিং, লমদিং থৌশিনকোন।

২২। খুমন্থেম কাশিরাম মীতৈ পুংয়ৈবা হৈরোক পার্ট- ৩।

২৩। মঙাং লৈমপোক্পম্ কৈরুংবা, মীতৈ পুংয়ৈবা। লৈফম ৱাঙেং খুমন্ ময়াই লৈকাইদা।

২৪। চোংথাম য়াইমা মীতৈ,নাওরেম উত্রপাৎ নমবোন্, উত্রা সংলেনগী অসৈবা সনা কোনুং।

২৫। চনম্বম লসমোন্ মীতৈ, অসৈবা। লৈফম - কাংমোং লাঙ্গোলজম লৈকাই।

# মীতৈ পুংগী পুংলোন্গী মরমদা
# নৈনখিবা অখং অহে লুপ্

মীতৈ পুংগী পুংলোল্ - পালা মিংখৈরেনগী, খোঙ্থোক্ ইরাই ইনিন্গী মরমদা অমগা অমগা ময়েক মসোন্ খোঙ্থোক মানদবগী মওং খরদি লৈ, অদুবু মসি, থোইদোক্পা রাফম্ অমদি লৈ। মমাংঙৈদা ওজা সিংনা মাগী মাগী মাংগোলদা লোইসং ওইরগা পুংগী পুংলোল্ অসি- মচা মনাও সিংদা তম্বীরম্মী। অসিন মরম ওইদুনা, ওজাসিংগী "খুৎ খৎ" পুংলোন্ ময়েক্ মানদবা খোন্থোক্ ইরাই ইনিন্ খেৎনবা খ্র খ্র লৈ। অদুন মরম ওইদুনা পুংলোন্ ময়েক্ ওইনা ইরক্পা মতমদা অমদগী অমান ময়েক্ মসিং হেন্বা, অমনা ময়েক্ মসিং রাংপা অসিনচিংব থোক্তবদি নত্তে, থোক্ই। অদুবু ওজাসিংন, খন্ন নৈনদুনা মথক্তা পুংলোল্ কয়া মখাদা পুংলোন্ কয়া, রাংলবসু কুপ্না খন্না নৈনরগা চীংঙু মিংখৈ সকপা সোন্বদ "কাইদনবা খন্নদুনা" অপুনবা "নাংকি" ওইব, "মিহুন - তাম্থা মান্ননব থৌগলহল্লি। অদুগা অমনা মীতৈ পুংগী পুংলোল্ অসি-অসৈবা ওজা কয়ানা মিংখৈরেন্ সৈসক্ কয়া পুথোক্লকপগী মতুং ইন্না- চানব তাম্থা মরোন্ কয়া, পুংলোল্ পুথোক্লদুনা ওজা কয়ানা, ঙসি ফাওবদা ফজবা পুংলোন্ পুথোক্পগী অরোইবা নাইদনা, লোইনাইদন পুথোক্লি। অদুগা মতুংদসু সৈসক্পা ওজাসিংন, ইসৈ সৈসক্ কয়া পুথোক্লকপগী মতুং ইন্না। অদুগা পুংয়েবা ওজাসিংনসু পুংগী পুংলোল্ তাম্থা ঙমখৈ নাইদন, "অহাপ্পা পুংলোন্" কয়া পুথোক্লকপা য়াই হায়না খন্নখি।

মীওইবগী মপোক লোইনাইদব - তাইবং মীওইবগী চংনলম্দাং "নাংকি" ওইব মিংখৈরেন্, ঙসিগী নৈনরিব নৈন লুপ্ন য়াম্লা কুপ্না খন্ন নৈনরবগী মতুংদা কংলৈপাক (মণিপুর) গী ওজাসিংগী মফম্দা লাইরিক্ অসিগী রাহে রাতা তায়োন্নখিবা কয়া য়াওরবসু ঙাক্পিনব নৈন লুপ্না, লৈপাক্ অসিগী অখং অহে- ইখ্বাই তরা খাদা নোল্লুক্চরি।।

## মৈতৈ / মীতৈ পুংগী মরমদা

## নৈনখিব লাইরিক

পুতিন্- ১।। লাংবুম্- ২।। লৈথক্ লৈখারোন্ - ৩।। মালেম্ লৈসেম্লোন্- ৪।। নোংখোংলোন্গী মতাং- ৫।। ইরেং পুব্বারি- ৬।। পাখণ্ডব লাইহুই- ৭।। কংলৈ উমংলাই হরাউবোন্- ৮।। সকোক লমলেল- ৯।। কাংবরোন- ১০।। তান্য়েবোন- ১১।। নিংথৌ চহি- ১২।। ইকম্ সংলেন্ পুব্বারি- ১৩।। চক্পরোন্ পুব্বাবি- ১৪।। খম্নাংবা খুনথোক্লোন- ১৬।। পান্থোইবি খোংকুল্- ১৭।। লোইয়ুম্বা সিন্য়েন্- ১৮।। চৈথারোন্ কুম্বাবা- ১৯।। পাফল্ লমবুবা- ২০।। অসিনা চিংবা মীতৈ পুংগী অবি /অনৌ মখল কয়ামুক্, য়াম্ন চেক্শিন্না য়েংদুনা নৈনজখি।।

## মৈতৈ/ মীতৈ পুংগী মরমদা

কংলৈপাক্ (মণিপুর) গী মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেনগী পুংলোন্ তাম্থা চৎনলমদাং অসি মমাংঙৈগী লৈজরম্বদগী, মীতৈ নিংথৌরোন্ মবোন্ কয়ারক্তা, মতমগী চৎনবা, চাওখৎলক্পগী মতুং ইন্না, মওং তানবা অমসুং ফজনবা ওজা কয়ানা হন্ন হন্ন সেম্ সাখিবদগী ঙসি লৈবিবা সক্তম্ ম ওং অসি ওইরক্খি। অদুগা সোন্ন পুংগী ময়াইদা, য়ৈবিবা মীতৈ পুংগী পুংলোন্ তান্থা, "তান্" মরোন্ অসিদি মীওইবগী "হক্কী" মিহুন্- ১০৮গী মতুং ইন্না,। মিহুন্ পুংলোন্- ১০৮ থোক্লা পুথোকখি। অদুগা সৈগোন্নবি, তান্য়েরোন্ পুংলোন্-১০৮ থোক্লসু পুথোক্পিরম্মী। অহাপ্পা পুংলোন্সু পুথোক্লম্মী। অদুগা পুংলোন্ মখল মথেন্ য়াম্খ্রে। সৈসক্কি তাম্থা ময়েক্ সেম্দুনা, ওজা সিংনা, খুদক্কী ওইনা থৌগন্নে। অদুগা অহাপ্পা পুংলোন্ হায়বসি মিহুন্ ইহুন্ তান্থা তাংকক্, ময়েক্ মপান্ নাইদে। চানবা তান্থা থিদুনা পুং য়ৈগনি হায়না ওজা সিংনা তাক্পি। অদুগা অমনা মেল্, পুংলোন্সু- ফম্দৌ- ৬৪ লৈবগী মতুং ইন্না মেল- ৬৪ খাইনা, পুথোক্লুনা লৈবম্মী। অদুগা তান্চপ্

পুংলোন্সু অচৌবা ৩২। মচা ৩২, অনি পুল্লগা পুংলোন্ ৬৪ সুনা খাইনা পুথোক্নুনা লৈরম্মী। অদুগা তান্চপ্ অসি ওজা সিংনা, সৈসক্কি মওং মতুং ইন্না মখল্ ৩ থোক্লা, খাইনা লৈ। অদুগা মিহন্ তাংকক্, কাংলোন্দি ১বা তানচপ্ মচা। ২শুবা তান্চপ্ অরাওবা। ৩শুবা তানচপ অচৌবা। অফৈবা অফাক্পা অসিনি। অদুগা মীতৈ পুংগী লাইপৌ "পৌসা" পুংলোন্সু- ৩২ থোক্লা পুথোক্খি। অদুগা মেলকুপ পুংলোন্ পুথোক্লম্খি। অদুগা সৈরোই পুংলোন্ পুথোক্নুনা থৌগল্লগা থৌনি মতোন্ লোম্বা থৌবু পাংথোক্খি। অসুম্না মীতৈ ইপা, ইপুনা "নাৎ" কী ওইবা থৌরম চৎনবি অসিবু পুথোক্পিরম্মী। অদুগা অমনা মীতৈ ইপা ইপুগী "লোন্ অমসুং ময়েক্কী মতেংনা" "কংলৈপাক্কি য়েল্লৌমী, খুন্নাই অসিগী, সক্তম্ মসক্ তাক্কনি। অদু নত্তনা, অতৈ অমগী পাম্বৈনা, সক তাক্পা ওম্গদব মান্দে হায়ন নৈনরিবা পল্লৌ ওইব সিংনা, তাক্পিরম্মী। অদুগা পুংগী পুংলোন্সু মখল কয়ামুক্ ওজাসিংনা পুথোকপিরম্মী। অদুনা ঙসি ফাউবদা মিংখৈগী সৈসক্লা, অরেপপা লৈতবনা, পুংলোন্ পুথোক্পসু লোইনাইদে হায়না খন্নখি।।

**মীকম্দা**

---

১ পুং, সেন্- ২ গী সক্তম্না মিংখৈগী মতিক্ ময়াই পুথোক্পিবা অসি, খোইয়ুম্ লাংওন্গী মসক্কি হায়না খন্দুনা পুং, সেন্ ২গী, "মতিক্ ময়াইবু" তাইবং চান খরুম্লে।।

## মীতৈ ইনাৎ য়োক্পা লুপ্কী
## মীফম্ মপুগী ৱারোল



কংলৈ মীতৈ পুংলোন্ পালা মিংখৈবেন্গী মবমদা নৈনখিবা মীফম্ অসিদা মখাগী ৱাবোল্ খব অসি সাগৎনবা নৈনখি। হায়বদি কংলৈপাক্ "মণিপুবগী" লোন অসি ভাবতকি ৮শুবা শেদুল্দা চন্খিবা অসি তাং ২০।৮।১৯৯২ ইং, দা ভাবতকী প্রাইম্ মিনিষ্টব নবসিংহ বাওনা পুখৎপদুনা চন্বিখ্রবনি। মবম অদুনা মীতৈ ইপা, ইপুনা, য়েল্হৌঙৈগী লৈজবম্বা, মাংলম্ চৎকী পুং মখলশিং অসিগী পুংলোল্ অমসুং মিংখৈগা লোযননা পুথোক্পা, অদুগা "মীতৈ ঈশৈ" অমসুং "পুংলোন্" অমদি মিংখৈবোন্শিং অসি "তশেং- তশেংনা" পুৱাবিগী লামাই মতুং ইন্না কাচিন্-কোযা মুন্না য়েংশিন্গদবনি।

অদুগা অসিগুম্বা অকুপ্পা মিৎযেংনা মবম ওইদুনা পুং অমসুং ইশৈগী মতাংদা কাচিন্- কোযাদা অতোপ্পা লোল্ শিজিন্নবম্বা - য়াওববদি তঙাইফদনা লৌথোক্লগা, মীতৈবোল্দা শেংন শেংনা ইবসি হাযনা ভসিগী মীফম্ অসিগী মপুওইনা ঐনা লাউথোক্চবি।

মীফম্ মপু

মঙাং শুখাম্ মকতোম্বী মৈতৈ

পিসুম্ মোংবা কংলা তুথুপ্

চৈচৎ ২১।৩।২০০৭ ইং

খু: ১৯২৮ হিযাংগৈগী

থানিন্ নুমিৎতা পোক্খি



ওজা ইবুংঙো শগোলসেম রাজমোহোন্ মঙাং, ব্রাংজিং কৈথেল্দা লৈবনা হন্দক্ মৈতৈ পুংগী মবমদা নৈনবা লাইবিক, মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্ পুংলোন্ অসি পুথোক্পীগনি তাজবদা যাম্না নুংঙাইজে।

লাইবিক অসিনা মৈতৈ পুংগী মবম খংনা নত্রগা খংদনা লান্না লৌনবম্বা মশক, থাজনবী অর্মাদ ব্রাখল্লোন কয়াবু ঙসিগী অমদি তুংগী মীবোন্দা মযেক্ শেংনা খংহনবদা অচৌবা মফম অমা কন্বা ঙম্গনি থাজজে॥

মতুংদসু ওজানা অসি গুম্বা মখল্গী লাইবিক্ কয়া পুথোকপা ঙম্বা ইবুধৌ পাখংবনা থৌজালবীবা ওইসনু॥

His Highness the Maharaja (King) of Manipur.



মঙাং শগোল্‌সেম্ রাজমুহোন- ৱাংজিং,- মীতৈ ইনাৎকি- লাইনিংহন্ কয়া পুল্লগা "ফম্বে মীফম্ পাংথোক্লগা, মীফম্ মপুনা তাবিরম্বা ৱারেপ্ মতুং ইন্না, পুথোক্‌চরক্‌পা - কংলৈ মীতৈ পুং অসিগী মতিক্ ময়াই অসি য়েল্লৌঙৈদগী হৌন লৈজরম্বা, মীতৈ খুনাই ঐখোয়গী ওইব - মাংলম্ চৎতগী চৎনাজরম্বা নাৎকি ওইবা, ইপোৎ ইরন্ অসি থাদোক্‌পা য়াদব মওংদা, অকাওব লৈতন চংশিল্লক্‌পা/অদুগা হৌজিক থিজিন্‌বগী মতম্ লাক্লবন, অরিব লাইরিক্ কয়া খোম্‌জিন্দুন, "পুথোক্‌পিরকপ অসিনা" হৌজিক্‌কি মতমদা ইরৈবাক্, মীতৈ ইনাৎকি ওইবা থৌগল্ তৌজগে হায়না চোংথোক্‌পিরক্‌পা মহৈরোই, সিন্‌তম্বা / সিন্‌তম্বী কয়াগী, তুংগী মিবোন্দা মীতৈ নাৎকি মপুং ফাহৌননবা। অসিগুম্বা লাইরিক্ কয়াবু ফোংদোক্লক্‌পা, ইরৈপাক্কী থৌগন্ তৌবিব অসি কংলৈ মীতৈ লৈমা ইমানা থৌরৈ তেংবাংবিয়ু হায়না থৌনিজরি। অদুগা অইবা পুথোক্‌পন অসিগুম্বা লাইরিক্ য়েল্লৌঙৈগী চৎনরম্বা অমসুং লৈজরম্বা লাইরিক্ মখল কয়া, মথং মথং মখল্ খুদিংগী ওয়বা ফোংদোক্‌পিরক্লব অমসুং ইরৈপাক্কি, ইনাৎকি থৌগন্দ তুংগী খুদোং চাবা ওইহৌনবগী খন্‌বিদুন অসিগুম্বা লাইরিক্ কয়াসু পুথোক্‌পিরক্লবা অইবগী তৌবিমল্‌বু থাগৎচরি।

থাগৎচরিব
নিংথৌজম্ মনাও পুংয়ৈবা অমসুং জগোই ওজা
রাজধরি। লম্‌দিং য়েলাং লৈকাই
চৈচৎ ২১।৩।২০০৭ ইং।
পোক্‌পা খৃ: ১৯২৬ মেরা থাগী ইরাই নুমিৎ।।

## হৈকং লৈকং তম্বা



মঙাং শগোল্সেম রাজমুহোন্ মৈতৈ

১ - বা চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, লাইরেম্বীগী মফম্দা খুরুম্জে।

২ - সুবদা খৃ: ১৯৩৫ তা ঐবু পোক্পিরক্পা পঙ্থৌ পল্লেম্মু খুরুম্জে।

৩- সুবদা তাইবং অপংবা নচাবু খরা খংহৌ, হৈহৌরসনু হায়না অহান্বা ইখুৎমক্ পাইদুনা তাক্পী তম্বীরকপা পন্থৌবু নচানা খরুম্জে। অদুগা অখং- অহৈ ওজা পন্থৌ পুম্নমকপু নচান, খুৎফাং ১০ লোন্দুনা, হৈরাং, লৈরাংগা লোইননা কৎচরি, অরান্ অহুই ঙাক্পিয়ু হায়ন তারা খাদা খুরুম্জবি।

অহান্বা তাক্পি তম্বীরক্পা খংননব হায়জবা ঙারিয়াম্বম্ কুলচন্দ্রা মণিপুব পন্দিত লোইসং সনা কোনুং। পঙ্থৌগী শংগাই অখাম্ ক্লাসিফাই ঙারিয়াম্বম লৈকাইদা লৈবা খৃ: ১৯৫০-৩-১২ তাং নচান পঙ্থৌদ- চরৈফি, নম্, লেং, হৈরাং, লৈরাং, মৈরা, মেক্রুক্, অকৎসেন্ পঙ্থৌদ কৎচরগা থৌনিদুনা খুরুম্জবগা, পঙ্থৌ কুরুনা অহান্বা সিন্তাক্ শিন্দম্বিখি।

মথংদা মণিপুর পন্দিত লোইসং স্না কোনুং খৃ: ১৯৫৪দা নচাবু পুখৎপিদুনা, লাই গুম্লবা ওজাসিংগী মফম্দা নচাবু শিন্নবিখি।

মতম অদুগী লোইসং পুরেন্দি

খংনবা হায়জবা, নোল্লুক্লা সৈথাজবা

১। বা মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিং মণিপুর পন্দিত অচৌবা স্না কোনুং।

২। শুবদা নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ্ মণিপুর পন্দিত য়াইমা স্না কোনুং।

৩। শুবদা ব্রাংখেম চাওবি সিংহ্ মণিপুর পন্দিত অতোম্বা স্না কোনুং পন্দিত লোইসংগী ওজা সিংদা শিন্নবিখি। অদুগা অহান্বগী পম্লৌ উজাগা লোইননা লোইসংদা নচাবু নাংকি ওইবা থৌবম কয়া তাক্পিদুনা তম্বীবম্মি। অদুদগী নচানা খব খব খংজ উজহৌই অবান্ অহুই ওাক্পিয়ু হায়না নোল্লুক্চরি তরা খাদা নচানা॥

মশুাং শগোলসেম্ রাজমুহোন্ মৈতৈ



লাইওইববা পন্থৌ গুরিয়াম্বম্ কুলচন্দ্রসিং

পণ্ডিত অচৌবা মণিপুর পণ্ডিত লোইসং পুরেন নচানা খুকমজরী

হা "পন্থৌ লাইওইবা,, পন্থৌগী চেংলৌ সক্তম্ অসি উবদা, "নচাদি খোংদগীনা, কোক লৱাই লুবেন্ ফাওব "খ্বাই খ্বাই,, লাওইদো পন্থৌ লাইওইবও। পন্থৌনা তাইবং মীরন্নেন্দা লৈরিঙে মতমদা, নচাবু ময়েক্ অমতং খংহৌনবা হাযদুনা চৈ'রদুনা, ভাং'বদুন, ফু'বদুনা তম্বীখি। মতম্ অদুদা, নচানা অভাংনবাগী রাখলদা লৈ'খবনা, কবিগুরুগা ময়েক অমগী রাহজ্বোক্ ফাওবা খংজহৌদে পন্থৌ, মতমগী লাংগুলন্দি নক্সিন্নক, তাইবংমীগী মাইখুম্ হাংদোক্লমদাই মতম অসদা, মৈতৈ কংলৈ চানা থিবক্লে, হংলক্লে, ইপা রাবি অকবা, ইপু রাবি অচেৎপা, "নপারি নযোম,, 'শন্তনু' / 'শন্তনুনী মহৈবোই কয়ানা, ইমা ইমা কৌদুনা মীতৈ পুরী লৈকোন্ চংদুনা পন্থৌ/ পনেম্ খোংগুন লিক্লম্ থিবক্লে পন্থৌ। মতম অসিদ' নচানা কবিসু 'শন্তাকুপা ভুমজ্জদে। নচাগী হায়রবু "নহান নোংদা, পন্থৌনা তাক্পিবদুনা মিংথৈ খবা লৈবংগন "কংলৈ মীতৈ পুং পালা মিংথেবেন্, পুংলোন, কৌবা লাইবক মচা অমা শৈরাংজবা অসি "খবাই চাংদোন্ অবন্বদা, হাপ্চবগা লৈ, লোংনা লাইদা ফংপগুম্ "পন্থৌগী ভাংলৌ খাদা, নদাইরেম্ নচা অপংবনা, কংচ'রব অসি লংনদনা লৌশিন্বয়ু, হা পন্থৌ লাই ওইবা। অদুগা নচান খুংফাং ১০ লোম্দুনা পন্থৌগী ভাংলৌ খাদা হম হম্না খুকম্জে। যাইফ থৌজান্ পিবিয়ু তায়না, নচানা চবৈ ভক্তিয়েংলগা ফিগাও শানা যাদুন, নিজবি পন্থৌ।।

নিজবিব
মভাং শগোলসেম্ রাজমুহোন্ মৈতৈ
রাংজিং কৈথেল।



মাইবা

মঙাং শগোল্‌সেম্‌ নিংথৌ খোম্বা মৈতৈ।

অমদি

শগোল্‌সেম্‌ ওংবি য়াইমবি লৈমা।

অনিগী মপারী শগোল্‌সেম্‌ রাজমোহোন্‌ মীতৈ না মীতৈ খুনাইগী ওইবা

**"মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন"**

হায়না মিংথোন্‌বা লাইরিক অসিনা তাইবং খুনাইগী

কান্নবা পুরকপা ওইরসনু।

P.o. Wangjing - 795148
District Thoubal
Manipur



মঙাং সগোলসেম রাজমুহোন্ মৈতৈ, অমাই পিবা মণিপুর পন্দিত লোইশং- অদুগা রাংজিং কৈথেলদা লৈবনা মৈতৈগী মমাংঙৈগী লৈবক্লবা, পুংগী পুংলোননা, মতম্ শানবকপগী, পুংলোন, পুংলুপ্ অমদি থৌরম থৌদা হাযর্বদি লাই হবা ওবগী চৎন কাংলোন্ পুন্নমক্তা থাদোক্লবা যাদ্রবা লাইগী মংম্দগী লৈবক্লব পুং মখল্ কযামুকপু, মতম কযাগী মমাংদগী থিজিন্দুনা ফোংদোক্লব হোৎনজবা অসিনা মতুংদা, লম্ শোম্দ, খোংদাজবকপা শিং অমসুং মহৈরোই 'শস্ত্রম্বা/শিস্তম্বীগী, তেংবাংবা ওইবগনি, হাযনা থাগৎপা যোংদোকই। অদুগা মতুংদসু অসি গুম্বা লাইবিক মখল কযা লাইবোন্‌গা মরি লৈনবা কযা ফোংদোক্পা ঙম্বা পিনারযু হাযনা অইববু, লাইনিংথৌ/ লাইবেম্বাগী ঙাংলৌখাদা যাইফা থৌজান্ পিনবিযু হাযনা থৌনিজবি।

ঙাবিযাম্বম্ কেবানি ইং কুম্জা ১৯৩১ - জুলাই থাগী তাং ২৫দা লম্শাং লম্দমগী অখাম ঙাবিযাম্বম্ লৈকাইদা পোক্খি। অপোক্পগী মিংনা ঙাবিযাম্বম্ ইবোতোন্ কৌই। অদুগা অপোক্পিগী মিংনা মোইবাংথেম নিঙোল ঙাবিযাম্বম্ ওংবী তোম্বী লৈমা কৌই।

অদুগা ঐহাক্ যাম্না ঙন্না মৈতৈ "ইনাৎ" কি ওইবা হিরম্দা অরিবা মৈতৈ "পুরারীগী" লাইবিক্ নৈনবা অমদি লাইশোন তিন্‌শোন কযাগা মরি লৈনবা হীরমদা খোংদাবগা লোযননা ইং কুমজা ১৯৫৪ দগী মণিপুর পণ্ডিত লোইশংদা মিং চন্দুনা ঐ খোংদবা হৌবকখি। অদুগা মণিপুরগী মশক্ নাইববা, পণ্ডিত ইকাই খুম্নজববা ময়াং লাংজিংগী পন্দিত ব্রাংখেম্ চাওবী

সিংহ। অদুগা তাওবুং খোক্কী ওজা মাধব পন্দিত। অদুগা খোংমন্গী পণ্ডিত মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিং। অদুগা ঙারিয়াম্বম্ ওজা পণ্ডিত কুলচন্দ্রা অমদি কক্চীংগী ওজা পন্দিত নাওরেম অমুয়াইমা হায়রিবা ওজা পণ্ডিতশিংগী মখাদা থিজিন্ হুম্জিন্বগা লোয়ননা লৈবাক্কী থৌরম্ থৌদা পুদুনা লাক্পদা ঐহাক্ হৌজিক্ হৌজিক্মক্তি লৈপাক্কী মনাই, মণিপুরগী পন্দিত লোইশংদা, পণ্ডিত অচৌবা ওইনা লৈবাক্কী থৌপুজরি।

ঙারিয়াম্বম কেরানি
পণ্ডিত অচৌবা
মণিপুর পণ্ডিত লোইশং
তাং ২৯।৭।২০১১ ইং

## শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা



শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা
মাইবাহম্বা
উত্রা শঙলেল, সনা কোনুং
এম.এ., বিশারদ, যোতিষশাস্ত্রী।

মীওইবা খুন - নাইগী মচত্তা মাঙলমচৎকী খুনাম্মা তুংলমচৎপু লমজিংলকপা হায়বসি "লৈচাউরোল" (সভ্যতা) গী মহৌশানি। তাইবং পুন্সিগী হৌরক ৱারীবু মাঙলমচৎকী মাইচৌশিংগী ৱাখলগী পাদমদগী লৌশিংগী অথৌবা মীৎনা কুপথনা য়েংবিদুনা তুংগী চারোনগীদমক শেম্বীরম্বা লাইরিকশিং উকবদা অঙকপগী মশক্লি। অঙকপশিংগী মনুংদা লাইয়িংথৌ সনামহীনা মী শেল্লকপগী ৱারী থোইদোক্লা খম্ভনিঙাইগী মশক্লি। কুরুশিদবনা মচা য়াযমা লাইয়িংথৌ অশীবদা তাইবঙমী শাউ হায়না শিন্থাপীবদা অশীবনা মাগী মওং মতৌ খঙখিদবা, অদুগা অতোপ্পা থৱায় পাম্বা ময়াম অমবুদি শাখিবগী ৱাবী হেন্না খঙনীংবগী ইথৌ লাংহল্লি। মতুং তারকপদা মপা কুরুশিদবগী পাউতাক্তগী মীগী মশক খঙলদুনা শাবা ঙমখিবগী ৱারীদগী মাঙলমচৎকী মাইচৌশিংগী কুপথবা মীৎয়েংনা থৱায় পাম্বশিংগী হওরক্লোল (জীববিজ্ঞান) গী ওইবা ৱাখল্লোনগী থাক য়ৌরে হায়বা উবা ফংঙি। অশুম্না মীওইবনা শাংলবা পুন্সিগী লমদাং অমা লাল্লক্তুনা ৱাখলবু শীজিন্নবা ঙম্বগী

থাক য়ৌরক্লবদশু ইকাই- ইকিদগী ঙাকথোকচনবগীদমক ফিশা লোনশাগী লৌশিংদি লৈত্রিঙৈদা উকু ব্রাকু শেত্তুনা লেল্লকখিবা অমদি মৈ শীজিন্নবা হৈতবনা অহিংবা পোৎশিংবু চীঙ্গাক ওইনরম্বগী ব্বারীশিংবু ঙসিগী ওইবা মতমগী তোর্বান্দা লেপ্তুনা য়েংলুবদা মপোক অসিগীদমক চাউথোকচনিঙাইনি।।

অশুম্না তাইবংমীনা চহী লীশীং কয়াগী শাংলবা পুন্সি লমদাং অমদা ঐখোয় কবম্বা মপোক্লো হায়ব ফাওবা খঙদনা সা উচেকশিংগা লেংগামিন্নবকখি। অদুবু তাইবংমীদি নোংদম্বা মপুনা শেম্বীবকপদা ব্রাখলগী ওইবা কাযাৎ অমা থৌরাংবিরকপনা মতম্ কুইনগী তুংদা পোৎশক অসিগী (ব্রাখল) ইথিল ফাওরকপদগীদি থব্রায পানবা পুম্নমক্কী থক্তা অব্রাংবা ফিদা কল্লকই। অদুনা ঐখোয কনানো, কবি তৌগদগে হাযবা কাঙলোন অশোমদা থিজিন্বা হৈবকখি। অশুম্না খুন- নাই অমগী ফিবেপ ফংলক্লবদা অমুকশু চাওখৎনা হাযবা অদু শেম্বদা কবি কবি পোৎচংশিংবু তঙাইফদবগে হাযবগী ইবা লোনদা অশুম অশুম কৃমথবকই। অশুম্না লৈচাউবোলগী তোর্বান ফংজবকখি। থাক অসি যৌবকপদগীদি থিনিংবগী কল্লবা থৌইনশিন্না তেংবানবগী লোইনাইদবা মতৌবু উবকপদগী তেংবানবা অসিবু শেম্বীবকপা উবদি ফংদবা মপু অমা লৈগনি হায়বসি খঞ্জদুনা মাবু ফংনবা থিনিংলক্খি। অশুম্না লৌশিংবা (জ্ঞানী) শিংগী হোৎনজমন্না শিবা নাইবা তাইবং মপোক্কী থব্রাযনা লাইবমলেলবু ফংজনবগীদমক "মীবম্লেল" অমদি "লাইবমলেল" হায়বা তোর্বান অনী শেম্বীদুনা লান্ন লমদাংগী পাম্বে ওইজনবা লাইথৌবোল হাযবা থৌরমশিং শেম্বীদুনা থম্বী। অশুম্না শাংলবা মতমগী খোঙচৎ অমদা খুননাইগী হোংলকপা মতৌশিংগা চান- চূননা তাইবং থব্রাযনা লাইবম্লেলগী খুভম ফংজনবগীদমক শেম্লিবা লাইথৌবোলদা কায়াৎ কয়ামকম খায়দোক্তুনা "লাইব্রা" "লাইশোল" অমদি "মিংখৈ" হায়বশিং পুথোকই।।

অশুম্না তাইবং থব্রায়না লাইগী খুভম তানবদা পাম্বে ওইরিবা "মিংখৈরোল" হায়বা অসিগীশু অমুক মপুংফানবা কাযাৎ শেম্বদা পোৎচঙ ওইরিবা "জগোই" "ঈশৈ" "পূং" "শেল" হায়বসিগী মরমদা কুপ্না য়েংশিল্লকই। অদুনা অসিগুম্বা কায়াৎশিংসিগী অমা ওইরিবা "পূং" হায়বা

অসিগী মরমদগু থোইদোপা কাঙলোল শেমদুনা "পূংলোল্" হায়বা মওং অমনা তুংলমচংকী লৈচাউরোলগী থাক শেম্বীরম্মী। অদুনা হৌজিক মিংখৈরোলগী কয়াংতা অচৌবা শরুক ওইরিবা পূংলোল্ হায়বসিগী মতাংদা অখণ্ড অহৈশিংগী খুৎশেম লোইব খন্না নাইদ্রি। অসিগুম্না খুৎশেমগী খুনামদা লমদম অসিগী (পোইরৈ) ওইনগু মাঙলমচংকী অখণ্ড অহৈশিংনা শেম্বীরকখিবা পুংলোন কোর্বেকশিং তাবুনুংদা থন্না থম্না লৈনরি। অদুবু লুরবা শিল্লম্ অসিবু অরায়বা মওংদা মীয়ামদা খণ্ডহন্নবগী ফোঙদোকপা লাইরিক্তি মালেমগী ওইবা থাক্তা চাংদম্নদুনা য়েংলুরবদি য়াম্না নেম্লি হায়ব তাই। অসি ওইদুনগু হীরম অসিবু লুনা খঞ্জবা মীওই খরনদি হৌজিক তাবুনুংগী কোর্বেক পুথোক্তুনা মীয়ামদা লায়না খণ্ডহনবা য়াবা মওংদা ফোঙদোকপদা হৌনরক্লি। থৌওং অসিদি লৈবাক অসিগী ওইনা চাউথোকনিঙাইনি। অদুবু অরাংপা খব থেংনজবদা লমদম অসিগী ওইনা নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমগী শীজিন্নরক্নবা পুং মখলশিংগী মরমদদি লওখৎপিবমদবা অসি খক্তংনি। অদুবু অসিগুম্না অবাংপা অসিবু মেনশিনবিনবগীদমক থোইদোক্লা লৈবাক্কীদমক খন্বদা চোকথবা লৈবিদনা হোৎনদুনা লাইবিক কয়া পুথোকপিরিবা শিস্তাক পুরেল শগোনশেমচা রাজমুহোন মীতৈ অমাই পিবা, মণিপুর পণ্ডিত লোইশং অমদি তোইজম লসমোন মীতৈ পুংয়ৈবা উত্রা শঙলেল, সনাকোনুং অনিনা (মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেল) কৌবা লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবিরি। পুথোকপিগদৌবিবা লাইরিক অসিগী পুংলোনগী ওইবা শাহৌদা "মীবল্লেল" অমদি "লাইবল্লেল" হাযনা থাক অনী খায়দোক্তুনা পুংশিংগী ওইরকপা অমসুং পুংলোলগী শক্তেমশিং নৈনরি। নৈনরিবা মতাং পুন্নমক পরেংচানা শর্মাজন্দুনা পন্দুপ ১২ থোক্লা খায়দোকই। মদুদি (১) পুংগী হওরক, ওইরকপা। (২) শক্তম শেম্লকপা (৩) পুং মখলশিং পুথোকখিবগী মতম। (৪) শীজিন্নবা হৌরকখিবা মীশক। (৫) পুংলোন্ পুথোকখিবা মতম অমদি মীশক। (৬) অদুগা পুংয়ৈবা ঈশৈ শক্পা হৌদোকখিবা। (৭) পূংগা, ইশৈগা, পুন্না শীজিন্নবা হৌদোকখিবা। (৮) জগোয় শাবা হৌদোকখিবা। (৯) ইশৈ শৈরেংশিংদা কায়াংশিং শেম্লকপা। (১০) পূং অমসুং ইশৈনা পুল্লগা শক্প শোন্বদা ফংলিবা পান্দমফম। (১১) অদুগা পূংগী পূংলোন্না মতম পুথোকপগী কাঙলোল, অসিনচিংবা কায়াংশিং মমুৎতানা নৈনবি।

(১২) মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন পুংলোন্ অমসুং পালা লেপ্পাগী শক্তম কাংলোন অসিনা চিংবা পুথোক্খি। অদুনা অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা লাইরিক্ অসিবু খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পাজবদা তোমথিল ওইরিবা মশক অমত্তং থেংনজরিবদি মালেমগী ওইবা পুংলোনশিংগী মথক্তা মতম পাবা পুংলোন্নচিংবা য়াওশিন্দুনা লাইনীং লাইশোন্গী নাকোইনবা মশক অমা শেম্লম্বা অসিনি। অদুবু লাইনীং লাইশোলগা শাগোন্নরিবা পুংলোনগী শাহৌদা নিংথিবা মশা- মরেংগা লোয়ননা শারেপ ফারকপগী মতমদি ইং কুমজা ১৯শুবগা অহাম্বা তংখায়দা পানখিবা নিংথৌ চীংথংখোম্বগী মতমদগী ২০ শুবা, ইং কুমজাগী অহাম্বা তংখায় ফাওবদা পান্খিবা ইনিংথৌ চুরাচান্দ ফাওবদনি হায়বসিদি লাইরিক অসিনশু য়ারি। অদুনা হীরম অসিবু ব্রানা হোৎনবিদুনা মালেমগী ওইবা থাক্তা লাম্বা ঙম্মবা শেম্বীরম্লিবা অহল- লম্মন্শিংদুগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লম্মন্ তোলহৌরিবা হৌজিক্কী মীরোন্না, অরিবা লম্বী অসিবু হাপু- হারাঙ্না শোঙ্জিন্খিদনবা কন্না হোৎনব ওই।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা ব্রাখল অসিমক্কী থৌইনশিন্না লম্বী অসিবু য়েংশিনবীরিবা শগোলশেমচা রাজমুহোন অমদি তোইজম লাশমোন অনিনা হন্দক অমুক "মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন্ পুংলোল্ কৌবা লাইরিক অসি পুথোকপিদুনা তুংলমচৎকী মীরোন্দা ঙাল্লবা থাংমৈ অমা অমুক চন্বীরম্লগনি। অদুনা লৈবাক্কীদমক মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া পুথোকপিশ্রবা শিস্তাক পুরেল অনিবু পুক্সি- নুংশাংনা হিংদুনা মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমহনবিয়ু হায়না নোংদম্বা মপুদা থৌনিজরি।।০।।



খুমন লাইশ্রম মধু অমদি লাইশ্রম ওংবী পিশক লৈমগী মরিশুব
মচানিপা ওইনা ইং শক ১৯৪৫ ঐবু তাইবংদা ফাওহনবিরম্মি।
মচাগী কোলোয়বু তোম্বা হায়না মিংথোনবিরম্মি।

মীতৈ ইনাৎকী হিরমদা ঐবু তাকপি তম্বিরকপা পণ্ডৌ (ওজা) মঙাং শগোলশেম রাজমুহোন্ মীতৈ অমাই পিবা, ব্রাংজিং কৈথেলদ লৈবন অব্রাব কয়া মাইয়োক্লদুনা মীতৈ লৈপাক্কী মমি শামলুরবা পুংগী মরমদা ইবা "কংলৈ পাক্কী" " মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেল" কৌবা লাইরিক হৌবদগী লোইব ফাওব য়াম্ন কুপ্ন পাজরে। লাইরিক অসি পারুবদা থম্মোই লাইয়ুমদা থুক লাওব ফাওই। মীতৈ ইশাবু মীতৈনি হায়জবদা ইকাইনরব খুনাই অসিদা থাজবগী ব্রাংমদা লৈথ্রগদব মমল য়াম্লব মীতৈ নাৎকী পুং অসিবু তুংগী মীরোলদা নিংশিংনবগী অচৌব মতেং পাংলগনি। লাইরিক অসিনা তাংজ ফিব্রুক খুম্মিব ফুরুপ অসিবু শোয়দন মাইখুম হাংহনব ওল্লগনি। অহন ওইরব ওজা অসিনা কদাই ফাওবা ইরৈপাক অমদি ইনাৎপু নুংশিজব, অখাকপা লৈতনা কৎথোকপা ফুরুপ অসিনা তমজনিঙাইনি। অসিগুম্ব হী য়াই চেল্লব খুদোল অসিনা মীতৈ নাৎকী পুক্কৈদা অব্রাৎপা কয়ামুক মেনখৎপদা শোইদনা অচৌবা মতেং ওইরনি হায়বসি ঐগী চেৎনা থাজবনি।

ওজা অসিন তেকত কাইদন পুন্সি নুংশাংনা লৈপাক্কী থৌগল তৌরকপা থৌগল তৌবিরক্লবা নোল্লুকচরি।

খুমন লাইশ্রম তোম্বা মীতৈ
রিটয়ার ইন্সপেক্টর, মণিপুর পুলিস (ৱায়ারলেস)
ফাওন্দর লুচিংপুরেল এমেচর বোক্সিং, এসোসিএসন থৌবাল
লুচিং পুরেল অপুনবা সন্ন মহি, পাখংব লাইনিং লুপ খাঙবোক
শংলাঙপা ইকোপনিংথৌ, খাঙবোক্,
খাঙবোক পার্ট - ২ময়াই লৈকাই।



খুমল্ মাইবম্ নিল্ল মৈতৈ / মাইবম্ ওংবী খোম্দোন্ লৈমা অনিগী মপাবি মাইবম্ বামেশ্বব মৈতৈ থৱান থাগী ৪নি পান্বা ইবাই নুমিৎ তাং১২।৭।১৯৫৬ ইংদা পোক্খি। **"মীতৈ পুং পালা মিংথৈরেন"** হায়না মিংথোন্বা লাইবিক অসিনা তাইবং খুনাইগী কান্নবা পুবকপা ওইরসনু।

Rank - DSP
Posting - SDPO - Moreh

লাইবিক্ অসি ফোংবদা অচৌবা তেংবাংবিবক্খি।



মোইরাংথেম চাম্খোই মৈতৈ অমসুং মোইরাংথেম ওংবী থম্বাল লৈমা অনিগী মপারি অহন ওইনা মোইরাংথেম ইবোহন্ মৈতৈ - খৃ: ১৯৫১ ইংগী কালেন্গী - ১৯নি পান্বা থাংজ নুমিৎতা তাইবং খোংদাবকখি।

অঙাং ওইরিঙেদগী পুং ঈশৈ জগোই ড্রামাদা পুক্নীং লুপ্চরকই। হৌজিক হৌজিক All India Radio, Imphal গী শৈশকপা ওইরি, (মতম ঈশৈ) Lucknow গী সঙ্গিৎ মহাবিদ্যা লয়দগী Vishrarad II পাস তৌখি। Vety and A.H. Dept. থবক তৌরি। Guwahati University দগী অরিবা graduate নি। "মীতৈ পুং পালা মিংথৈরেন" হায়না মিংথোন্বা লাইরিক অসিনা তাইবং খুনাইগী কান্নবা পুবক্কনি হায়না থাজবগা লোইননা নোল্লুকচরি।

লৈফম:- খেবচিং অনাং লৈকাই,

P.O. Wangjing B.P.O Khongjom

# মীতৈ পুংগী মরমদা নৈনখিবা
# ওজা খর সক্তম্ লাংজরি
# "মীতৈ পুং"

মীতৈ পুংগী পুংলোন্না

"প'লা মিংখৈবেন্দ সক্তম্ লাংখিব"

মীতৈগী পুংযৈবা লাইগুম্লব ওজাসিংগা তানদুন, অদুগা আ: মাংলমচং যেন্নৌঙৈগী. অবিব লাইবিক্তা লৈবম্বা পাল' মিংখৈবেন্গী পুংলোল্ অসিদগী, লৌখৎতুন পুংলোন্ অবি অনৌ. কয', মতমগী পুংলোন্ অদুগা মতমগী ইসৈ সৈসক্ কয়া হাপ্কৎলকপা কযাগী চানবা, অহাপ্পা পুংলোন্ ত প্পা মখল্ মখা কযানা চৌংবা অস ওজাসিংনা নৈনখি। অদুবু ওজাসিংগী সৈসক্, "মিহুন তাম্পা," (এএ) গা মতুং ইন্না, পুংলোন্ মপান্নাইদে হাযনা খন্নখি।

অদুগা পুংগী পুংলোন্সু লোইনাইদে। অদুগা অমনা লাইবিক্ অসিদা পুথোক্চর্বাক্লবা পুংলোন্ অসিদি- পালা মিংখৈবেনগী পুংলোল "পবিং পথাপ্ ১ লেপ্চবা" অদুগী সক্তম্নি। অদুগা মীতৈ পুংগী পুংলোন্দি, পুংলোন্ মশা অমত্তনি হাযনা খন্নখি, পম্মৌ লাইগুম্লবা ওজাসিংনা অদুগা মীতৈ পুংগী পুংলোন্- লোইনাইদ্রবা পুংলোন্গী সক্তম্ লাংবা- পালা মিংখৈবেন্গী পুংলোন্ অসি- পুংযৈবা ওজাসিংনা, পুংগী পুংলোন্ খবা সক্তম্ লাংজবি। লোইনাইদ্রবা পুংলোন্ অসিগী মিংখৈ অসি অযোন্ অবান্ ঙাক্পিয়ু হাযনা তবা খাদা নোল্লুক্চবি।

অইবা



খৃ:- ১৯২৪ দা ঙসি তাইবং মালেম্দা পোক্পিরম্বা পম্বৌ পল্লেম্গী কোলোই মিংলেন্দি- খুমল্ লাইশ্রম্ জুগোল্ কৌই। পলেম্ ইমাগী মিংলেন্না, লাইশ্রম্ ওংবী থানিন্ লৈমা কৌই। পল্লেম্ পম্বৌ ২না মচাবু কংলৈপাক্কী মীতৈগী পুংযৈবা সিন্ফম্বু পাম্জবদগী, অহান্বা তাক্পি তম্বীহল্লক্পা ওজাদি- সৌবাম্ ওজা নোঙান্দা হৈবাং লৈরাং, চবৈ নম্, লেং, মৈবা, মেক্রুক, অকৎসেন্ যাওনা কৎতুনা ওজাদা থৌনিজখি। অদুগা পম্বৌ ওজানা মচাবু নুংশি চান্বিদুনা ওজাগী স্না খুৎ মক্লা মচাগী খুৎপু পাইবিদুনা। অহান্বা পুংলোল্

থ্রম্র তেন্ তা থেন্ থিন্। হায়বা পুংগী ময়েক্ মপি অহান্বা অসিনা চিংবা কয়া তাক্পি তম্বীরক্খি। ২শুবা ওজা চিংগাংবম্ অঙৌনসু, অমুক্সু তাক্পিখি। ৩শুবদা লাইশ্রম ওজা ইবোহন্নসু তাক্পিখি। পম্বৌ ওজাসিংগী থৌজান্দগী, নচানা ঙসি মীতৈ পুংয়ৈবা খর খর ঙম্জহৌই।

কংলৈ মীতৈ পুংগী হৌরক্ফম্ অদুগা পুংগী পুংলোন্ পুথোক্খিবা অমসুং মসক্ মমিং তাক্পা অদুগা পুংগী সক্তম্ পুথোক্পা অদুগা পুং করিনো,"পুংগী মসক্ তাক্পা,, অদুগা য়েক্লৌঙৈদগী লৈরম্বা মীতৈ পুং ইনাৎ, কি ওইবা তোপ্ তোপ্পা সক্তম্ অদুগী পুংগী "পুন্সি ঝারি" লিখুল্

লিদুনা "পুৱারি" লৈকোল্ চংদুনা, মতম চংনা থিগৎপিরক্পা অমসুং লাইরিক্ অমা ওইননবা হোৎনরক্পা অসি ঐনা অহান্বদা মকোক্তগীনা লাইরিক্ অসিগী অরোইবা চেনা ফাওবা য়াম্না মুন্না পাজরে অমসুং য়েংজরে। অদুগা অৱাং অপাসু কয়া তানরে, অদুগা লাইরিক্ অসিগী মসাদা মীতৈ নাৎকি ওইবা সেংলবা সত্তম্, অসিবু ঙসিগী মীয়াম্দা কৎথোক্পগা লোইননা পুথোক্পিরক্পা অসি ইকাই খুম্নজরবা মঙাং রাজমুহোন্ অমাই পিবা ৱাংজিং থাগৎচবগা লোইননা মীতৈ নাৎকি ওইব অসিগুম্বা "মতিক্ ময়াই লৈবা" লাইরিক্ কয়া পুথোক্লকপদা, মীতৈ লৈমা ইমানা তেংবাংবিবা ওইরসনু হায়না য়াইফ থৌনিজবগা লোইননা পুথোক্পিবা অইববু থাগৎচরি।

থাগৎচরিব

লাইশ্রম গীরানি মীতৈ পুংয়ৈবা পুরেনহন্

লৈফম্ হৈঙাং অচান্বিগৈ ।।



তাইবং মালেম্ অসিদ খৃ: ১৯২৭ তা নচাবু পোর্ক্পিবন্বা পল্লৌগী মিংলেন্দি সৌবাম নোঙান্ কৌই। পলেম ইমাগী মিংলেন্ন সৌবাম্ ওংবী মাংগোনঙান্বী লৈমা কৌই। পল্লেম, পল্লৌ অনিনা মচাবু, মীতৈ পুংযেবগী সিন্ফম্ অসি পাম্জবদগী, মচাবু পুংযেবগী সিন্ফম্ অসি তম্হন্খি।

মচাবু অহান্বা পুংযেবা তম্হন্বা ওজাদ লাইশ্রম্গী ওজা ইবোহন্দা হৈবাং, লৈবাং, মৈবা, মেক্রুক, নম্, লেং কৎতুন সিন্নবিখি। ২সুবদা ওজা অপাবি। ৩সুবদ চিংগাংবম অঙৌ ৪সুবদ সনসম্ ওজা যাইমা। ওজাসিং অসিগী থৌজান্দগী নচান "মাইতৈ পুং" যৈব ঙম্জখি।

কংলৈপাক্ (মণিপুর) চীং তম্, মীতৈ সন্নমহি লাইনিংগী, চংন লমদাং তাক্পা হায়বাদ পোকপদগীন, সিব ফাওবগী মনুংগী ওইবা ইবাৎ, ইসোন্গী মবমদা, ইব লাইবিক- পুৱাবি খাবী থিবেন্ থৌনিবোন্। মথংদ অপোক্পা খুকন্বা। মীতৈ নাৎকি ওইবা লাইবিক্ অসি ফোংগ্রবগী মতুংদা। অহুম্ সুবদ মীতৈ পুং পালা মিংথৈ মবমদ ইবা লাইবিক্, অসি ফোংদোক্পিনব ইবক্প অসিসু ঐ পাজবে। মসি "মীতৈগী যেল্লৌঙেদগী লৈজবন্ন" নাৎকি ওইবা, তোপ. - তোপ্পা "মীতৈ পুংগী" পুন্সিগী ৱাবি অসি পাজকবদ, ঙসিগী তাইবং মালেম্ অসিদ - মীতৈ কাংলুপ্কি ওইব, "নাৎ কি সক্তম্,, অমগসু, সক্তাক্পা ঙম্জবে হায়ন সিংথাজবি।

ইকাই খুম্নজবব অয়বি, মণ্ডাং- রাজমুহোন অমাই পিবা রাংজিং- মীতৈ নাংকী মবমদা, থিজিন্ হুমজিন্‌বদ তেংবাংবিখিব অখং অহে লুপ, মীতৈ লৈমগী মপাবি / মমোম্ পুম্নমক্কী পুক্রিং লৌশিংবু থাগৎচবি ॥

থাগৎচবিবা চাওবা মীতৈ পুংযেবা

অচানবিগে



ইকাই খুম্নজবিবা ওঝা ইবুংঙো মণ্ডাং এস. রাজমোহোন মীতৈ রাংজিংদা লৈরনা মৈতৈ পুং পালা মিংথৈবোল পুংলোল ককৈব মীতৈ পুংগী মবমদা নৈনবা জং ওইবা লাইবক অমা পাথাকপিবকপ গীদমক্তা থাগৎচবি।

কনাগুম্বা মীতৈ পুংগী মবমদা লান্না থাজনবম্না কয়া ভর্সিদি লাইবিক অসিনা ফুংগী মীরোল্লশিংগীদমক অচুম্বা মাইকৈদা পুবক্ক্রগনি। মতুংদসু অসিগুম্নবা লাইবিক কয়া পুথোকপা বক্লুবা ওঝাশি পুক্স শাংনা উঃনবু হয়না লেংবানবা মপুংদা পুনেমজ্জব।

পুনেমজ্জবিবা :

**মণ্ডাং নিংথৌজম তোম্বা মীতৈ**

ইরেবোক পার্ট ২, থোকচোম লৈকাই

পি.ও বাংজং, ডিষ্ট্রিক্ট থৌবাল

**এৱার্ডস :-** (১) ফাষ্ট গোল্ড এবর্ড অবাংফম (মণিপুর), ২০০২

(২) নেসনেল ফেলোসিপ এৱার্ড, ২০১০



মঙাং লৈমপোক্পম্ ইবোম্চা মীতৈ অমসুং লৈমপোক্পম্ ওংবী পসোৎ লৈমা অনিগী মপারি কৈরুংব খৃ: ১৯৩২ ইংদা পোক্খি।

পলেম্ পপ্পৌ অনিনা মচাবু পুংয়ৈবগী সিন্ফম্ অসি পাম্জবদগী, পুংয়ৈবগী সিন্ফম্ অসি তম্জদুনা মীতৈ পুংয়ৈব ঙম্ জরক্খি লোইননা "মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন" হায়না কৌবা লাইরিক অসিনা তুংলমচৎকী কান্নবা পুরকপা ওইরসনু।

মঙাং লৈমপোক্পম্ কৈরুংব মীতৈ পুংয়ৈবা

ৱাহেং খুমন্ ময়াই লৈকাইদা লৈব।



ঐবু পোক্পিব পন্থৌ কোন্থৌজম ভেম্বী কৌই। পলেম ইমাগী মিংলেন্না কোন্থৌজম ওংবি যাইমা লৈম কৌই। পলেম পন্থৌ অনিনা মীতৈ পুং যৈবগা সিনফম্ অসি পামজদুনা পুংতম্হন্লকখি মচাবু।

মহাননব তম্নাব ওজানা মোহোবিনা তম্বীখ। ২ শুবা ওজানা থাজম পুখেই কৌই। ৩শুব নদান পুত্রস্বম্ নাতেক কৌই। ওজাসং অসিগী হৌজান্দগী পুংযৈবা ঙমজবকখি। পংদ্রব নচানা ওজাসিংবু খুকমজবি।

কংলৈ মীতৈ পুং হৌফন্ লিখুল্ থিনা, মঙাং বাজমুহোন্ ব্রংজিংদ লৈবা কংলৈ মীতৈ পুং, যেন্থৌঙৈগী লৈজবস্ব, পুংগী খোংগুন, লিদুনা, মতম্ কযা চংনা মীতৈ পুবাবি লৈকোন চংদুনা, থিব যাব কযা, থিগৎলকপ মতমদা কাচিন্দা, কোযাদ, মপাব, মমোম লাক্খিনি মতাংশুম্, ঙাইদুনা লৈবস্বা হা কংলৈ মীতৈ পুং, তানফংজবা অসি তাইবংচান খুকম্জবি।।

লাইবিক্ অসি পাজকবদা মীতৈ নাৎকী ওইবা, সক্তম্ তোপ্ তোপ্পা, অসেংবা লৈবস্বা অসি উবদা, মীতৈ "নাৎ" কি ওইবা (মণিপুবগী) মীতৈ মাযাম (সমাজ) গী সক্তম অমস্সু, তসেং তসেংন কন্জব ঙম্জবে হাযনা, অইববু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি। অদুগা অসি গুস্না লাইবিক্ মীতৈগী মক ওইবা "নাৎকি লাইবিক্,, মখন্ মমাংদসু লাইবক খবসু পুথোক্পিস্রে।

অদুগা মতুংদসু অসিগুম্বা "নাং" কি ওইবা লাইরিক্ কয়া পুথোক্পদ কংলৈ (মণিপুর) গী মীতৈ লৈমা, ইমান, নপারি খোরি লাংববু পুক্লিং লৌসিং থৌরৈ তেংবাংবিয়ু হায়না থৌনিজরি। অদুগা ইকাই খুম্নজরিব, খোরি লাংব থাগৎচরি ॥

থাগৎচরিব

কোঙ্খৌজম ধনন্জোই মীতৈ পুংয়ৈব

থিয়াম্ কোন্জিন্ ॥



লুৱাং তোইজম্ লসমোন্ মীতৈ পুংয়েবা
কোংখাম্ নম্বোল্।

লুৱাং তোইজম্ য়াইমা মীতৈ অমসুং লুৱাং ওংবী চাওবিতোন্ লৈম পম্বৌ, পলেম্ ২না খৃ: ১৯৩৩ দা মপাবি লসমোন্ ঐবু পোক্খি। পলেম্ পম্বৌ ২নিনা, মপাবিবু অঙাং নৱা ওইবিঙৈদগী, মচাগী সিন্ফম অসি মীতৈ পুংয়েব য়াম্না পাম্জবদগী পলেম্, পম্বৌ ২না তানদুনা মচাবু পুবিবগা হৈবাং, লৈবাংগা, লোইনন, মৈবা, মেক্রুক্ কং, নম, লেং কংতুনা থৌনিজখি। অহান্বদা থৌনির্জখিবা, পম্বৌ ওজাগী মিংলেন্ লাইওইশ্রব ঐবু ইখুৎমক্ পাইদুনা তাক্পী তম্বীবক্খিবা ওজা, খংননবা মিংলেন্ পন্জবা মাইবম্ ইবোবি মীতৈ কোংখাম্ মখা লৈকাই। অদুগা মথং তাক্পিবক্প ওজা লাইওইশ্রবা নৌহৌন নিংশিংজবি ২শুবা ঐবু তাক্পিবকখিবা ওজা কোঞ্জেংবম্ মোধু - কোংখাম্ মখা লৈকাই। ৩শুবা ওজা কোম্বৌজম্ তোম্চা - মাইবম্ চীংমাং। ৪শুবদ ওজা ওইনাম্ পত্রো মীতৈ লৈমপোক্পম্ অৱাং। ৫শুবা ওজা ওইনাম্ খ্বাইবাক্পম্ ইবোম্চা - নম্বোন্ মোংজিং লৈকাই। ৬শুব ওজা নামৈবাক্পম্ কাম্নি মীতৈ কোংখাম্ অৱাং লৈকাই। হাযবিব লাই ওইশ্রবা ওজাসিংনা তাক্পি তম্বীবক্পদগী নচা পুংযেবা খব খব ওমজবক্খি ॥০॥

অইবগী তেংবাংবা



ঙাংখোম নিঙোম্বম গৌরামুহোন মীতৈ অমসুং নিঙোম্বম ওংবি মধুর্মা ও লৈমলা খৃ. ১৯৫৫ দা মপাবি ইবাবোৎ মীতৈ পোকপবমী। পন্থৈ, পলেম্ অনিন পুংতৈ শগী চিনযম খসি পামজবদগী মপানি থ্রেবু পুং যেবা তম্ঙনাই।

মহাকনবদা পলেম, পন্থৈ ২না তৈবাং, লৈবাক, চরৈ ফি, নম, লেং, মেক্র, কংথুনা তশ্বিহনখবা ওজাদি নিঙোম্বম মং মীতৈদা তমহল্লকখি। অদুদগী "মৈতৈ পুংযেবগী" সিনফম অ স ওজাগী তৌজান্দগী তৈজবকখি অমদি "মীতৈ পুং পালা মিংথৈরেন" হায়না কৌব লাইবিক অসিনা সিনতপ্না/সিন্তর্ন্বী শিংগী কান্নবা ওইরসনু।

নিঙোম্বম ইবাবোৎ মীতৈ পুং যেবা।

"ইন্তর্নেসনেল আর্তস্"

লমলেন বাসিখোং।।



লৈপাক্ অসিগী মীতৈপুংগী হৌরকফম মসক্ তাক্পিবগীদমক্
অয়িববু ঙম্খৈ লৈতনা থাগৎচবি।

থাগৎচবিব

লুৱাং থোংনাওজম্ বিরমংগোল্ মীতৈ পুংযৈবা কাঙবুং
(কাঙমোং) লাংগোলজম।

লৈকাই অফৈবা নম্বোন্ ।



হা মীতৈ পুং তাইবং কনাবু কিবগেনে, ফিরু ফিরাং কুপ্লম্বা। নপারি নোংসাব লাক্লে, লৌশিং সিন্তাক্পিররো খোরি লাংববু থাগৎচরি অমসুং "মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন" হাযনা মিংথোন্বা লাইবিক অসিনা তাইবং খুনাইগী কান্নবা পুরকপা ওইরসনু।

লুৱাং- অবুজম্ কোমোল্ মীতৈ পুংয়েবা জিরি মমাং লৈকাই নম্বোল্।।০।।



খৃ: ১৯৪৩ দা পোক্খি- খুমল্থেম্ ধবলোম্না মীতৈ। পলেম্ ইমাগী মিংলেন্না খুমল্থেম্ ওংবি য়ুম্সংবি লৈম। পলেম, পম্বৌ অনিনা পুংয়ৈবা হায়বা সিন্ফম্ অসি কয়ামুক্ পাম্জবগে হায়বদা চারা নাম্মা হেল্লগা মচাগীদমক্তা, লৈদি লৈজদা, মচাগী অচংব সেন্ফম্ খরগীদমক্তা কয়া কন্না হোৎনবিখি।

মচাবু অহান্বা পুংতম্হন্বিরক্পা ওজাদা হৈরাং, লৈবাং, চবৈ-নম্, লেং কৎতুন ওজা নিংথৌজম্ কোক্রৈদা, মৈবা, মেক্রু কৎতুন থৌনিজখি। ওজান মচাবু মখুৎমক্লা পাইরগা মচাবু অহানবা পুং তম্বীখি- পুংলোন্দি খবখর-তেন্-তা- থেন্-ধিন্-। হায়বা ময়েক্ মপি অসিনা চিংবা কয়া তম্বীখি।

২-শুব-ওজা- থোক্চোম্ শাবা। ৩-শুবা ওজা লাইশ্রম নোংথোন্। ৪-শুব ওজা- মোইরাংথেম্ লালা। ৫-শুব ওজা- থোক্চোম্ জিলা। ৬-শুব- ওজা- কোন্থৌজম্ ধনন্জোই। ৭-শুব ওজা- লৈমা পোক্পম্ কৈরুংব। ৮-শুব ওজা- লাইশ্রম কাওমচান তাক্পিখি। ওজাসিংগী থৌজান্দগী- নচান' মীতৈগী পুং য়ৈবা খরখর ঙম্জরক্খি। সিল্লম্ সিন্তাক্তুনা পুথোক্পিরক্পদি- ইকাই খুম্নজরাব মঙাং রাজমুহোন্ অমাই পিবানা পুথোক্পিরক্পনি। ওজাবু হন্ন হন্না পুনেম্জৈ।

খুমল্ খুমন্থেম্ কাশিরাম্ মীতৈ পুংয়ৈবা
হৈবোক্ পাৎ ৩ দা লৈবা।।



**BIO - DATA**

**OF**

SOROKHAIBAM LAMNGANBA (BOYAI) MEITEI

Sorokhaibam Lamnganba (Boyai) Meitei, Charangpat Maning Leikai, মহৈগী থাক Class-10+2 অসি ইং শোক ১৯৭৮ জানুয়াবী তাং ২০ মৈতৈ থাজৎ ব্রার্কচিংগী ১২ নি পানবা ইবাই নুমিত্তা সোবোকখাইবম ইবোতোম্বী অমদি সোবোকখাইবম ওংবী থৌনাওজম নিংঙোল পুর্ণিমাসি লৈমগী মচা নুপা ওইনা ফংজখি। ইচিল ইনাও নুপা অহুমগী মনুংদা অনিশুবনি। ইশাগী চহি ৮ শুবা মতমদগী ইমা- ইপানা পুংগী শিনফম অসিদা য়ুমদা ওজাবু কৌজদুনা ইহে ইশিংগী লমদা লমজিং লমতাকপীখিবা অহানবা ওজাদি- হিদাম তোম্বা সিংহ, চরাংপাৎ মমাং লৈকাই। ওজা অসিগী থৌজালদগী খুবাক ইশৈ, গৌবা লিলা, বাসনচিংবদা পুংয়েবদা পুথোকপিবকই। ইশাগী চহি ১৮ চংলকপদগী মৈতৈ ইনাৎকী লমদা চংশিন্বা হৌরক্তুনা মখাদা পনজবিবা ওজাশিংগী মখাদা হোৎনজরি-

(১) হিদাম তোম্বা চরাংপাৎ

(২) অথোকপম অমুমচা, অথোকপম

(৩) সৌগ্রাকপম অমু, থৌবাল নোংঙ্গাংখোং

(৪) থোকচোম কাকলৈ, বামোল কমপু

(৫) নিংঙোম্বম ইরাবোৎ, বাসিখোং অমদি

অখিল কলচরেল একাদেমী, সৌদোন্‌পুং কোংবা মথংশিংনা শিনফম তমজবকই। লোইননা মৈতৈ কংলৈ ইনাৎ শিনতম সংলেন, য়াইরীপোক তোপকী ঙমথং লূচিংপুরেল (Vice President) ওইনা থৌ পুজরী। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনসু ইনাৎকী থৌদোক অয়াম্বদা পুংয়ৈবগী থৌদাং যাজদুনা লৈবাক মীয়ামগী থৌগল তৌজরি।

**"মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন"**

হায়না মিংথোন্‌বা লাইবিক অসিনা তাইবং খুনাইগী কান্নবা পুরকপা ওইবসন্‌।

[illegible]

[illegible]

# মীতৈ পালা মীংখৈগী ওজাসিং

## অসৈবা/ অসৈবী খরগী সক্তম্

মীতৈ পালা মিংখৈরেন্দা হৌজিক্কী মতমগা চানবা, অদুগা য়েন্নৌওঁগী অবিবা সৈসক্, সক্লাইরবা ওজা অহন্ কয়ানা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মতিক্ ময়াই সৈথাবা অমসুং সৈসক্পা / সৈসক্পি ওজা কয়ানা তানবগা ইসৈগী লাইরিক্ থৌরম্গা চানবা, সৈরেং সৈসক্ কয়ানা চিংবা লাইরিক্ মখল্ মথেন্ কয়াসু ওজাসিংনা ফোংবিখবে। অদুগা অখং অহে ওজাসিংনা তান্রগা মথং মথং পুংগী পুংলোন্ অহাপ্পা। ইসৈগী সৈরোন্ অদুগা পালা ইশৈগী সৈসক ফজবা সৈবেং সৈসক্ মখল্ মখল্ কয়া পুথোক্পিখ্রে।

অদুবু মিংখৈগী মরমদদি মতমগী মতুংইন্না অনৌ অপেং মপান্ নাইদে, সৈসক্ সৈথারোন্গী মরমদা। অদুনা তাইবং মীনা লৈরিবা মখৈদি-মিংলেল্গী মরমদা, সৈসক্ সৈথা, মখল্ মখল্ কয়া পুথোক্পগী ৱাখল্ লোন্দি অমুক্ লোইনাইদবগী মসক্কি হায়না অসৈবা / অসৈবী ওজা কয়ানা খন্নখি অমসুং কয়া নৈনখি। ভসিগী সিন্তস্বা সিন্তস্বী মহৈরোইশিং অসি তুংগী য়ুম্বীরেন্নি হায়না ওজাসিংনা তাক্পিরম্মী।।

অইবা



মীতৈ পালা ঈশৈ সক্পা অহন্ ইবুংঙো কোন্জেংবম্ নবচন্দ্রা মীতৈ। ঐবু পোক্পা পলেম্ / পম্বৌ ২ গী কোলোই মিংলেন্না- কোন্জেংবম্ বাবু মীতৈ অমসুং ঐবু পোক্পিবা পলেম্ ইমাগী কোলোই মিংলেন্না কোন্জেংবম্ ওংবী লৈপাক্লৈ লৈমা কৌই। অদুগা পলেম্ পম্বৌ অনিনা মপারি ঐবু খৃ: ১৯১৬ তা পোক্খি। অদুগা পলেম্। পম্বৌ ২না মপারি ঐবু মীতৈগী "পালা মিংখৈবেন্" শৈসক্পগী শিন্ফম্বু পাম্জবদগী মীতৈ ইসৈ সক্পা ওজা- পুখ্রম্বম্ সুরচান্ ওজাগী মফম্দা পুদুনা-হৈবাং, লৈবাং, নম, লেং, মৈবা, মেক্রুক কৎতুনা পনথৌ ওজাবু, খুরুম্হন্দুন, মপারি ঐবু ওজাগী মফম্দা শিন্নখি। অদুদগী ওজানা ঙম্বা মখৈ তাক্পি তম্বীরক্খি। অদুদগী মীতৈ ঈশৈ সক্পা ঙমজবকখি। "মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন" কৌবা লাইরিক অসিনা মীওইবা খুনাইগী পুক্কেনি।

কোন্জেংবম্ নবচন্দ্রা মৈতৈ ঈশৈ পুরেন্ হন্বা।
হৌরক্ফম্ কমেং ফাথিবা ।
হৌজিক লৈরিবা মফম্না ললাম্নুং মখোং।।
মপুগী থৌজাল থোংঙা



থোকচোম পৌষা মৈতৈ কোংবা উচেক্কোন চোংঙাবী ময়ায় লৈকাইদা ইং কুমজা ১৯৩০ দিসেম্বরগী তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা পোকই। হৌজিক্কী লৈফম্না কোংবা শৌদোংপুং অয়াংপলিদা লৈ। অপোকপগী মিংনা থোকচোম ইবোচাওবা অপোকপীগী মিংনা থোকচোম ওংবী তোনসনা কৌই। থোকচোম পৌষা মশাগী চহি ৮ শুবকপদগী হৌনা অপোকপা অপোকপী অনিগী লিচিং মখাদা খুবাক ঈশৈ গৌড় লিলা নট সংকির্ত্তন্নচিংবা লৈখিদ্রবা শিনতাকপা লোইতোংবম চাউবা চোংঙাবি ময়ায় লৈকাইদা লৈবা শিনতাকপা অসিদা বোরিজদুনা তম্বা হৌরকখি। শিনতাকপা অসিনা থব্বায় য়াওনা হোৎনবিবা অমদি কন্না য়েংশিনবীবদগী মশাগী চহি তরানিথোই শুরকপদা নিপামচা পালাগী ওইনা সংকির্ত্তন ময়ায় লেপ্তুনা ঈশৈ শকপা হৌবকখি। মতম শাংনা শিনতাকপগী মতুং ইনবা ফংজবা মীশক অমা ওইরকখি। শিনতাকপগী লমজিং মখাদা কোংবা উচেক্কোন মখা লৈকাইদা লৈবা মতম অমগী গৌড় লিলাদা ভারতি শাবদা মমিং লৈরবা শক্লাইরবা লৈপাক্কী শিন্তাকপা অমকচম্ লোখোন শিনতাকপা অসিগীসু তুংইনজদুনা গৌড়লিলাদা মণিপুরগী নোগোরা বাসি শাদুনা মফম কয়াদা থৌগল ফংজরকখি।

চহি ১৮ শুরকপদগী চহি ৩৯ ফাওবা নট সংকির্ত্তনগী ঈশৈ হনবা অমদি দুহারগী থৌ পুবা অমা ওইনা মীয়ামগী থৌগল তৌজরল্লগা মশাগী নিফু শুরকপা মতমদা আদি গুরু লোইতোংবম চাওবা শিনতাকপা অসিগী

অযাবা যাথং লৌজবগা মৈতৈ লাইনিং লিচত্তা খোংদাজদুনা মৈতৈগী শৈশকপা মমিং লৈববা শিনতাকপশিংগী নাক্তা চংজদুনা মৈতৈ ঈশৈ তম্বা হৌবকখি। মমিং লৈববা শিনতাকপশিং অদুদি

(১) ইঙুদম শিনতাকপা ইবোমচা মৈতৈ, সগোলবন্দ ইঙুদম লৈকাই।

(২) কেঞ্জেংবম শিনতাকপা নবচন্দ্র মৈতৈ, ললাম্বুং মখোং

(৩) সবাংথেম সিনতাকপা মনাও মৈতৈ, শিংজমৈ চনম পুখ্রি মপাল।

হার্যবিবা শক্লাইববা শিনতাকপা মকশিং অসিগী মপান্দগী মৈতৈগী ঈশৈ শকপা অমাদ ঈশৈ খুম্বা মীশক অমা ওইদুনা মতম শাংনা লৈপাক মীয়ামগী সেবা তৌত্তলকখি, লোয়নদা কোংবা খেত্রি লৈকাইদা লৈবা পুঙগী শিনতাকপা থোইদিংজম হেবামোং শিন তাকপা অসিদা সলাই কোযেং যেংপা তমজখি। শিনতাকপা অসিনা থৌজালদগী মীয়ামগী থৌগলদা সলাই কোইযেং যেংপা ডম্বা মীশক অমসু ওইবকখি।

থোকচোম পৌষা ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালগী শৈশকপা অমা ওইবতা নওনা নোথ ইষ্ট দুরদর্শন কেন্দ্র গুৱাহাটিগী অহানবা মৈতৈগী ঈশৈ শকপা মীশক অমসু ওইখি।

অদুনু হৌসিদি থোকচোম পৌষ মশাগী চহীনা অতল ওইশিল্লকপনা মবম ওইদুনা মশাগী য়ুমদা আঞ্জ কলচবেল একাদেমি কৌবা একাদেমি অমা লিংখৎলুন মতৈযোই নুপা নুপী কযাবু তাকপি তম্বীদুনা পুন্সি লোল্লি। "মীতৈ পুং পালা মিংথৈবেল" কৌবা লাইবিক অসিনা ওসিগী খুনাই অসিগী লিখুন লৈবা ওইবসনু।

থোকচোম্ পৌষা মৈতৈ
ঈশৈ পুবেন্যাই।
লৈফম্ কোংবা শৌদোন্পুং অযাংপলি।।



মতম কয়া তাবুনুংদা লৈরম্বা পূংগী "পুন্নারি" অমদি ইশৈগী মবমদা ইবা লাইবিক্ "কোর্বেক" অসিদগী লৌখৎলগা ইবা "মীতৈ পূং পালা মিংখৈরেল্" কৌবা লাইরিক্ অমা ফোংগনি তাজবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। অমদি তুংগী মীরোল্, সৈদম্বা, সৈদম্বী কয়াগী লমজিং মৈবা অমগুম্না ওইহৌরগনি হায়না থাজবগা লোইননা লাইরিক অসি পাবগা অখঙবা অমসুং খংদবা পুন্নমক থমোঙ্গীনুংদা ঙাল্লগনি নিংজৈ অমসুং থাজে।

চোংথাম যাইমা মীতৈ

নাওরেম উত্রপাৎ নমবোন্

উত্রা শংলেন্ অসৈবা সনা কোনুং।।



চনম্বম লসমোন্ মীতৈ অসৈব ।।

লৈফম - কাংমোং লাঙ্গোল্জম - লৈকাই ।।

চনম্ মতুম্ মীতৈ অদুগা চনম্ ওংবি ইবেমচা লৈমা অনিনা পোক্চবা মপাবি, লসমোন্ খৃ: ১৯৩৪দা তাইবংদা পোক্পিখি। পলেম পন্থৌ ২না মচাবু মীতৈগী মিংখৈ মিংলেন ইসৈ সক্পা সোনবা যাম্না পাম্জবদগী মচাবু মিংখৈ সৈসকপগী মসিন্বু তম্হন্খি।

পন্থৌ পল্লেম্ ২না অহান্বা তম্বীহন্বা ওজাদি উশম্ বাবু মীতৈ অসৈবদা তমহন্খি। অদুগা অহান্বা তম্বীবা ওজাদা হৈবাং, লৈবাং, নম, লেং, মৈবা, মেক্রুক, কৎতুনা মচাবু অসৈবা ওজাদা সিন্নবিখি - পন্থৌনা। অদুদগী অহান্বা তম্বীবা মিংখৈগী মযেক্তি। শুং.......।

শুংন নিংন - নওংনি ৩/৩/.......+।

হাযবা মিংখৈ অসিদগী হৌবগা ওজানা গুম্না মখৈ তম্বীখি। "মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন" কৌবা লাইবিক অসিগীদমক হাযনিংঙাই লৈতনা থাগৎচবি।

অদুগা ওজাগী লৈফমদি

তাওথোং অযুংবা মীতৈ অসৈবা



মোইবাং য়েক কোংখাম্ অকোই মীতৈ অমসুং কোংখাম্ ওংবী কুন্জমণি লৈমা, পল্লেম পস্থৌ ২না পোক্চবা মপাবি অসি খৃ: ১৯৫৩ দা তাইবং মালেম্দা পোক্খি মপাবগী কোলোই মিংলেন্না কোইবেং হায়না থোন্খিএ।

পল্লেম্ /পস্থৌ ২না চিংঙু মিংখৈ অতকপা সক্পা সোন্ববু পামজবদগী। ইকাই খুম্নজবব ওজা অসৈবা খাঙান্বা- চোংথাম য়াইমা মৈতৈ- নম্বোন নাওরেম্দা লৈবা ওজাগী মফমদা চৎতুনা হৈবাং, লৈবাং, চরৈফি, নম, লেং, মৈরা, মেক্রুক কংতুনা ওজাগী মফমদা খুকুম্ খাজংদুনা থৌনিজখি। অদুদগী নচানা চিংঙু মিংখৈ। সক্পা সোন্বা খব খব হৈজরকখি অমাদি "মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন" হায়না কৌবা লাইরিক অসিনা তাইবংচা কয়াগী কান্নবা পুবকপা ওইবগনি হায়না থাজৈ।

মোইরাং য়েক- কোংখাম্ কোইবেং মীতৈ অশৈবা

লৈফম্- নম্বোন্ কোংখাম্ মখা লৈকাই।



খৃ: ১৯৪৫ লাংবল্‌গী ১৫নি পান্‌বা, য়ুমশকৈশা নুমিৎতা।

তাইবং মালেম্‌দা, মচাবু পোক্‌পিরম্বা পম্বৌ/ পল্লেম্‌গী কোলোই মিংলেন্দি-খুমল্‌ লাইশ্রম্‌ দুহু মীতৈ। অদুগা পল্লেম্‌ ইমাগী মিংলেন্না, লাইশ্রম ওংবী থম্বাল্‌অঙৌবী লৈমা কোই।।

ঐহাক্ক অঙাং ওইরিঙৈদা- পম্বৌ /পল্লেম্‌ ২ অনিনা মহৈগী শিন্‌ফম্‌-স্কুল্‌ লাইরিক্‌ তম্‌হল্লক্‌খি। ঐ ক্লাস্‌ তেন্‌ ফাওবা তম্লক্‌খি। অদুগা ঐনা চহি ১৮ শুবা মতম্‌দা মীতৈ "ইনাৎকি,, ওইবা থৌবু, ঐনা পাম্‌জবদগী- ব্রাল্‌হৌবা- (পুজারি) থৌবু ওইদুনা, মতম খরা, মীয়াম্‌গী "থৌ,, পুজরম্মী।

অদুগী মতুংদা অমুক্‌, মীতৈ নাৎকি ওইবা, মীতৈ পুব্রারিগী, পুয়াগী ব্রারি লিবগী থৌসু, মীয়ামগী থৌগন্‌ তৌদুনা- মতম খরা পুজরম্মী পাংদ্রবা নচানা।

অদুগী মতুংদা অমুক্‌, মীতৈগী ইশৈ সক্‌পগী থৌ অসি নচানা য়াম্ন পাম্‌জবদগী- ঐগী মাম্‌তোন্‌ মণি,- মীতৈ অসৈবদা চংজদুনা "মিংখৈরেন্‌গী,, অহান্‌বা ওজা ওইজখি। অমসুং থৌনিজখি। পোৎলম্‌দি-চরৈফি, নম্‌, লেং, হৈরাং, লৈরাং, মৈরা, মেক্রুক, সেন্দাই, কৎতুনা

খুরুমদুনা থৌনিজরগা, মীতৈ ইশৈগী মিংথৈরেন্বু তম্বীরক্খি। মিংথৈরেন্দি হুংন নিংন নওংনি ——————————॥ হায়বা মিংথৈরেন্ অসিনা চিংবা, "ঐগী মাম্মা ওজানা,, ঙম্থৈ লৈতনা তাক্পিখি। অদুদগী নচানা মীতৈ ইশৈ শক্পা খর খর, ঙম্জরক্খি। মীতৈ ইসৈ শৈশক্পা অমা ওইদুনা মীতৈ ইনাৎকী ওইবা, ইমাগী থৌগন্ তৌজরক্ই...॥

অদুগী মতুংদা মীতৈ ইশৈ, - পালা মিংথৈরেন্গী শৈসক্পু- নিপা মচা/নুপি মচা কয়া ইশৈ তম্বীখি। অদুদগী ইচা, ইনাওসিংনা ফগৎলক্পদগী ঐগী পুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওদুনা, পুন্সি লেন্জদুনা লৈজরি॥ "মীতৈ পুং পালা মিংথৈরেন" হায়না মিংথোন্বা লাইরিক্কী নুংগী ওইবা ব্রাহম্ভোক্রা তাইবংচা কয়াবু কান্নবা পীরগনি হায়না খঞ্জে।

খুমল্- লাইশ্রম্ বাবুরাম্ মীতৈ অসৈবা
লৈফম হৈরোক্ হৈতুপ্ পোক্পি লৈকাই।
ব্রাংজিং মমাং।



উবিপোক্ লম্বোই খোংনাং মখোংদা লৈবা থিংনাম্ মংগী অমদি থিংনাম্ ওংবী তোন্সিজ অনিগী মমোম্ ওইনা তাং ১১।১১।১৯৩৮ ইংদা তাইবং খোংদারক্খি। ইশাগী লাইরিক্লা- ৫ শুবা ফাওবা তম্লক্খি। অদুগা য়াম্না ওল্লিগৈগী মতমদগী হৌনা মীতৈ ঈশৈ অমদি - ( নট সংকির্ত্তন্না) চিংবা, কয়া মরুম্ তম্জরক্খি। ঈশাগী চহি ২৫ শুবদা- খুরাই নিংথৌবুং লৈকাইদা লৈবা, লাইশ্রম তোমান্গা পুন্সিগী লৈপুন ওইখি। অদুগা ইপুরোইবগী লম্জিং মখাদা মীতৈ ঈশৈগী লম্দা অচৌবা মফম্ অমা কন্বা ঙম্লক্খি। মীতৈ ঈশৈ অসি, নচাবু নুংশিবিদুনা মথং মথং শিন্তাক্পীবদি ইঙুদম্ ইবেম্চা, সগোল্বন্দা লৈবা ওজা। মথংদা ওজা নবদসু তম্জরকখি। মথংদা মোইরাংথেম্ ওংবী অমুসনা, মেংশাংগৈ। মথংদা- মৈসনাম্ গম্ভিনি খুরাই। মথংদা লৌশংবম্ অহনবী খুরাই। মথংদা- অমুস্না থোং অহাইবী। ওজাশিংগী থৌজান্দগী নচানা মীতৈ ঈশৈ শক্পা খরা খরা ঙমজরক্খি।। "মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন" কৌবা লাইরিক অসিনা কান্নবা পুরকপা ওইবীরকসনু।

লাইশ্রম ওংবী- লবংগো লৈমা মীতৈ অশৈবী

লৈফম্ - লম্বোই খোংনাংখোং।।



লুৱাং চনু ৱাহেংবম নিঙোন্ - অপোক্পগী মীংন, মাংগোলজাও মীতৈ। অপোক্পিগী মীংনা- ৱাহেংবম্ ওংবি ইবেতোন্ লৈমা কোই। পল্লেম পম্বৌ অনিনা - খৃ: ১৯৪০ দা মমোম্ব পোক্পিখি।

অদুগা মমোম্ ঐবু পলেম্ / পম্বৌ ২না মীতৈগী ঈশৈ শক্পি সিন্ফম্ অসি পাম্জবদগী- অহান্বা তম্বীহল্লক্পা ওজাদি লৈতানথেম্ ওজা- শামু মীতৈদা, হৈবাং, লৈবাং, নম্, লেং, মৈবা, মেক্রুক, সেন্তাই যাওনা, কংতুনা খুকম্ হল্লগা, পল্লেম্ পম্বৌ যাওনা মমোমবু শিন্নবিখি। অদুদা ওজা শামুনা মচাবু ঙম্বমখৈ তাক্পি তম্বীখি।

২- সুবদা- ওজা মাইমোম থানিন্ মৈতৈ। ৩- সুবদা- ওজা লৈতান্থেম্ চান্দে মীতৈ ওজা ৩না থৌজানবিদুনা নচাবু তাকপি তম্বীবক্পদগী মীতৈ "নাৎ কি" ঈশৈ সক্পা ঙম্জবক্খি। অদুগা ওজা ৩মক্সী লৈফম্দি- অৱাং জিবিদা লৈ।। "মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন" কৌবা লাইবিক্ল কংলৈচাগী কান্নবা পুবকপা ওইবীবকসনু।

লৈফম লুৱাং চনু ৱাহেংবম্ নিঙোন্ ইনাক্খুন্বী

কুম্বী লোইশং পোক্পা।

অসৈবি বিনো লৈমাদসু তম্জখি। ৬- শুবদা নাহারুপ্তা লৈবা মাঙ্গোলল্লে লৈমা মীতৈ অসৈবি ওজাদসু তম্জখি। ৭- শুবদা হৈরোক্তা লৈবা বাবুবাম্ মীতৈ অসৈবা ওজাদসু তম্জ[। ৮ - শুবদা থোকচোম্ পৌস মৈতৈ অশৈবা কোংবা শৌদোন্ পুং, অয়াং পল্লিদা লৈবা ওজাদসু তম্জখি। ৯- শুবদা নম্বোন্দা লৈবা- মুনান্ মীতৈ অসৈবদসু তম্জখি। অসিনচিংবা ওজা লাই গুকন্নবা ওজা মযাম্ অসিনা তাক্পি তশ্বীবক্পদগী ওজাসিংগী থৌজান্দগী মীতৈ "নাংকী" ওইবা মিংখৈরেন্গী মবমদা নচানা খর খর সকপা সোন্বা ঙমজবর্ক্খি অমদি "মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন" হায়না মিংথোন্বা লাইবিক অসিনা ঙসিগী পংলবা নচা কযাগী কান্নবা পুবকপা ঙমগনি হায়না পঙলবা নচানা নোল্লুক্লা পাওদমজবি।

নিংথৌজম্ তোম্বা মীতৈগী লোইনবি
নিংথৌজম্ ওংবী লৈমহন্ লৈমা অসৈবি
লমলেন লম্দিং এলাংবম্ লৈকাই।।
ব্রাংজিং লম্দিং ।।
থৌবান্ - দিস্ত্রিক্

# কংলৈপাক্ চীংবুরোই
# তম্বুরোই

কংলৈপাক্ মণিপুব যেন্থৌমী- চীংবুবোই তম্বুবোই" ঐখোযগী কাংলুপ্ ফুকপ্ অসি যেন্থৌঙৈ, হযি চক্ (সৈত্য যুগ) তগী হৌনা পুং ইসৈ, জগোই, থাং, তা, সানবদা, যাম্না থৱাই য়াওজবা, পাম্জবা কাংলুপ্ ফুকপ অমনি হাযবদা থোইনা হাযমন্বা থোক্লোই। মবমদি ঐখোইগী চৎনবি, ইনাৎকি ওইবা, পোক্পা শিবা, থৌবম্ খুদিংদা পুং, ইশৈ, জগোই অমসুং থাং, তা, গী মিংখৈগী মশক্না থৌবম্ থৌনি তৌই। অসিনা চিংবা নাৎকি ওইবা, "থৌ" পাংথোক্ই। খুদম্ ওইবা হাযববদা যেন্থৌঙৈদগী চৎনবক্কে, "লাই হাবাউবা" হাযবদি চীংঙু "কংলৈ মসু মাংদা" খোইযুম্ লাইযাম্, তাইবংচা থোক্লনা ইকোই কোইনা লেংনা লেপ্, অদুগা হবাউ তোইদাওনা, খুবাক্ তাবুন্ খুদুনা, চাংঙু হোইবু লাওদুনা, হবাউ সকসেম্দুনা, খুনজাও লৈচাওনা চহিগী ওইবা থৌনিবোল থৌবু হৌদোকখি। অদদগী "ইকোই কোইনা লেংনা লেপ্লগা" ইসৈ সকপগী থৌবম্দি অদুঙৈদগী চৎনবক্কে মীতৈগী চৎনলম্দাং॥

মীতৈ চাংতম্ "সন্নমহি লাইনিংগী" চৎনবি মিংখৈ মিংলেন্ন সক সোন্দুনা, যাইফ থৌনিবোন্, ইবাৎ ইসোন্গী থৌবম্ অসিনা থাজনবগী থৌবম অথোইবা হাযবদু ওইখ্রে। মবম অসিনা "কোন চক" কী মতম "খ্: তগী মমাংদগী" মী অমগা / মী অমগা মপা মপা, পানবা, ইশৈগী সৈশক্ "পালা ইসৈ' অসি মাতৈ লাইনিংগী ওইবা মওংদা, তোপ্ তোপ্পা সৈসক্ অমা ওইনা লৈবক্মী, মীতৈগী পালা মিংখৈবেন্ অসি অসুক যাম্না কুইবে হাযব তাক্লি।

মসি মীতৈগী ওইবা সৈসক্কী মওংদা লাইগুম্লবা ওজা কুক সিংনা অবিবা অমসুং অনৌবা সৈহেক্ সৈদা কযানা পুন্সিন্দুনা সেম্দোক্লবা সৈসক অমনি হাযব যাই। মতমগা চানবা মওংদা থম্বীবম্বা সৈসক্ সৈহেক্লি। মসি মীতৈগী তা ওইজবা তোপ্ তোপ্পা মীংখৈবেন্গী সক্তম্ মখল্ অমনি "পালা ইশৈ"।

অদুগা অমনা সৈসক্ অসিদা লাইগী ওইবা মতিক মযাই কযা চংই ঙসি ফাওবদা "লাই নত্তনা" মপুং মবৈফাবা ইসৈগী সৈসক্পা অমতা পোক্খিদ্রি

য়াওসিন্নরক্কবা অসি, মীতৈ পালা ইসৈগী- মাংথরক্লবগী মরম খরসু লৈ। মবমদি সৈসক্ অসি নিংথিনা তম্লক্তবা পালাসিং। অদুগা অমনা পালা মশিং য়াম্সিল্লক্কবা। মেল্গী মতম সাংলক্কবা, খাংতপ্তা, মেল্গী মিংখৈ অসি হেক্ক থাদোক্পা অসিনা চিংবনি।

অদুগা পালা ইসৈ সক্কদবা মীওইসিংগী ব্রাখন্দি, মসনা মসাবু তাইবংগী মপু, ইপুবোই সিদবদা কৎথোক্পা গুম্বগী ব্রাখল চেন্বা মী অমা ওইবতাই। অদুগা অমনা পুং, ইসৈ মিংখৈ সক্পগী পুক্লিংদি, তাইবং পান্বা সেম্বীবা মপু ইপুরোই, পেন্‌হন্নবগী থৌনিবোন্ লাইনিং মিংখৈ মখল অমনি। থৌনিরোন্ লাইনিং মিংখৈ অসিনা, মীওইবগী পুন্সিদা তৌরক্পা লংজবা (পাপ্) ফত্তবা থৌবম্সিং অদু, মীংখৈবেন্ অসি তাজরগা, তাইবং পানবগী লংজববু কোকপা ঙমহল্লি হায়না লৌই। অদুগা তাইবংদা ফৎত্রবা ব্রাখল লংজক্কবা অমসুং লংজখিবা কযাবু মিংলেল অসি তাজরুবদগী পুক্লিংগী ব্রাখল্ অসেংবা অচুম্বা লম্বীগী মসক্ উহন্দুনা অমসুং উহল্লবদা, লাল্‌খিবা পুম্নক্পু কোক্পিযু হাযনা, মমিৎতগী পিবাং সিন্থদুনা, অদুগুম্বা তাইবংচানা সোন্ন পুংদা চংদুনা মপুগী ফম্বাল্ ঙাংলৌ খাদা, খুকম্‌জবগা লোইননা, মমিৎতগী পিবাং সিন্থনা কৎপা অদু তাদা, তাইবং মপুনা পেন্‌বিদুনা, থৌজান্‌গী মিৎযেং যেংশি অমসুং থৌজাল্ ফংবা ঙম্মি হাযনা লৌই পালা মিংখৈবেন্।।

পালা মিংখৈবেন্ মীতৈ ঐখোইগী থৌনিবোন্ মখল্ অমনি। হায়বদি তাইবং পান্‌বগী, লৌনম্ লাংগী মসক্ ওইববা পোৎলুম্ অসি কাউথোক্কুনা, অসেংবা লাইনিংগী লম্বীদা চিংসিন্‌বিদুনা চীংঙু লাইগী মিংলেন্‌বু সোন্‌জবগা লোয়ননা, মহাক্কী মনাক্তা যৌননবগী নক্‌শিন্‌বা ব্রাখল্ অমা ওইবনা, চান্‌বি হৈবগী থৌজান্‌গী মতিক্ কয়া লৈ। হায়না লৌই "পালা মিংখৈবেন্"। অদুগা অমনা থৌনিবোন্ থৌরম্ অসিবু থৌগন্‌বিরিবা অমসুং থৌগন্‌বিরিবি-মহৈবোই পুম্নমক্তি চাকচা ফম্ফম্ য়াহিপ্ শোইরবদি তাইবং নংদি পুন্সি

পিখম্নৈ। থৌনিরোন্ থৌরম্ অসিদি য়াম্না চেক্সিন্বিয়ু, "মীনু- মীহৌ- লাংবু" লৈবনি হক্লা লুব থৌনিরোন্ মখল্ অমনি, খংঙো "পালা মিংখৈরেল্"॥

কোন চক্ (কলিযুক) মতম অসিদদি- মীওইবগী হৌনা লোন্চৎ, লাইনিং লাইসোন্- মাগী মাগী পুৱারি কয়াগী চৎনা লমদাং কয়া- অফা, ফত্তা পুম্নমক্- উবা, খংবা, তাবা ঙন্বা, মতম্ অমা ওইবদগী, অফবা লৌসিং তাবা মতমনি হায়না সিংথানরি। অদুগা মতম অসিদা পোক্লববা মী ওইবা ঐখোই মতম কয়াদগী লাক্লবা- মাংলম চৎকি, হৌন লোন্চৎ তাইবংগী, লাইনিং লাইসোন্, পুৱাবি কয়াগী চৎনা লমদাং, মখল্ মখা কযা, খংলবা, তারবা, হৈরুবা, উকবা মীওইবনা, - মসান মসাগী মপোৎ মসক্ খংনা খংনা, তান্জাগী মতুং ইন্না, "চীংঙু লাই" মনাৎকি ওইবা মিংলেন্বু শোন্নববোই, "অকাও পবৈ- থাংখ্রগনি" হায়বদগী, তাইবং চানা কাওদনবা হায়দুনা চীংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইনিংথৌ, "সন্নমহিনা" তাইবং য়ুম্থোং যুমথোং চংদুনা, সম্থোং কাদা- ফম্বাল্ লাংদুনা লৈখি। মীতৈ খুন্নাই ঐখোয়গী ওইবা, ইমা লোন্দা- লাইনিংথৌবু নিংনবি শোন্নরি কা ওদনা, লাইনিংথৌদি- সিদব মপু ॥৩॥

## য়েক্লৌ ঙৈগী সৈসক্

নাহৈবোন্ সৈসক্ ১॥ অমাইবোন্, সৈসক্ ২॥ সিকপ্লোন সৈসক্ ৩॥ হুইকপ্লোন্ ৪॥ লম্হইন্ ৫॥ হিবি পাপোৎ- ৬॥ হিবি থাংমৈ- ৭॥ অসিনা চিংবা সৈসক্ কয়া লৈরি। অসিনা মযেক্ লাববা খুদম্নি, হাযমন্বা থোক্লোই। অদুগা হায়বিবা সৈসক্সিং অসি তেংগা নাওইবা, খুলং ইসৈনচিংবা সৈসক্ কয়া অসিদগী, চানবা সৈসক্ ফিদম্ লৌদুনা, মতমগী য়াওন্ মতুং ইন্না নাহান্নোং, "নুংপান্ পোম্বী লুৱাংবনা" ৱাংলেন্ পুংবুয়ৈ। অদুগা "সেন্দ্রেংনা" তান্য়ৈসেন (তরেৎ সেন্ফাং) য়ৈবগা পালা মিংখৈরেন্গী কায়াৎ, - ইহুন্, মিহুন্, পবিং, তাংথা পুংলোল্ তাংকক্ ৭

থোক্লা সেম্খি। লুৱাং নোংহুম্ সংদা সৈদম্নখি । অসিদগী পালা মিংখৈরেন্ সৈসক্ অসি পুথাংকোক্লা- পাথাংকোক্তা- মথং মথং সিন্নরম্মে "পালা মিংখৈরেন্গী সৈসক্" অসি হায়দবরা ।।

## পালা মিংখৈরেন্ অসিগী
## সৈসক্কি অশেংবা
## হৌরক্ফম্

মমাংঙৈগী মীতৈগী অরিবা ইসৈগী সৈহেক্তগী লৌখি। অমসুং ফজব সক্তম্গী যুম্ফম্গী হৌরক্ফম্ ওইখি, "পালা মিংখৈরেল্"

সৈসক্তি-

হৈবাং খোইনিদা, চানব হৈনিদা।

অসিবু খোইন হাওব হৈদি- চিন্দম্ব হৈনিদ।

মথক্কি ইসৈ অসিগী সৈহেক্তগী লৌদুনা চানব, ইহুন্ মিহুন্ কায়াৎ, তাংকক্ তানথা, লৌখৎতুনা, সৈসক্, সৈহেক্ পান্দুনা পালা মিংখৈরেন্গী সৈসক্ সেম্খি। অদুগা অরিবা ইসৈ সৈসক কয়াদগীসু লৌখৎতুনা চানবা সৈসক্ কয়াসু সেম্খি, পালা মিংখৈবেল্।। মীতৈ পালা ইসৈ সৈহৌ সৈসক্ অসিগী হৌফম যুমফম্ ওইবান হায়বদা হায়মন্বা থোক্লোই "পালা মিংখৈবেল্"।

মরম অদুনা মীতৈ পালা মিংখৈরেন্গী, সৈসক্ সৈথাবোন্ পরিং সৈসক্ অসিগ , "অতৈ- মী ফুরুপ্কি, সৈসক্ পরিংগা সৈদা মানদে।

অদুনা মীতৈ কাংলুপ্কিনা তোপ্ তোপ্পা অমনি। অদুগা অমনা মীতৈ জগোই- সক্তম্দসু অদুমঙাই। হায়বদি চোংবা, লৈবা, থাং, তা, মুক্না, অসিনচিংবদা, লৌখিব হায়বদি- খোংজোং, খুৎহায়, মওং মতৌ কয়া মানবা য়াওরিবা সক্তম্শিং অসিনা মীতৈ কাংলুপ্কি ওইবা মিংখৈরেন্গী, সক্তম্ মখল্ অমা তোপ্ তোপ্পা মওং অমনি হায়না, হায়বদা হায়মল্বা থোক্লোই হায়না খন্জে, মীতৈ নাৎকি সক্তম্, "পালা মিংখৈরেন্"

হায়বদি- সা, লান্দা থৌবা মীতে কাংলুপ্ অমা ওইরক্পনিনা, মাইয়োক্নগদৌরিবা- লম্বা অদুবু- মাইথিবা পিনবগীদমক্তা, থাং, তাগী, অচেৎপা ৱাখল্ সিজিন্নরিবা অদুনা, খেন্চো অমসুং চোংলোই (চোলোম্) তৌরুবতনি। অসুম্না পালা ইসৈদসু সক্তম্ সাথেক্ মওং মফম্ মতম মতাং চানা সিজিন্নদুনা শোন্নপুংদা মিংখৈগী মতিক্ ময়াই হাপ্পতনি। মরম অসিনা মুক্না, থাং-তা অমসুং জগোইগী সাথেক্ খুৎথেক্ন চিংবা, হায়বদি মমিং মথা খরা খেৎনবতনি। হায়বদি ফিরেপ্ সাওং, খোংথাং, খুৎলোন্, থিক্, থা, লাক্সিন্বা, মওং খর খর লৌনবা অমসুং হিরম্ অয়াম্বদা "থেঙ্গৌ অমসুং মুক্না না চিংবদগী" লৌরক্পা ফিথুপ্, পালা মিংখৈরেন্গী চৎনা লমদাং ফিথুপ্তা ঐখোইনা উবা ফংঙি।

## পরিং লাংশং
## লৈসেম্লোন্ জগোই

নহান্নোং তাইবং "মালেম্" অসি লৈত্রিঙৈদা, মালেম্ সেম্নবগী খোইয়ুম্- লাইপুংথৌ ৯ না, লৈপাক্ হোল্লক্তুনা লাইরুরা- ৭ তা পিরে, অদুদগী লাইরুরা ৭না লৈপাক্ অদু ঈশিংদা থাদে। অদুগা সৈসক্ সৈথা তৌদুনা সাবা জগোইনি। "লৈসেম্ জগোই" লৈসেম্ জগোই অসি "মালেম্ লৈরোন্ সেম্বা" জগোই হায়নসু খংনৈয়ে।

## "থেঙ্গৌ"

মালেম্ লৈরোন্ চেৎনবা চোংবা থেঙ্গৌরোন্
অসিসু জগোই মখল্ অমনি।
অথেঙ্ব খোংগী, নোইদম্বা অদুবু "থেঙ্ গৌ" কৌখিয়ে।।

মালেম্ লৈরোন্ চেৎনবা চোংবা থেঙ্গৌরোন্ জগোই অসি "লৈসেম্লোন্নি" জগোই অসিদি লাইবুংথৌ শিংতনা সাবা জগোইনি। অদুগা নহান্নোং 'চীংঙু

অতিয়া, সিদবনা তাক্পিখি। মশানৌ "সন্নমহি (অসিবদ) অদুদগী- মশানৌ অসিবনা, লাইপুংথৌ ৯ থোক্হন্দুনা, - "মালেম্ লৈহৌরোন্ থেঙ্গৌ" জগোই অসি শাহন্খি। জগোই মখল্ অসিদি- মালেম্ মরা চেৎনবা, "থেঙ্গৌরোন্" জগোই মখল্ অমনি হায়না- পম্বৌ কুরুসিংনা তাক্পিরম্মী।

অদুদগী মীওইবগী মুক্লাগী ফিথুপ্সু- থেঙ্গৌরোন্গী ফিথুপ্ অসিদগী লৌথোক্তুনা "থোংখোং সাবগী ফিথুপ্" অসি পুথোর্কখি হায়বদি মুক্লাগী খোং থাংগৎপদা অকাও, লৈফন্, নোংফন্গী থেঙ্গৌগী মওং মাল্লি। অদুগা মুক্লাগী মিৎযেং নাযেংদা,- নিংশাগী খোংথাং, ইহুন্, মিহুন্, মিৎকুপ্, নাহুম্- পুম্নমক্, খেৎনবা লৈতনা মান্নবগী মান্নবা ঙক্তা যাওবি। তৌবদবু মীওইবগী ব্রাখল মপু, খেৎনবগী ব্রাত্তনি "লোইব লৈতে - মীওইবগী ব্রাখল মপু"।

## পুংগী চোংবা অসিসু থেঙ্গৌরোন্গী "জগোই মখল্ অমনি"

১বা মুক্লাগী খোংথাংদা — কাওনা, কাওনা, নেৎলক্পা অকাও থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥

২ শুব চোংনা চোংনা নেৎসিল্লক্পা — লৈকন্ থেঙ্গৌ, গী খোংজোং মওং মাল্লি ॥০॥

৩শুব মুক্লাগী খোংথাংদা — চোংথোক্, চোংশিন্ নেৎতনা লাক্পনা, লৈচাই থেঙ্গৌগী, মওংনি ॥০॥

৪শুব- অদুগা চোংসিন্, চোংসিন্ — খোংথাং নেৎপগী মওংনা নোংকন্ থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥

৫শুব- মুক্লাগী খোংথাংদা — সিক্রু, সিক্রু, নেৎতনা লাক্পনা, লৈকক থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥

| | | |
|---|---|---|
| ৬শুব- | চোংথোক্ চোংথোক্ | — নেৎতনা লাক্পনা, লৈনেৎ থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥ |
| ৭শুব - | চোংনা চোংনা | — নিক্না নেৎতনা লাক্পনা অতান্ থেঙ্গৌ গী মওংনি ॥০॥ |
| ৮শুব - | মুক্লাগী খোংথাংদা | — চোংশিন্ চোংশিন্ নিক্ল, নিক্ল, নেৎতন লাক্ইবা অসিনা লাংকক্ থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥ |
| ৯শুব - | থৌরম্ লোইসিল্লক্পদা | — পুং - সেন্ থৌগল্বনা মিৎযেং নাযেং, তাংকক্, তাংথা, থাবা মাননবা সক্তম্ লৈরপ্ ফল্লপ্. মিৎয়েং নাযেং অথম্ থেঙ্গৌগী মওংনি ॥০॥ |

অদুনা পুংগী খেন্চো, চোংলোই (চোলোম্) অসিসু চানাবা যেংদুনা, খুৎচোং লাক্চোং- থেংগৌবোন্দগী মিৎযেং তাদুনা লৌখৎতুনা সেন্খিবনি হাযনা কুক ওজা সিংনা তাক্পি অসিনসু লোইনাইদে॥

মীতৈগী জগোইগসু যাম্না নক্লবা মবি লৈ, খেন্চো (চোংলোম্) গী শক্তম্ অসি। অদুগা পালা ইসৈগসু, অমসুং জগোইগসু মবি লৈনৈ গযবগা লোইননা, সিংথাবদা থেইনা অবান্বা ওইরোই অমসুং ওইদে। অদুগা মীতৈগী "পালা মিংখৈ" সৈসক মওং অসি মালেম্ (পৃথিবি) গী মফম অতৈদা অসিগী চৎনবি সৈসক্না চিংবা মওং অসি উবা ফংদে। "পালা ইশৈ"॥

তাইবংগী সক্তম্ —

তানা — ইপাগী মসক্লি । থাংনা — ইমাগী মসক্লি ।

খোইযুম্ লাইসিংনা "তা" শিজিন্নবগী মওং মতৌ তম্ববু তা নোইবা কৌই। অদুগা হৌজিক্লা তা- খৌশাবা হাইনা খঙনরি। তা গী খৌশাবোন্ "মপুং ওইবা মমিং ৯ লৈ" থৌগলখ্রিবা অসিনি । অসি নৎতবা খৌশাবোন্ মমিং কযাসু লৈ. অসিনসু লোইনাইদে॥০॥

(LXIII)

## হৌজিক্ মতমগী পালা ইসৈগী সঙ্কম্ মওং করিনো

হৌজিক্ মতমগী পালা ইসৈ অসি তম্নবা মীদি যাম্‌সিল্লক্রে অদুগা সিজিন্নবদি হৌজিক্কুবু হেল্লক্রে। অমনা ওজাসিংনা থম্বীবম্বা অমদি ইশৈ অয়াম্বদি মাংসিল্লক্রে, অদুগা চৎনখিবা খবা অদুতা অসুম্ শিজিন্নদুনা লৈবে। অদুনা হৌজিক্কী মতমদা পালা ইসৈ অসি মওং অমা হোংনা উবি হাযবদি-অহৈবা অখংবা মীনা তাননবগী সৈসক্তা সক্লদ্রে। নুপী অঙাং অমদি, লাংবিবা (ভাবোক্) তাবদা পেন্নবগী সৈসক্, সৈদা ঙক্তা ওইনা সক্লবে। অদুগা ইসৈগী সৈহেক্ মযেক্সু অমগা অমগা মান্নদবা যাম্না খেন্নবা লৈখ্রে। অদুনা মবম্ অমনা, মীতৈ লোন্দা সক্পা ইশৈ অসি ঐখোইগী হান্না লৈজবম্বা ইশৈ সৈহেক্তগী মযেক্লা হেন্‌বা নত্রগা ব্রাংপা কযামুক্ যাওবক্তুনা কাযহল্লক্পা যাম্না থোকই। ২ শুবদা মবম অমনা, মীতৈ লোন্দা সক্পা অসিদা, সৈহেক্ অমদা, মাগী মাগী- অনেম্ অব্রাং পংপুত, পুথোক্লবকপনা, অমনা- অমবু, সৈসক ফানদবনা মবম্ ওইদুনা, সৈফম কযাদা ম ও, তাদবা কয়া উই। মযাম পুন্ন সকপানিনা ওজা তিন্নদ্রদি ইসৈ এদু সকপা যাবক্ত্রে। অসিনা চোইজ'ইনবা মওং অমা ওইবক্লি। অসিগুম্বা মওং অসিদা অসুম্ চৎথবক্লবা'দ- মীতৈগী "পালা ইশৈ" অসি মাংনবগী মওং অমা ওইবা থাই। মমাংদৈর্দদি ওজা অমনা সেম্লগা, ওজাসিং মযাম্না খন্নবগা, মতিক চাবা, সৈসক্ ইসৈ অদুবু মীযামদা খংহল্লি। সৈহেক সৈদানা চিংবা মানবা সৈসক্প অদুগা মীযাম্দা সন্দোক্‌খি। মবম্ অদুনা হৌজিক্কী মীতৈ লোন্‌গী ইসৈ অসি অখ, অইহ ওজা কযাগা খন্নবগা, অবেপ্‌পা অমা লেপতুনা মংনসি হাযবা এদু থম্লবাদ, চোইজাইনবিবা অসি লার্ক্‌সিন্‌বা ঙম্‌গানি। হান্নগুম্না অবেপ্প মওং অমা থম্বা ঙম্‌গানি খল্লি।

অদুগা অমনা থব্লাই যাওবিদুনা, অনৌ অনৌবা, ফজ ফজবা মানা, ঙম্জবা কয়া ইথোবক্লিবা অসিসু ফত্তবদি নত্তে, যাম্নফৈ। ঙাইঙম্‌দবগী শানি।।০।।

# পালা ইসৈগী সক্তম্

পালা ইসৈ অসি হৌজিক্কী মতমদা য়াম্না হন্থবক্পা মওং অমা ওইরক্লি হায়বদি- হান্নগী ওজা কুকসিংনা থম্লীবম্বা অদু ফাওবা অসুম্ অসুম্ কাউনবক্পগুম্ তৌবি। মবম্দি অসিগী মবমসু খবা লৈ, হায়বদি- মসি "নাৎকি" ওইবা লাইনিং লম্লীগা মবি লৈনবা পুংলোন্ অমসুং ইসৈগী সৈসক্ অমা ওইবনা লাইনিং লম্বিগী মনুংদা "অহন্ হনুদুনতা" লৈবা তাবা অবিবগী সৈসক্ মখল্ অমনি। হায়বদা থোযনা লাল্লোই হায়না খন্জে "পালা ইসৈ"

পালা মিংখৈ অমসুং মীতৈ পুংগী ব্রাহন্থোক্তি, নুংগী ওইবা লাইগী চৎন লম্দাং লিক্লম পাম্জবা মীতনা মনুংগী মিংখৈগী ইচেন ব্রাহন্থোক মসক্ খংবিগনি হায়বদা থোইন হায়মন্বা থোক্লোই হায়না খন্জে। অদুগা অমনা সৈসক্ মিংখৈবেন অসিগী লাইবিক্ লাইবু হৈবা, ফোংদোক্পা ঙম্বা সৈবাংবাসং য়াম্না লৈরবনা, মীনা খংবিদবনি। অদুগা মিংখৈ অসিগী মতিক্ মযাইদি য়াম্না ব্রাংখ্রে, হায়মন্বা থোক্লোই হায়না খন্জে। অদুগা মীতৈ নাৎকি ওইবা অসেংবা লাইনিং লাইশোন্ অসিগী মবমদা মতিক্ চাবা লাইবিক্ লাইসু হৈবব মিংখৈ মিংলেনগা মতাংদা, লাইনিংহন্- অযিবা মীওই কয়া, পুক্লিং চংবিদবা অসিনা, মবম ওইদনা, মিংখৈ সন্দোবক্পগী থৌবম্দদি ইচৎ চৎথবিদ্রে হায়বা যাই। অদুগা কংলৈপাক (মণিপুর) "চীং তম্" মীতৈ নাৎকি ওইবা মংখৈবেন্ অসিবু হিংহনগে, লৈহনগে, অদুগা মীওইবা খুদিংদা খংহনগে, উহনগে হায়বর্বদি মীতৈগী সৈসক্ সিং অসিগী মতিক্ চাবা লাইবিক্ কয়া, ফোংদোক্পদুনা থম্লীববতদা "নাৎকি" মিংখৈ চা ওখৎপা যাইফবা ওইগনি।

অদুগা অমনা মীতৈ নাৎকী পালা সৈফাংনবগী ইসৈ সৈসক্ মখল মখা, সৈবেংনচিংবা, অদুগা পুংগী পুংলোন্ মখল্ মখা অহাপ্পা পুংলোন্নচিংবা কয়া। অদুগা পুং, ইসৈগী তান্ মবোন্ ১০৮ গী চানবা পুংলোন্ ঈহন্, মিহনন, মবোন। সৈসক্ পুন্নমক্কি ইসৈসিংগা, নিংথিনা চাননবা নৈনদুনা

পুথোক্লবা হোৎনসি, অদুগা নাৎকি থৌবম্ অসিদা মতিক্ চাবা, থব্রাই য়াওবা ওজা কয়া তুংদা থোক্লকখিগনি, হায়না নচা সৈবাংবগী পুক্রিং ব্রাখন্দদি থাজবদি লৈ। অদুবু ঐনা ঙাইঙম্দবগী ব্রানি ।।

অদুগা মীতে নাৎ, মাংলমচৎকি পালা মিংখৈবেন্ অসি- অপুন্বা মীৎযেং অমগী মখাদা সক্তম্ অমা থম্বা অমসুং লৈবা। অদুগা পালা মিংখৈবেন্ অসিবু মাংখিদনবা মথং মথং নৌনা তম্খৎলক্লিবা সিন্তম্বা/ সিন্তম্বী, মহৈবোইগী মতিক্ হাপ্পবা,- ইশৈগী- ইহুন, মীহুন, তান্কক্, তাংথা (তান্) গী মতাংদা, মমুৎ তানা খংহন্দুনা, মওং মবিন্ তানা ইশৈ সক্পা ঙম্ননবগী পান্দম্দা, অখং অহৈ ওজাশিংগা তানবগা মাংলম্চৎকি ফিদুপ্ কাইহন্দনবা পুথোক্সি। অদুগা ঙসিগী অসৈবা / অসৈবি- মহৈবোইদি তুংগী যুম্বীবেন্নি ।।

মৈতৈ/মীতৈ- চানা ঙসি- অনৌবা সৈশক্ মওং অমসুং যাওন্ পান্দগী, যেন্থৌঙৈগী ইপা ইপু গী, পালা মিংখৈবেনগী শৈসক্, ফিথুক্ মাংনবগী মসক্ ওইবক্লি। অদুবু পালা মিংখৈবেন্গী ফিথুপ্ ফজবগী সক্তম্বু কাইদনা থৌগন্মিন্নসি হায়র্জবি ।।০ ।।

## পালা মিংখৈরেন্গী চৎন লম্দাং
## শোন্নপুং ময়াইগী

পালা মিংখৈ অহান্বা হৌবম্দাইদা- শোন্নপুংগী ময়াইদা পালা সিংনা চংঙগা ইবুধৌ তাওবোইনাইগী লিকোইগুম্ মকোক্ মমৈ নাইনা, ইকোই কোইনা ফম্গনি। অদুগা ইশৈ সক্পনা ময়াইদা ফম্গনি, অদুগা ইসৈ সক্পগী, ওই থংবদা "খোন্পাংবা মকোক্" ফম্গনি। অদুগা সোন্নপুং ময়াইগী নোংচুপ্ থোংগী মমাং ওইবপ্না পুংযৈবা ২না মবক্ খাইনা, যেৎকা/ ওইগা মমাই নোংপোক্ ওন্দুনা খমব্রাং ফম্গনি। অদুগা পুংযৈবা পুংকোক্নী ওইদা সৈওক্পা (দোহাব) ফম্গনি, মথংদি পালা সিংনা- সোন্নপুং অসিগী

মযাই অসিদা মথং মথং কোইসিল্ লকুনা- খোমৈ খোম্‌দোন্ লংবা ফম্‌গনি। অদুগা অবাং পুবেন্না অহান্‌বদা "কম্বীদা, মৈবা, লৈবাং, মেক্রুক্, লাইজা, কম্বী নৌবে খুনা" সোন্না পুংগী মযাইগী ফম্বাল্‌লেন্দা, লৈ লাংগনি, অদুগা, লেং, নম্‌দসু লৈ কৎকনি অদুগা পুংযৈবা পুংকোক্তগী হৌবগা, মথং মথং লৈ, লাংগনি। অদুগা পুংকোক্ তগী হৌবগা মথং মথং নম্, লেং, কৎকনি। অদুগা সংলেন্ মপু, থৌগল লৈ লাংলগা, নম্ লেং কৎকনি। অদুগা চৎনবি অমগী মতুং ইন্না মাইকৈ ৪দা লাংববা (ভাবোক) লৈ লাংলগা ঙম্‌জববদি-লেং ফি মচা অমমম, কৎপসু মচৎনৈ মফজৈ, মতম্‌গী ওইবা।। অদুগা থৌবুবেন্না চিংবা, সোন্ন পুংদা চংদুনা পুংযৈবা, ইশৈ সক্‌পা পালানচিংবা, "শংলেন্ মপু" থৌগল্লোই খুকম্‌গনি।

অদুগা "সংলেন্ মপু" থৌগল্লোইনা সোন্ন পুংদা চংঙগা তেংবান্‌বা মপুগী ফম্বাল্লেন্দা পুংযৈবনে, ইশৈ সক্‌পনে, পালাসিংগা লোইননা, পুন্না খুকম্মানগান। অদুগা পুন্না চপ্ মানন হৈগংমিন্নবগা মাগী মাগী ফিবম্ থোংখোং সান সানা, খুদোন্ ফাক্‌পা খুনিং সুপ্‌পা ফিবেপ্তা লেপ্পবগা মিৎ, উইসিন্‌বসু যাদে, অদুগা মিৎ লাউনা পাংলগা কোইবে লৈনা মিৎ, য়েংবসু যাদে। অদুগা মাই লুক্কপ তৌবগা খোইদৌ মপা চানা ওইগী খুবাক্ক লোংনা য়াবা, অদুগা যেংকে খুবাক্কা উপ্‌সিন্দুনা তানয়ৈসেন্ পাইনা পবে চেৎনা খোইযুম্ লাইবু নিংজদুনা, সোইহন্নবিগনু হায়না থৌনিদুনা লৈগনি। অদুগা "সংলেন্ মপু" থৌগল্লোইনা "পাম্ সৈহৌ মিংখৈ" লাউবগা অদুগা ইসৈ সকপ অমনুং পালা সিংনা, যাইসনে হায়না খুম্‌গান।

অদুগা পুংনা হায় হৌগনি। মংদা তবেৎ সেন্‌ফাং যৈগনি। মথংদা তানজাগী মতুং ইন্না মিংখৈ অমক হৌগনি। অদুগা অহান্‌বগী সৈহৌ পুংলোন সৈহৌ ইসৈ লোইবগা সৈথং পুংলোন তাগনি। অদুগা মিহুন তানথা ৩ গী পুংলোন তাগনি। অদুগা মেল লাংবুম লুংলোন তাগনি। অদুগা "তান্‌চপ্ পুংলোন" তাগনি। অদুগা অমুক্ "মেল্ কুপ্- পুংলোন্" তাগনি। অদুগা অমুক্ "সৈবোই পুংলোন্ সৈবোই মিংখৈ তাদুনা, থৌনিবিবম্‌গনি। পালা মিংখৈবেন্‌গী থৌবম্মা।।৩।।

# পালা ইসৈগী ফিজেৎ

মীতৈগী পালা ইসৈগী ফিজেৎ অসি মীতৈ তগী ওইবা অরাংবা থাক্কী "নাৎ" কি তোপ্ তোপ্পা ফিজেৎ মখন্ অমনি ফিজেৎ অসি অঙৌবা মচুগী অচম্বা অসি মীতৈ ঐখোইগী অরাংবা "নাৎ" কি, ফজবা সত্তম ফোংদোক্পনি। ফিজেৎকি- পোৎলমসিংদি কোযেৎ, ফৈজোম্, খ্বাংযেৎ অঙৌবা ওক্তা, নম্‌শা পাক্কে, লিক্লাং, থাংদিন্ লংথিং, তান্‌যৈসেন অমসুং পুং অসিনা চিংবনা মপুং ওই, মীতৈ পালা মিংথৌবেন্‌গী পোৎলম্, অসিনা পালা ইসৈগী ফিসেৎনি।

অদুগা ইসৈ সকপনা চিংবা পালা সিংদি- অচৌবা কোযেৎ ফিশাংনা সেৎকনি, অদুগা পংযেৰ্বদি- কোযেৎ, চাংথ্রং ত্রাবি যেংকনি। অদুগা অমনা মঙানি লৈহুন্দদি পালা সিংসু কোযেৎ অচৌবা যেৎপা যাদে। অদুদি সলাই কোইযেৎ যেৎকনি পালাসিংদি। অদুগা পুংযৈবন কোযেৎ চাংথ্রং ত্রাবি কোযেৎ - যেৎকনি। ফৈজোমসু "খুদোন লৈনা" (কুঞ্জা) খ্বাংগা ওইবোমদা যেপখৎতুনা সেৎকনি লৈহুনগী থৌবম্ ওইববদি।

অদুগা মমাংদৈদে। ফৈজোম্ খোংদাই তৈদুনা সেৎলম্বা অসি ইপা ইপুগী। মতমদা অঙনবা অমসুং লাংদাই অমা লৈবম্মা- হায়না ও কাপলম্মী। হৌজিক্তি নোংথ্রা পাবে ঙনখ্রবানা, ফৈজোম্ খোংদাই তোক্লবে, আ, মাংলম্ চৎকি, ফৈজোম খবুম ইপা ইপুগী ফিজেৎ চুম্বা সেৎচবে। অদুগা অমনা লৈশাক্‌কী খৌগী, মনা মথুম 'ফং লেংনা', মনাফ, খামেন্ চৎপা, সনা খুজা, তাংগা চিংবা, অহংবা মনাফি "হৌবম যৌদাগী মতুং ইন্না সেৎপসু যাই।। পংসেৎ সেৎপদি যাদে।।

মীতৈ পালা ইশৈগী ফৈজোম্ সেৎপগী মওং অসিসু মীতৈগী চৎনবি মতুং ইন্না মাংদা ফিথুপ্ ও থুপ্পা অদুগা তুংদা নামৈ লৈবগা যেপপা, পালাগী ফৈজোম্ ফিসেৎতি, থোইদোক্ হেন্দোকপা মওং অমনা নামৈ লৈবগী কানবদি কযালৈ। অদুগা চুমনগী ফৈজোম্ খুৎসেৎতি নামৈ যেপ্পদা ফিথুপ্

পরৈ ৩ লক্ লৈদুনা ফৈজোম্ সেৎপগী মওং অসিদি চৎনদে অমসুং সেৎনদে। পালা মিংখৈরেন্গী ফিসেৎতা চৎনৈ।

অদুগা ফৈজোম্গী মথক্ত খ্বাংগী মপাদা, অঙৌবা খ্বাংয়েৎ ১ য়েৎকনি, য়েৎ থংনা খ্বাংগী নাকন্দা ফিজিন্ অমা হায়থরগনি। অদুগা অনিরক্ য়েৎলগা অতোপ্পা ফিজিন্ অদু লৈখৎতুনা য়েপ্সিন্গনি। অসুম্না সেৎলিবা ফিজেৎ অসি মুন্না থিজিন্বদা হক্চাংগী অসোই অঙাম্, অকায়বা, মওং ঙাক্লনবগী সেৎপা ফিজেৎ খুসেৎনি, পালাগী ফিজেৎ অসি। অদুগা অমনা খ্বাংদা য়েৎলিবা খ্বাংয়েৎনা ফিজিন্ অমনা মালেমদা লুক্থবা অদুগা অকোন্বগী ২রক্ য়েৎপগী ফিজিন্ অদুনা কোরৌ থক্তা, ফিজিন্ ওন্খৎকনি হায়বদি তাইবং অসি- কোরৌ, মালেম্ ২গী,- তাইবং পান্বগী মসক্নি। অনিগী তাইবং পান্বনি হায়না তাক্পনি॥

অদুদগী অমনা পালা ইশৈ হৌবদা ওয় থংবা লেংবান্দা ফি অমা য়ান্দবা য়াদে হায়বা অসিনচিংবা অসিগী চৎনবি অসি অহান্বা লৈ লাংবগা লোয়ননা ফি য়েল্লিবা অসিনি। অদুগা মমাংঙৈগী মতমদা ফি, যেন্বা, ঙমদ্রবদি- মতম অদুগী চৎনবি- পালাসিংনা মাগী মাগী, মখ্বাংদা য়েৎলিবা খ্বাংয়েৎ ফি অদুনা, লেংবান্দা য়ান্নবগা- ইশৈ সৈহৌ হৌই। অদুগা সৈহৌ লোইরগা, খ্বাংযেৎ অমুক্ য়েৎলি। অসি গুম্বা মাংলম্ চৎকি চৎনবি অসি ইপা ইপুনা তাক্পিবম্মী।

অসিগী মবম্দি- সৈহৌ মিংখৈবেন্ থৌগল্লোন্ ফিসেৎ অসিনা তাক্পদি, তাইবং পান্বা মপুগী মফম্দা, থৌগন্বা অসি ঐনা মতোল্লে হায়না থৌগন্গী মসক্পু তাক্পনি।

অদুগা অমনা- ফিদা ফিজিন্, ফি থাবা অসি মতম মতমগী মতুং ইন্না, - কৎথোক্পগী ব্রাখল্দা চৎনবি অমা ওইখিবনা, পালাদা থাবা ফিবু ফিদা ফিজিন্ কৌখি। অদুগা অহান্বগী সৈহৌদা কৎপা ফি অদুতা নত্তনা মরক্তসু, তাংকক্ নাইনা নাইনা চংনদুনা পালা সিংদা পৈশা অমসুং ফিনা চিংবা কৎথোক্পগী মপান্ নাইখিদ্রে। অদুবু নোংমদি মসি- অহোংবা খরদি সোইদনা লাক্পা য়াই॥০॥

# য়াওফম তাকপা

২ সুবা পন্দুপ

## সংলেন্ মপু থৌগল্লোইনা
## পাম সৈহৌ হৌদোকপা

## ৩শুবা পন্দুপ

## পালা মিংখৈবেন সৈহৌ পুংলোন্

## অচৌবা পুংলোন্গী সৈসক্

※ ※ ※ ※ ※

# সৈহৌ

হযি হয়া- হে

মালেম তাইবং পান্‌বগী ইপুরোই শিদবা যাইবি, য়েলহৌঙৈদা অমম্ লৈসা নবক্‌পা খেবে নুংগুম তগুপ্‌হৌ. পোইতিংঙু নোংথাং তবংলেন্, তবং লাইজা ইপোক্‌পা, চিঙু লিন্তাও তাওবি ইবোইনাই,লাইবেন্ তাওবোই নাই, নুংমু শিদবা নুংকাং মাহাবাবা, যাইবি নুংঙৌ পিমাবা "খুং যাৱা" নখোনজেন্না থেদম্নক্‌পা। হুংনা নিংনা নওং ওইব ইবুংঙো, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা, মঙা মক্‌পু, যাৱা কোংখাং সাবিবক্‌পা, নমু পোং মথংলেংনা থেংম্নক্‌পা, খিবেন্ উংলৈ নুংদগী লাবা থযাং থোক্লা লম্‌হৌবক্‌পা, খোইযুম যাৱা নখোঞ্জেল্ লাংবল খোইমু খোন্দনবা খোজেলদুনা, উং, ঙংবদা তাইবং সক্‌তম্ লাক্লক্‌পা, চোইনৌ স্না কোন্‌ফুবেন্দা তাইবং সেম্লক্‌পা, তাইবং নিংশা পান্‌বগী হৌবক্‌ফম ওইবা, লৌশিং নৱা সৈদমপাল্ সৈসক্ সৈদম্বনা, মীতৈ পুং পালা মিংখৈরেন্ পুংলোন্ লাইবিক, লৈবোং লাইদা কৎপগুম্ কৎচাব, মযেক্ মশোন অৱাৎপা তাথিবিগনু হাযনা হন্ন হন্না পুনেমজবি, হে লাইনিংথৌ ।।০।।

নোঙ্লুক্‌চবা

মঙাং শগোলসেম্ চা বাজমুহোন মৈতৈ

অমাই পিবা মণিপুব পন্দিত লোইসং সনা কোনুং

# পুবারিগী লিক্লম্ লিখুন্ অচুম্বা থিবদা "পনথুংফম মপান্ নাইহন্শি"

কংলৈ মৈতৈ লৈপাক্ মণিপুব গী, ইতিহাসতা চমম্নবা অমা ওইবি, মসি কবিগীনো হাযবদা, হৌজিক্কি মতমদা পুযা লাইবিক্ মখল্ মশিং অসি, থিবা ঙমদবা মখৈ যাম্ম্ব্রে। অদুম্নদি ওইবগা, পুযা লাইবিক্ অমদা, যেল্হৌঙৈ (মমাংঙৈদা) হৌবক্খিবা, থৌদোক্কী মতুং ইন্না ইবম্বা লাইবিক্শিং অসি, অযাম্বনা ব্রাবি মপুং ফানা ইবম্দে। লাইবিক্শিং খবদসু ব্রাবি অসি চোইজাইননা, ব্রাবি লিক্লম্ অসি ব্রাহৌদোক্ খেৎনবা, ব্রাবিদি ইচুম্ চুম্নবা অসিনা চিংবা, ব্রাবি ব্রাখোং সিংসে, লাইবিক্ অমগা অমগা পাওদম্ পাওতাক (মোত) খেৎনব, ব্রাবি লিখুন্দি চপ্ মানবা, অসি নচিংবা যাম্না চমম্নবা অমা হেক্ হেক্ ব্রাখল অসি নিংহন্নহল্লি। হাযবদি-কবম্বা লাইবিক্কবু চুম্মীবনো ? হাযবগী ব্রাখলদা হেক্ হেক্ লম্মুক্ক হল্লি। অদুবু পোক্লফম ওইবিবা, লম্দম্ অসিগী ইমা লৈপাক্কি, মৈহৌবোন্ মশক্ তাঙবদি যাদবানিনা লিক্লম্ অসি পুন্সিন্ মিনবা তাই। অদুবু মতমগী "খুবৌ লংনান" হাযনা খন্বিদুনা নিংহন্নবোইশি, ইকুপচা খুদিংমক্লা হাযবদি-অঙাং-অহন্ খাঙনা থৌগন্ লাংমিন্নশি হাযনা তাবা খাদা নোল্লুক্পগা লোইননা পাওকৎচবি। মৈদিংঙু লোযযুম্বা শিন্যেন্গী, পাওতাক্কি মতুং ইন্না পানা ৪/৬ থোক্লা খাইদুনা, "থৌবম্গী চৎনা লম্দাং" মওং মতৌ অসি খবা খেৎনবসু লৈতবদি নৎতে লৈ। অসি খংনা ইকুপ্চা খুদিংমক্লা, তান্না, নৈনবগা যাইফ থোইন পান্মিন্নশি ॥০॥

ꯑꯍꯥꯡ ꯄꯟꯗꯨꯞ

তাইবং পান্‌বগী মপু "ইপুরোই-শিদব" যাইবি যেল্‌হৌঙৈদ, অমম, লৈশাদক্‌প ইবুংঙা-খম্‌গোল্‌ তরং, মালং, হুম্‌লেন্‌, হাম্‌লেন্‌, কেৎন বাইন, তাইবং মালেম্‌ সেম্ব লাইগী মতম্‌ ॥০॥

## খুনুং পুব্বারী হালেন্‌ হান্‌বা

১/ চিঙু ইপুবোই শিদবা (কহঙ্ক চক্‌)

২/ পাখঙবা (থোই হঙ্ক চক্‌)

৩/ কোরৌহন্‌বা (তয়ো হঙ্ক চক্‌)

৪/ কৌবরেন (পোই হঙ্ক চক্‌)

অসিনা চিংবা লাইগী মতম হায়না খংনৈ। অদুগা অমনা মৈতৈগী অবিবা পুয়া লাইবিক্লা চিংবা অসি হয়ি চক্‌তাগী লৌখৎতুনা মাংলমচৎকি লিক্লম্‌ লৈপাক্কী মমাইবা, "মালেম লৈহৌ মাইনা" ইবা হৌবন্মী।

## "তেংবান্‌ব সেম্ব"

তেংবান্‌ব সেম্ব হায্‌বসি -সরুক্‌ অনি থোক্ল লৈ, মদুদি গ্রহান্‌বদ, খোইয়ুম্‌ লাইসেম্‌দুন কোরৌ নোংথৌ মবোন্‌ ৯ অম্মসুং মালেম্‌ লৈবোল্‌ ৯ সেম্ব। অদুগা মৈ, ঈশিং, নুংসিৎ-পুথোক্‌প, অদুগা লোইনন, নুমিৎ, থা, থরান্‌মিচাক্‌নচিংব, পুথোক্তুনা মাগী মাগী মথৌ তৌহল্লক্‌পা। অদুগা অনিসুবদা "তাইবং মী" সেম্‌দুনা খুন্দা লৈতাদুন লৈহল্লক্‌পা অসিনি।

অদুগা অমনা তেংবান্‌বা অসিদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক্‌, অতিংঙা, নুমিৎ, থা, থব্রান্‌মিচাক্‌ নচিংব লৈত্রিঙৈগী মতম্‌ অদুদ "তেংবান্‌বগী মপু সিদবা" মথন্তমক্‌ তরং অহাংবদা লৈরম্মী। অদুগা ইবুংঙো মহাক্ল তেংবান্‌ব সেম্লগে হায়্‌না নিংলক্‌প মতম্‌ অদুদ অহান্‌বমত্তুদ, "লৈমরেন্‌ সিদবী" পুথোক্লে। লাই পুম্লমক্কী

লাইয়িংথৌগ, লৈমরেন্ সিদবীগ অনিন তেংবান্‌ব সেম্মসি হায়্‌না তান্নরে। অদুদগী অহান্‌ব অতিয়া সিদব (অচিব)। ২শুবদ সন্নমহি (অসিব)। ৩শুবদা (কোন্‌জিন্‌তিং) "হারাব হায়ন কৌব" মপারি ৩ পুথোক্লে। অদুগ "সনজীং অমসু পুথোক্লে" তেংবান্‌বগী মপু সলাইরেন্ শিদবন অদুগা "সন্নচীংগী" মথক্ত সিদব মপুগ, লৈমরেন্‌গ, পোখাদুনা লৈরে। চিক্ল ৱারি সানরে, অদুদগী মপারি অহল্, অতিয়া সিদবদ তাইবং মপুন কোরৌ নোংথৌ মরোল্ ৯। মালেম্ লৈরোন্ ৯ সেম্‌মো হায়্‌না য়াথং পীরক্লে। অদুদগী তাইবং মপু সিদবগী য়াথং মতুং ইন্ন অতিয়া সিদবন,মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পুথোক্লগা, থেংগুগী মথক্ত লৈরোল্ অমা সেম্মে। অদুগা তাইবং মপু সিদবন পীবিব "মকু পুন্সিব" তোংদুন কোরৌ নোংথৌ মরোল্ ১সু সেম্মে।

অদুগী মতুংদ অতিয়া সিদবন মসানৌ য়াইমা, সন্নামহিদ থৌসিরে, অদু নোংদগী (অসিব) হায়্‌ন কৌখ্রে। ইসানৌ য়াইমব তাইবং মপু সিদবগী,য়াথং মপুং ফানব,নংন তেংবাংও। নংন অমুক্ কোরৌ মালেম্ সেম্মো হায়্‌ন থৌসিখি। মশাবি য়াথং ইন্ন অসিবন কোরৌ নোংথৌ মবোল্ ৮ অমগা,মালেম্ লৈরোন্ ৮ অমগা সেম্মে। অদুদগী সেম্মিব লৈয়াইরেন্ মালেম্ অদু নিংথিন ঙাক্লনব, মায়কৈ ঙাক্‌প লাইনচিংব,লাইযাম্ পুথোক্তুন ঙাক্‌হল্লে। অদুদগী মালেম্ লৈরোন্ ৯ ওইরক্লবদ,থেংগুন পুব ঙম্‌লরোই হায়দুন "লাইরেন্ তাউরোইনাই" পুথোক্তুন,অদুদগী তাউরোইনাইন মালেম্ লৈরোন্ পুম্নমক্ পুরে। অদুদগী নুমিৎ,থা,থৱান্‌মিচাক্লচিংব পুথোক্তুন মাগী মাগী মফম্‌দ মথৌ-মশিন্ তৌহল্লে। অদুগ তাইবংমপু সিদবন, লাই পুম্নমক্কী "লাইয়িংথৌ" ওইদুন ৱায়েন্দুন লৈরে।

---

** চীং করম্ন পুথোকখি অমসুং কৌখি ? তাইবং মপুন ঈরোননুংদগী "সনচীং" চীংবু চিংখক্তুন অদুদগী তাইবং মীওইবনা চীং হায়না কৌখি।*

---

অসুম্ তৌন "ক-হংকো" লোইশিল্লক্লব মতম্দ কুরু সিদবন মপারী অহল্ অতিয়া সিদব য়েংদুন হায়রক্ই। পারিহন্ হৌজিক্তি তাইবংমী সেম্মো হায়দুন য়াথং পীরক্লে। অতিয়া সিদবন মনাও য়াইমদ সিন্নরে। মসানৌ অসীবন হোয়ারে। অদুদগী সন্নামহি অসীবন মালেম্ লৈসা, লৌখত্তুন তাইবং সক্তম্ কযা সাব হৌরক্লে। অহান্‌বদ "পোংনাওতোন্" শারে। মথংদ- হংগোই,য়োং, শামু, "নোংশা, কৈ, শগোল্", অদুগা উচেক্, ৱাহি, হারৌ অসিনচিংব, উ, ৱা, নাপি-শিংবি, হৈরাং-লৈরাং কয়া মখল মখল্ অসিনচিংব, তাইবং সক্তম্, লাখা ৮৪ শাখ্রে। পুথোক্লিব সক্তমসিং অদু উবদ,তাইবং মপু সিদবন। অহিংব থৱাইগী মিংখৈরেন্, নাপা থোংলেন্ ২ মক্তা, খো খোপ্‌প ওন্ন ওন্ন অহিংব, মিংখৈরেন্ কাম্‌শিন্‌বিদুন, হিংহল্লে-২/২ গী তাইবংগী পোপা সেম্বীখি। চেন্‌ব-চোংব, পাইব ঙমহল্লে।

থবাইগী মিংলেন্ :-

**"হংঙা তরংঙা রো হংঙা হংঙা"**

তাইবং মপু সিদবগী অহিংব অসেংব থৱাই ৫ গী মিংলেন্ ফংজরবদ, তাইবংচা সিংদো-খোংব, লাওবা, চৎপা, চোংবা, পাইবা,লেংবা,হায়ব,হুম্ব,খো-খোপ্‌প ঙম্‌দুন তাইবং কুম্মৈ সানখি,তাইবং পান্‌বা অসিদা। অদুদগী অমুকসু তাইবং মপু সিদবনা-পারি অসিবদা, তাইবং মী সাও,হায়না ৱাহম্‌লে,অদুদ অসিবনা,তাইবং মীগী সক্তম্,মওং সাদুনা পুথোক্‌পা ঙম্‌দ্রদুনা নুংবংন লৈখি। মপারি সক্তম্ উবদা,তাইবং মপু সিদবনা হায়খি। পারি অসিবা,"লাও লাও,, ইপাগী নাক্‌ত,ইপানা তাক্‌পিগে,হায়্‌না মচা অসিববু কৌসিল্লে। য়েংঙু য়েংঙু পারি ইপাগী ঈমিরেন্ মালেম্ লৈসাদ তারিব,মিরেন্ অসিগ চপ্ মান্ননা লৌখত্তুনা সাগদবনি পারি,হায়্‌ন তাক্‌পিরে। অদুদগী মহিরেন্ অসিবন "পম্পৌ ইপাগী সক্তম্ মিরেন্‌বু

য়েংঙগ" মালেম্ লৈসাদগী লৈসা মীবেন্ মীতম্ থেম্গৎতুন, লৌখত্তুন, তাইবংগী "মী" অহান্‌ব, নিপাগী সক্তম্ ১ সাখি। অদুদগী তাইবং সক্তম্ অসিন খৈরে হায়্দুন "মী-খৈরোব" কৌখি। ২ সুবদ তাইবংগী মমা, লৈমারেন্ সিদবিগী, মীরেন্দগী মিতম্‌খিবি-নুপীগী সক্তম্ ১ শাখিব সক্তম্ অসিন তাইবং মীগী সক্তম্ মওং সাব অসিন লোইবে খৈরে হায়্দুন "মী-খৈরোবী" কৌখি। অদুদগী সারিব সক্তম্ ২ অদু "পম্হৌন মিংখৈ পিবিদুন" মতিক্ লৈব, পাগী সক্তম্-পী সক্তম্, ২ নি অসিন চাদা-নৌদাদুন তাইবং সিন্‌ব থুংন সন্নখি। অদুনা ২গী তাইবংপান্ ওইখিযে। তাইবং অসি অনি (২) গী তাইবংপান্‌বনি ॥০॥

## তেংবান্‌ব মপু সিদবগী মপারি

"কোঞ্জিবেন্ পাখঙ্‌ব"।

লাইগী মতম্ খোই হংকো

মপন্ পম্হৌ সিদবগী মতিক মযাই খংবদগী, ঈপাবিদ্দি মপা মসক্ খংঙি হায়্দুন পাখঙ্‌ব মিংথোন্ পিবিদুন, পম্হৌগী, "সনা ফম্বাল্" সিন্নখি। মম্হৌ মপাগী ফম্বাল ফংখি।

খোই-হক্ক-দা কোঞ্জিবেন্ পাখঙ্‌বন ফম্বাল্ ফম্, ফংদুন, ফম্বাল্ তোংব মতম্দ, "হিরৈমন" পাখঙ্‌বগী ফম্বাল্ যেৎ ওইননা ৭ লক্ হন্ন হন্ন কোইরগ লৈবাং খুজোক্ ৭লক্ হন্ন হন্ন পাখঙ্‌বগী লৃরেন্ থক্ত কৎখি। অদুগ হিরৈমসু পাখঙ্‌বগী ওইদ ফম্বাল্ তোংখি ১। লোইনন ২সুবদা- যাইরৈমা। ৩সুবদা-হিপোক্‌পি। ৪সুবদা- য়াইপোক্‌পী। ৫সুবদা-হিকুবি। ৬সুবদা-য়াইকুবী। ৭সুবদা-য়াই সরা। অদুগ লাইবেন্থী ৭ ন পাখঙ্‌ববু থৌগন্ তৌখি। অসিনচিংব পানদুন, মেল্ ফম্বাল্ ফম্ ফংখিব লোইনন, মপারি য়েক্ ৭ মথং মথং পোক্কুন, সলাই ৯ সংে দাক্‌খি। অদুন লৈপাক্ অসিগী য়েল্‌হৌমী "চাংমী-তম্মী" লম্‌গী মপু ওইখি। তাইবং পান্‌ব হে মীওইবা ॥০॥

নোংখোংলোন্ পুয়া।

# লাইগী নিংথৌরোল্

# অতিয়া সিদবগী লাংওন্

# নিংথৌ কাংব

## "হয়ি চক্" - (সত্য যুগ)

লিলা পাখঙ্ব - কাংঙবুংদ পান্খি।

অসিনা চিংবা মথং মথং লাংওন্খি। নিংথৌ কাংবগী মশু ৯ অসিদগী লৈপাক্কী মমিং ওইখি। কংলা মশুং ৯ সনাজিং মশুং ৯ সঙ্গাই সংলেন্ ৯ সু কাইদানা লৈরিবনে ॥০॥

## তৈমা চক্ মরিংব

লাংওন্ "খুনুং চক্" (ত্রেতা যুগ)

লৈনুং লোন্জা অরিব পাখঙ্ব - কংলাদা পান্খি॥০॥

## নিংথৌ কক্সুব

লাংওন্ - "লাংব চক্" (দ্বাপুর যুগ)

লোলাং পাখঙ্ব নিংথৌ অসিদি কংলা তোংবিদা, লাইগী নিংথৌবোল্ ২৩৯ সুবদ পান্খি॥০॥

খম্লাংবা খুন্থোক্লোন্গী
অহান্বা লামাইদ তাক্লম্মী।

[illegible]

## কোনচক্- (কলি যুগ্ )

## নোংদা লাইরেন্ পাখঙ্ব লাংওন্

লোইদাম্ লম্তাগী থাপুং "ইবাই" নুমিত্তা পাখঙ্ব লাংওন্।

### কোনচক্-কলি কুম্সিং

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখঙ্ব ফম্বালগী মতম্ খৃ: ৩৩। কলি কুম্সিং ৩১৩৫ দগী, নিংথৌ মথং মথং পাল্লক্প অসি নিংথৌবোন্ লম্বুব অমসুং চৈথাবোন্ কুম্বাবদ খব মপুং ফান্দি লৈবে, অসিনসু লোইনাইদে। নিংথৌবোন্গী মতাং আসদি॥

নিংথৌ ৭ অসিগী লাইওইবগী
খুংলাই থানাইবগী লাংওনশিং।

১/ নোংদা লাইবেন পাখঙবা
২/ খুযোই তোমপোক
৩/ তাওথিংমাং
৪/ খুইনিংঙোম্বা
৫/ পেংশিবা
৬/ কাওখংবা
৭/ নাওখম্বা

} কোনচক্ (কলি)

ক হংকা কৌবা যুগ ৪। হয়ি চক্ কৌবা যুক ৪। যুক ৮ অসিদা ওইখিবা লাইগী নিংথৌ অমসুং মীগী নিংথৌ পুম্নমক্ অসিগী সন্দোক্ন তাক্পা, নিংথৌরোন্, লাইরিক্ তাংকক্ ৮ থোক্লা মথং মথং লাক্কনি হায়না পন্থৌ লাই ওইবনা তাকপিখিবন্মী ॥০॥

অতিংকোক্ কুরুনা-কোন্জিন্ তুথোক্পা পোক্ই। কোন্জিন্ তুথোক্পনা-লৈকক্ লৈয়াবেন চনু পানদুনা লৈশংলেন অশংবা পোক্ই। লৈশংলেন্ অশংবনা লৈতংলেন্ চবু পানদুনা- লাইতোংলেন্

অতোংবা পোক্খি। লাইতোংলেন্-অতোংবনা- লৈফুরেন্ চনু পানদুনা-লৈতংলেন লিন্দাং শাংবা পোক্ই। লৈতংলেন্ লিন্দাং শাংবনা-কোনফু লৈফু চনু পানদুনা, কোনসৌরেন্ পোক্ই। কোসৌরেন্না, 'লাইয়েক্ লাইখোং চনু পানদুনা, কুপ্ত্রেংনে, শেন্ত্রেংনে অনিমা পোক্ই। কুপত্রেংনা অঙোম্ নিংথৌ ওইখ। শেন্ত্রেংনা মঙাং নিংথৌ ওইখি। শেন্ত্রেংনা- মহুম্নু চনুনে,অবৈমা মইরেংহৌব চনুনে.নোংদা নোংখন্ লেম্বী চনুনে, যুমজাওলৈমা অহুম (৩) লক্ ওইবা * নিংথৌ অহুম * পান্নবা, লাংওন্ যম্বী,লৈনুং থাবিবোক্লা- "নোংদা লাইবেন্" পাখওবা পোক্ই। নোংদা লাইবেন্ পাখওবনা লাইসবা "লাইস্না" পান্নদুনা 'খুযোই তোমপোক, পোক্ই। হায়বা লাইবিক্ কযাসু লৈ,অমসুং থেংনৈ। মতৌ অসুম্ তৌনা নোংদা লাইবেন্দগী মথং মথং শম্থবক্লনা ইবা নিংথৌদি ৮৪ শুবা-মৈদিংঙু বুধচন্দ্রা লৈসেম্বা,হুয়েন্ কৈবেন্ লান্থৌবগী,মচা ইবুংঙো ওকেন্দ্রো ফাওবা মথং মথং মীগী নিংথৌ মখোদ ইবা লাইবিক্ কযাসু থেংনৈ অসিনসু লোইনাইদে।

মৈহৌবোন্গী পুৱাবী অসি মতাং অসিদ তাংকক্ অমা ওইজবে অসিনসু লোইনাইদে ॥০॥

**অহান্বদা :-**

পুং হায়ব ৱাহৈ অসি মীতৈগী লোন্দা যেল্হৌঙৈদা করম্ন হায়রক্খিবগে ॥ "পুং" ॥

পুংদি নহান্নোং "কো-হংকো" লাইগী মতম্দ, কোবৌ মালেম্ লৈসেম্ঙৈদ, চীঙু অতিয়া সিদবগী মসানৌ য়াইমা সন্নমহি (অসিব) না লাইপুংথৌ ৯ গা,লাই-রুরা ৭কা লোইনন লৈয়াইরেন্ মালেম্ অসি সেম্ঙৈদ,লাইপুংথৌ ৯ না ঈরোম্নুংদ কুম্দুন, লৈখাবোন্দগী

মালেম্ লৈসা খ্র খ্র, পুখৎলক্লগ লাইকবা ৭ তা পিথখি। অদুগা লাইকবা ৭ না তবং ঈপাক্থক্তা মালেম্ লৈতেম্দুন অহান্ব মালেম্গী লৈপুং (পুং) ৭ থোন্খি। অদুগা লৈযাইবেন্ মালেম্ সেম্ব হৌখি। অদুদগী 'পুং' হাযবা ব্রাহে অসি মীতৈ খুন্নাইনা খংনবীদা লৈমাইদগী খব হেন্না অতোংব, লৈপুংবু যেল্হৌঙৈদগী হৌনা "পুং" হাযনা কৌনবম্মি।

অদুগা লাইবুংথৌ- লাইনুবাশিংনা পুথোক্লমবা "পুং" অসিতা নত্তনা তাইবং খুন্নাইনা শা ক্রুম অমা শা জবগা লাইযিংথৌ- লাইবেম্নীগী মিংখৈ মিংলেন্, শক্পা শোনবগী থৌবমদা তাংকক্, তান্থা কাইদনা, যৈদুনা শিজিন্নবা যাবা খুৎশু- খুৎলাই অসিবুসু কংলৈচাশিংনা "পুং" হাযনা কৌখি। মসিনসু লোইনাইদে "পুং" হায্ব।

## ২সুবদ

যেল্হৌঙৈদ পুংগী সঙুম্ কবম্ হায্না সাদুন পুথোক্খি ?

নহাল্লোং 'খুনু চক্ত" লৈনুং লোঞ্জা অবিব, পাখঙ্বগী মতম্দ পুং মখোং ৩ পান্ব পুং "তান্যৈপুং" কৌব পুং অসি ব্রাং কৌব উন শাদুন পুথোর্ক্খি। অদুগ পুং অসিগী মনিংগী পুংলি ফানব চংগোসু লীনা ওইখি। অদুগা পুংলিসু লীনা ওইখি। অদুগ পুংমাইগী সন্দ সন্তাউবোন্গী সন্ যোংমান্গী মউন্না পুংগী পুংমাই ওইখি, অদুগ পুংযৈ চৈদি লীনা ওইখি। পুংযৈচৈ ২নি। কবি তৌবদগী তান্যৈপুং কৌখিব। তান্কক্ তান্থা, তান্ চানা যৈবদগী মাগী মমিং তান্যৈ পুং কৌখি ॥০॥

## ৩সুবদ :-

মীতৈ নাৎকি ওইব পুং হাযব পোৎসক্ অসি কবম্ব মতম্দগী সাদুন লৈরম্মী ?

তৈমা চক্ মবিংবা লাংওন্ "খুনুংচক্" (ত্রেতা যুগ) তা, লৈনুং লোঞ্জা

অরিব,পাখঙ্ব কৌনা মীতৈ লৈপাক্কী কংলা মেন্দা ফম্বাল তোংদুনা পান্খি। অদুগ লৈনুং লোঞ্জা অরিব পাখঙ্বগী মতম্দগী হৌদুন মীতৈ লৈপাক্কী পুং সাদুনা পুথোক্পিরম্মে, অমসুং হৌদোক্পিরম্মে, অদুগী পাওখুম্ অসিনসু লোইনাইদে, লাইরিক্ অসি মিৎয়েং তাবিবগ মনুংগী অকুপ্প খংবিগনি হায়্ন হায়জরি অমসুং থৌগঞ্জরি নচান ।।০।।

লৈনুং লোঞ্জা অরিব-পাখঙ্ব মতম্দগী,হৌরগ সাব পুং "তান্যে পুং" দগী হৌবগ লাংতে-(লাংতেং) "পুং" অসিনচিংব ফাওব, পুং মখল্সিং অসি লাইপুং কৌই। অদুগা মতম্ মতম্গী ওইব পুং পুথোক্লকপ পুংসিংসে, মসক অমসুং মমিংন চিংব অমত্ত মান্নদে। অদুগ পুংলোন্সু লাইগী পুংসিংসে,পুংলোন্ অমত্ত মানদে। তাইবং মান লাইদগী তম্জদুন,পুং সাব অসিসু চাউব,পিক্প, সাংব,তেন্বর্নাচিংব, মওং মতৌ খব খব খেৎনৈ। অদুগ পুংলি মসিংসু চাউব মানদবন মবম্ ওইদুন অমগ অমগ মানদে। অদুগ অমন পুং মমিং মানববসু, পুংগী মসক্ মওং খরাখৎ,খেৎনববসু, পুং পুম্নমক্ অসি,লাইগী পুং "লাই পুং" কৌখি। অসিনসু লোইনাইদে।

পুংগী সত্তম্ অসি মৈতৈ/মীতৈ ঐখোয়্গীদি 'খুনুং চক্" তা,লৈনুং-লোঞ্জা অরিব পাখঙ্বগী মতম্দ অহান্ব পুং তান্য়ৈ পুংগী সত্তম্ অসি সাদুন পুথোক্খি। মতম্বু সাগৎপ হায়্বদি মিৎকুপ্,নাহুম্,পুংলুপ্ সেম্দুন অহিং,নুংথিল্, খায্দুন নোংমবু কোইরৌ নুমিৎ কৌদুন। নুমিৎ,থা,সাগৎলম্মী। অসিগী পুং অসি য়ৌদুন "তান্য়ৈপুং" গী অকুপ্প মরোল্দি মখাদা য়েংবিসি ।।০।।

---

* লাইরম্লেন্গী অরিবা পুংগী সত্তম্ অসি,মতম্ কুইবক্প সত্তম্ কাইরক্পদগী, মওং মতৌ সত্তম্ লৌখত্তুন, অমুক্ মথং মথং সানবগ পুংগী লাইসংদ থম্মদুনা লৈরিব অসিনি ।।০।।

## অহান্‌ব সাব তান্‌য়ৈ পুং

খুনুং চক্‌তা শাদুন পুথোক্‌খি।

পুংগী মবেপ্‌ অৱাংব ফুৎ ২১/২ মুক্‌ ৱাংই।

পুংগী পুংমাইগী অপাক্‌প ফুৎ ২ মুক্‌ পাক্‌ই।



## কংলৈচা "মণিপুর" চীং-তম্‌ গী তান্‌য়ৈ পুং

লৈনুং-লোঞ্জা অবিব পাখঙ্‌বগী মতম্‌দ পুং মখোং অহুম্‌ (৩) পান্‌ব পুং অসি ৱাং, কৌব উন সাদুন পুথোক্‌খি। অদুগ পুং অসিগী মনিংগী, পুংলি ফানব চগোসু লীনা ওইখি, অদুগ পুংলিসু লিন ওইখি, অদুগ পুংমাইগী সউন্‌দি সন্‌তাউ রোন্‌গী "সন্‌ য়োংমান্‌ মউঃ" পুংগী পুংমাই ওইখি।

পুংযৈ চৈ অনি (২) দি লিনা ওইখি। তান্‌য়ৈপুং য়ৈবদি সলাই ৭ ন য়ৈখি।

---

* অদুগা কুরুগী লাংওন্‌ সন্‌ য়োংমান্‌গী, কুরাং মউন্‌, (উন্‌) লুফৌফম্‌দি, হৈনৌ মখোংদ ফৌখি। পাফল্‌ লম্বুবা.... ॥০॥



## পুং অসিদি অকোন্‌ব সাব তান্‌য়ে পুংগী অনৌব অনিসুবগী সক্তম্‌গী মসক্‌নি।

মথক্কি অহান্‌বগী পুং অদুন ৱাংন সাই, অদুনা অরিবনি। মথংগী য়ৈবিবা পুং অসিনা মহুৎ অমা ওইনা সিন্দুন, দরম্ তংখাইদ পুংমাই অমসুং পুংলি তিংলগ সাখিব অনৌব পুংগী মওং অমগী পুংগী সক্তম্‌নি অসিদি। অদুগ তিংলিব পুংলিদি য়াইরিন ওই, লি তংখাইন পুংলি ওই। অদুগা পুংলি ফানব চগোসু লিন ওই। অহান্‌বদা পুংগী পুংমাইদি লাইবেন্ মউন্ন ওইরম্মী। মথংদদি সন্ মউন্ন পুংমাইদ হাপ্‌খি। অদুদগী সন্‌গী মউন্‌তন ওইনখ্রে। অদুগ পুংগী চগো অসিসু য়োৎকি চগোনসু ওইরে। অদুগ দরম্ তংখাইদ পুংমাই তিংদুন সাখিব পুং অসিদি "মাইচৌ পুরেন্ন" 'তাক্‌পদি, অনৌব পুংগী মসক্কি হায়ন তাক্‌পি।



**ঈসাইফু - ৱালোং।** **ঈশিং তেংকোৎ।**

ঈশিংগী ঈসাইফু ৱালোংদি লৈপাক্ক সাই। সক্তম্ মওং লাংখিবদি "নুরা খোংদোং" লৈগী লৈনাদগী মওং লাক্ক সাখি। ঈশিং তেংকোৎ

মখুম্ হুৎপ তেংকোৎ অনি (২) নি পুংয়ৈ চৈ ২ নিদি, লিন ওইরম্মী। অদুগ ঈশিং তেংকোৎতি, লৈপাক্লসারম্মী। হৌজিক্তি কোরিগী তেংকোৎন সাদুন সিজন্নরে, অদুন মতম্গী অওন্বনি। অদুগ "নুরা খোংদোং" লৈগী মহৈগী মওং লৌরগ চফু, ঈরান্, মওং সক্তম্ লাক্খি।।০।।

১/ তান্য়ৈরোন্ লাইরিক্।
২/ চক্পরোন্ " " ।।
৩/ নিংথৌ চহি " " ।।

**৪সুবদ :-**

তান্য়ৈ পুংগী পুংলোন্ অসি কনান পুথোক্পিরম্মী ?

লৈনুং-লোঞ্জা অরিবগী মতম্দ, তান্য়ৈ পুংগী পুংলোন্ অসি পাখঙ্বগী মপারি সলাই ৭না পুংলোন্ পুথোক্লুন য়ৈদুনা লৈপাক্ নিংথৌগী থৌগন্ তৌবা হৌখি। অদুগা তান্য়ৈ পুংগী পুংলোন্ কাংচৎলোন্নচিংব, পুংলুপ্ ৮না য়ুথক্ ১ সাবা। অয়ুক্ য়ুথক্ ২ । নুংথিন্ য়ুথক্ ২ । য়ুথক্ ৪ না পুংলুপ্ পুং ৩২ সাদুনা পুংগী পুংলোন্ পুথোক্লুন মপারি সলাই ৭ না "তান্য়ৈ পুং" গী লাইপুং পুংলোন্বু য়ৈখি। অহিং চৎপা সখাই মরিবু তান্থোং ময়ুং কৌই। নুংথিল্ চৎপা সখাই মরিবু "লেম্থোং মফৈ" কৌই। সাখাইদি তরেত্তনি। পুংচৎতদি নিপান্না পুরিব অসিদি শাগৈ অনি অমদি মসুং মসুং ওইনা মনুং পরৈ থোংগা নৈয়ে। অসিনসু লোইনাইদে।।০।।

## মাইয়োন্দি




মতম পাবক্খিবগী কাংলোন্ তান্যৈবোন পুবাবি
ড°বিযাম্লম্ কুলচন্দ্রা সিংহ

## পন্দিত্ অচৌবা মনিপুর্ পন্দিত্ লোইশং।

তান্যৈবোনগা হৌবক ৱাবী ভাক্পা তম্বীবম্ব। মসাগী তোপ্ তোপ্প মতম পাদুন চৎনবকপ কাংলোন্ অমা লৈজবকপ মীওইবগী কাংলুপ আসদি মালেম্সিগী অখঙ্-অহৈ, যোইবু-যোইহেন্, খিবিক্ল, মসাগী চাওখৎলোন্ অমা লৈজবম্ব অসি চাওখৎপ কাংলুপ্ অমনি হায়ন খঙ্নৈ-উনৈ। মবম্দ মতম্গী পোঙ্চৎ অসিগী মমল্ খঙ্লক্পা হায়বসি মীওইবন চাওখৎলক্পগী খুদম্নি। অসিগুম্ব লৈপাক্ অমগী চাওখৎলোন্ মসক্ তাক্লিব লেম্জফম্ ওইবিব, মতম্ পাবগী কাংলোন্ অসি ঐখোয়্গী লৈপাক্ অসিদ যাম্ন ঙল্লিবঙে মতম্দগী চৎনবক্লে। অদুগ তান্যৈবোন্দ পুংলুপ্ সেম্দুন চৎনবক্খিব অসি লৈনুং লোঙ্ঙা অবিবগী হাক্থক্ঙগীনি।

লৈনুং-লোঞ্জা পাখঙ্‌বন মপাবুং তাইবং মপু সিদবগ, মালেম্ লৈরেন্ হন্‌বীগ, চিংঙু খোইয়ুম্ অনিগী চৎন-থোক্ল, হৌন-পরম্বু,কায়হন্দন লাইবম্-তীল্লম্ কায়হন্দন তান্‌য়ৈরোন্‌বু চৎনব হৌখি। মদুগীদমক্ নিংথৌরোন্ পুম্নমক্ত তান্‌য়ৈসং লিংদুন পুংলুপ্ মসিং পানা, য়ুথক্ মসিং পানা, ইনিংথৌ বোধচন্দ্র সনা হাক্‌থক্ ফাওবদ চৎনরক্‌খিবনি। অহিং চৎপ পুংলুপ্‌কী সাখাই মরিবুন "তান্‌থোং ময়ুং" নুংথিল্ চৎপ পুংলুপ্‌কী সাখাই মরিবুন "লেম্‌থোং মফৈ" কৌদুন তান্‌য়ৈবগী সিন্‌থোংবু য়াৎন চৎলক্‌ই।

## পুংলুপ্ পাবদ চংব পোৎলম্‌সিংদি

পুংলুপ্ য়ুথক্ নোংমগী মতম্ পাবদ চংব পোৎলম্‌দি মখাগী পোৎলম্‌সিং অসিনি। ঈরোঙ্গ লোইবদা পুখিবা তান্‌য়ৈবসিং। লৈনুং-লোঞ্জা পাখঙ্‌বগী হাক্‌থক্‌তগী চহি চা কয়া চৎলক্‌প তান্‌য়ৈবসিংগী, ইরোঙ্গ লোইব তান্‌য়ৈবসিংদি ঃ-

১। সম্বান্দুরাম্ তম্ফাজাও —— তান্‌য়ৈ হন্‌জব।

২। নোংথোম্বম্ ভীস্ম —— হিদং।

৩। সোইবম্ তোন্‌সনা —— চেগপ্ পায়ব।

অহুম্ অসিনি অদুগ অহন্ অহুম্ অসিগী তুংদগীদি তান্‌য়ৈসংগী পুংলোন্ পুংলুপ্‌লোন্, ঈশিং কাঙ্গল্ মরোন্, পুংলুপ্ কাংচৎলোন্, য়ুথক্ কাংচৎলোন্, নোংঙান্ পুং, য়ৈবগী পুংলোন্, নোংয়াই পুং, নুমিৎ য়ুংব, পুংয়ৈবগী পুংলোন্ অমদি পুংচৎলোন্ খঙ্‌ব মী অসি য়াম্না তাংলে। অদুগ পুংলুপ্ পাবদ চংব পোৎলম্ সুন কাংলোন্ চুম্ন লাংব ঙম্ব মীসু তাংলে। অদুগা লাইপুং অসি লাইগী শক্তমগুম্না লৈরে, মিৎয়েং তাবিয়ু হৌজিক্কী মতমদা।

# পুংলুপ্ পাবদ চংব পোৎলম্সিংদি

পুংলুপ্ য়ুথক্ নোংমগী মতম্ পাবদ চংব পোৎলম্সিংদি মখাগী পোৎলম্সিং অসিনি -

১বা —— পুংয়ৈনব পুংয়ৈচৈ - অনি (২) নি।

২সুবা —— মমায় নামতং পান্‌ব তান্‌য়ৈ পুং অম (১) নি।

৩সুবা —— য়াইরী অউইবন, কাংলেং লী অম (১) খুদা লী ১।

৪সুবা —— পুং চৎননব কাংখিল্ নিপাল্ (৮) নি।

৫সুবা —— য়াংগেন্ হন্‌বগী কাংচৎ উচন্ অম (১) নি।

৬সুবা —— ইবুধৌ য়াংদৌবগী সক্তম্ অম (১) নি।

৭সুবা —— মবেন্‌ধৌ য়াংদৌবীগী সক্তম্ অমা (১) নি।

৮সুবা —— পুংলুপ্ তেংকোৎ অনি (২) নি।

৯সুবা —— ব্রাগী চগো য়াওব চেগপ্ অমা (১) নি

১০সুবা —— পুংলুপ্ ঈশিং হাপ্পব ইরাংফু, ব্রালোং অমা (১) নি।

১১সুবা —— ব্রাক্তং কাঙ্গল্ অনি (২) নি।

১২সুবা —— নুংজেং ঈকোন্‌গী ঈশিং অসেংব।

অসিন চিংব পোৎলম্ ১২ অসি চংব পুংচৎ কাং অমসুং ঈরাংফুগা লোয়্‌নগদব পুংলুপ্ পাবগী মচল্, পুং অমা, লেপ্পগা, তান্‌য়ৈব অহুম্ন-তান্‌য়ৈ সংগী থৌ পুদুন, লৈপাক্কী য়াইফনব নিংথৌ/লৈমগী য়ায়্‌ফনব, অদুগ চাহোং, ঙাহোংনব, খুঞ্জাও - লৈচাওনব লৈপাক্ অসিগী তান্‌য়ৈরোন্ পুংলোন্ অসিন, অহিং-নুংথিল্ তুন মতম্বু পুরক্‌পনি কংলৈপাক্ (মনিপুর) দ, ঘড়ি চৎনদ্রিঙৈগী আ: মমাংদগী হৌন, তান্‌য়ৈ পুংগী পুংচৎন মতম্ সাগৎপ হৌদোক্লম্মে।

## "তান্‌য়েপুং সাখিবা"

পুং, পুম্নমক্তগী, লৈপাক্ অসিগীদি-তান্‌য়ে পুং মমায় নামতং তিংব অসিন মহাল্লে। সাতিন্ পুং,-লান্‌তিন্ পুং, কংলা য়াইপুং, হাযন লৈরক্লিবসিদি-কোন্ন মথং মথং পুথোক্‌খিবনি। তান্‌য়ে পুং অসি অহান্‌ব-পুংমাই তিংবদ-কৈগী মউন্ন, পুংমাই তিংলগা যৈবদদি-কৈগুম্ খোংলে,-হায়বদি-মখোল্ ফৎত্রে (লোরে) অদুগা কুরুগী, লাংওন্ "সন্" সন্‌তাওবোন্, সন্ য়োংমান্‌গী মউন্ "কুবাং মউন্" কংলা উনফৌ-হৈনৌ মখোংদ, উন্ ফৌরিবা সন্‌গী মউন্‌ন তিংবদদি-পুংখোল্ থোক্লদুনা, সন্‌গী মউন্তন, ৱাং উপোপ্ত, লীনা ফাদুনা লাক্তুনা পুনবসে, য়েলহৌঙৈদগী চৎনবক্‌খি "তান্‌য়েপুং"

## "পুংলুপ্ — তেংকোৎ"

যেল্‌হৌঙৈদদি-পুংলুপ্, তেংকোৎ, চফু, ঈরান্, কেগাম্, ঈরাংফু, বালোংন চিংবা, লৈপাক্তন সাবগা-মৈ, ইক্লগা সিজিন্নবর্মী। হৌজিক্কী মতমদদি-পুংলুপ্ তেংকোৎন চিংবা-কোবিগী মচাক্লা সাদুন লৈপাক্ অসিদা থোক্‌চবা পোৎনা সাদুনা চৎনখরে।

তাইবং পান্‌বগী মপুনা-মিকুপ্ নাহুম্ পুংলুপ্ সেম্‌দুন অহিং নুংথিন্ খাযদুনা-নোংমৱ্ কোবৌ নুমিৎ মিংথোল্লগা, নুমিৎ চায়োন্-৭ খায়বগ। চয়োন্, ৪ মানা, লোইদাম্ থাজা মপুং সেম্মে। অদুগা থাজ-থাখাই ২না, থবী লোইদাম্ থাসু- থাসি পাখৎলে। লোইদাম্ থাজা (১২) তরানিথোই, মানা লাংহৈ কুম্‌শিং, চিংঙু মকুম্ অমা (১) সারে-কুম্‌খাই কুম্‌দম্ সোইখিগনি হাযবগীবু লোইদাম্ সজি -চিন্‌ফোই (থা) থাজ মাবু থাবোন্ থাচৎনখিয়ে। অদুগা লাংহৈ কুম্‌শিং ৬ সুবকপদা-কুম্‌জা লাক্‌য়েন্ তাইববু, তলা উহৈ হৈসোয়দন, পামেল্ , তাওজিং

হৈকাংফদনা সিংঙেন্ লৈসাং লৈতুং ইন্না, লৈরাং লৈমি,মিতম্ পাংসোই-নাইদবগীবু থাজ অহল্ মাবু থারৌদন,লোইদাম্ অকোন্‌ববু থাচৎনখিয়ে।

অসুম্না অতিয়া সিদবগী মিৎ যেৎতগী-মুৱা নিংথৌবু পুথোক্‌এ। ওইদগী লাইনিংথৌ হন্‌বা পুথোক্‌এ। নাকোং য়েৎতগী মোংবাহন্‌বা পুথোক্‌এ। নাকোং ওইদগী- নাওকন্ - পুথোক্‌এ। নাতোন্ য়েৎতগী-চাখাবা পুথোক্‌এ । ওইদগী - কৌবরেন্ পুথোক্‌এ। য়াদগী-খম্‌লাংবা পুথোক্‌এ। ঈশিং- থোংদগী-লুৱাং পুন্সিববু পুথোক্‌এ। অদুগা হকচাং- থোংদগী,মার্চিং-পুথোক্‌এ । অসুম্না উমংলাই ৯বু পুথোক্লবগী মতুংদা-নুমিৎ চযোল্ ৭ মাবু পুথোক্লে। অদুগা অমবক্‌সু-অতিয়া সিদবগী-মিৎ,য়েৎতগী লংমাইচিং পুথোক্‌এ। অদুগা ওইদগী-নিংথৌকাবা-পুথোক্‌এ । অদুগা নাকোং য়েৎতগী-লৈপাক্‌পোক্‌পা পুথোক্‌এ। অদুগা ওইদগী-য়ুম্‌সকৈস পুথোক্‌এ। অদুগা নাতোন্-য়েৎতগী- সগোল্‌সেন্-পুথোক্‌এ। অদুগা ওইদগী- ইবাই পুথোক্‌এ। য়াদগী থাংজ পুথোক্‌এ । অদুগা খোয়দগী মতমবু পুথোক্লে। অসুম্ন নুমিৎ চয়োল্ ৭ পুথোক্লগা-উমংলাই ৯ পুথোক্লিবর্সিদি-পাখঙ্‌বগী ফম্লপ্লে। অদুগা নিংথৌ পোংবা তরা কৌবসু অসিদগী পুথোক্‌এ।

## ফম্‌দৌ- ফম্‌লুপ্

ফম্‌দৌ ফম্‌লুপ্তু-খুরাই লাকপদি,লাইয়িংথৌ হন্‌বনে। ৱাংখৈ লাক্‌পদি,মোংবহন্‌বনে। পুখ্রম্বদি,চাখাবনে। নোংথোন্‌বদি, খম্লাংবনি। খ্বাই লাক্‌পদি,নাওকন্নে। য়াইস্কুল- লাক্‌পদি,মুৱানিংথৌনে। অহল্লুপ্ লাক্‌পদি,লুৱাং পুন্সিবনি। তিয়াংলোই হন্‌বদি,মার্জিংনে। চোংখান্‌বা

হন্‌জবদি,কৌবরেন্‌নে। ৯মক্ অসিনি,খুন্‌ফাংথৌ ৯গী মকোক্তি 'খুরাইদি লাইফম্নে,'ৱাংখৈদি খাফম্নে,অসিনা চিংবা পানা খাইখিয়ে।

পোইরৈ খুনফাংথৌ ৯গী মথংদা,ইরেম্ থাবা নিংথৌ ১০ মাদি, লুৱাং সলাইনে। মথং থাবা নিংথৌ তরানা সরাং-লৈসাংথেম্নে। লোক্‌মাই থাব নিংথৌ তরা মাদি,খুমল্ সলাইনে। অদুগা ৱাংবা থাবা নিংথৌ ১০ মাদি,অঙোম মালাইনে। অসুম্না সলাই পুম্নমক্না অহিং, নুংথিলদা, পুংলুপ্ পুদুন,পুংচৎলক্‌পগী ৱাবু হায়গে।

য়োইময়াই মতাং তেন্‌বগী য়ুথক্কী মখৈ তান্‌বদি-খাবা ঙান্‌বন চৎলে। অদুগা য়ুথক্কী মখৈ ৱাংলেন্ পুংলুপ্ নিপাল্-নোংয়াই তান্‌বদি,-লুৱাংনা চৎলে। অদুগা ইনুং পুঙ্গোই মতুং,য়ুথক্ তানবদি-ৱাংলেন পুংলুপ্ (৮) মাদি,সরাং লৈসাংথেম্ন চৎলে।

অদুগা য়ুথক্ মতুং নোংঙান্‌ব-পুংলুপ্ নিপাল্ (৮) দি। হাওরোক্ কোন্‌থৌনা চৎলে। সাগৈ মরিম অসিন অহিং চৎলে। অসিন অহিংগী পুংচৎনে। অদুগ নোংঙাল্লক্‌প য়ুথক তান্‌ব পুংলুপ্ নিপান্দি (৮) দি, মঙাং সলাইনা,পুংচৎলে। অদুগা য়ুথক্কী মখাদা,পুং নিপান্দি (৮) মোইরাংনা চৎলে। অদুগা নুমিৎয়ুংবগী মখৈ পুং নিপান্দি (৮) দি অঙোম্না চৎলে। অদুগা য়ুথক্কী মখৈ পুং নিপাল্ (৮) য়াচংপুং তান্‌বদি,খুমন্ন চৎলে। অসুম্না সলাই চানা পুংলুপ্ পুইয়ে।

অদুগা অহিং চৎপা সাখাই মরি (৪) বু "তাম্থোং ময়ুং" কৌই। অদুগা নুংথিল্ চৎপা সখাই মরিবু,লেম্‌থোং মফৈ কৌই। সাখাইদি তরেৎতনি। পুংচৎতদি নিপান্না,পুবিবা অসিদি,সাগৈ অনি (২) অমদি মসুং মসুং ওইনা মনুং পরৈ থোংগানৈয়ে। অদুগা পুৱ্রম্ব,নোংথোম্ব,খুরাই-লাকপা,ৱাংখৈ-লাকপা, খ্বাই-লাকপা, য়াইস্কুল্-লাকপা,অসিনা পুং তরুক (৬) পুম্রে। অদুনা পুং হুম্ফু তরুক্ (৬৬) মঙাইরে। অদুগা ফম্‌থৌ অপান্‌ব মঙান,পুং মঙা (৫) অমুক্ পুম্রে। অসিনচিংবা লোইনাইদে।

# "তান্গী-পুংলুপ্"

পুং ৬১ না মপান্দ চৎনরিবনে। অসিন সরোই (৬১) কৌএ। অদুগা পুং ৬৪ না নোংম সাবগীবু ফমদৌ ৬৪ হায়য়ে তিন্ লাইগী থবক্ তৌবদি য়াদে। ব্রাংলেন্ পুংলুপ্ (৭২) অমন মনুংদ, খোইয়ুম্ লাইন পুং পুদুন যৈরিয়ে। পুংলুপ্ (৭২) অমন লাইসোল্ ওইনা লৈরে। "মী ওইবগী, মপান্গী-পুংচৎন" অমনি। অদুগ মীওইবগী, পুংলুপনা অমনে। লাইগী পুংচৎন অমনে। অদুগা নুংদা চৎপা পুংদি খংনদে অমসুং চৎনদে। অদুগা মপান্দ চৎপদি, পুং (৬৪)না চৎতুনা-নুমিৎ ৩০নিন, অখোই অহেন্ নাইন, লোইদাম্, থাজ অমগী মপুং সাইয়ে। থাজ ১২ না লাংহৈ চহি অমা (১) সাইয়ে। পুংথি খেন্থি ব্রাৎফদন ব্রাংলেন্ পুংলুপ্সু যৈয়ে। অদুগা কাং নিপান্ (৮) নে, লাইরেম্বীদি, লেংদনা লৈগানয়ে। (য়াংদৌবী) অদুগা লাইয়িংথৌদি, পুংলুপ্ খুদিংগী অমমম কান্সিন্গনিয়ে- (য়াংদৌব) অসুম্না কাংখিল্ অমমম কান্সিল্লক্প অদুন, লাই অনি (২) না থেংনব, থেংনব মতমদুবু পুংলুপ্ নিপান (৮) সুরে, য়ুথক কৌবে। নোংঙান্ পুংদগীন, য়ুথক অনিদা, নুমিৎযুংবা। অদুগা নুমিৎ যুংবদগীন, য়ুথক অনিদ, য়াচং পুং যৈগনি। নোংঙান পুং যৈবগী পুংলোন্গা যাচং পুংয়ৈবগী পুলোন্গা অনি অসিগী পুংযৈবগী পুংলোন্ অসি মবোল মান্নবা য়ৈগনি।

পুংলোন্দি :-

দং —দা —দং —দা —। ৩ না লোয়রগ ।

দং —দং —দং —দং —। মরিদ লেপ্কনি ।

অদুগ নুমিৎ য়ুংবগী পুংলোন্গ, নোংয়াইগী পুংলোন্গ অনিমক্ত, পুংলোন্ মান্নন য়ৈগনি।

পুংলোন্দি- দং —দং ।.+ অসিদ হন্দোক্লগ ।

৩২ গী লোম্বদ ।

দং— দং— দং— অসিন লোইগনি ।

অসুম্না ঈশিংদ তেঙ্গোৎ অমা মখুল্ পিক্ল হুৎলগ অমসুং পিক্ল হুৎপ তেঙ্গোৎ অমা থাদরগ,তেঙ্গোৎন লুপ্পদা সারিব,পুং অসি ৩২না,অহিং অমা। অদুগ ৩২ অমন, নুংথিল।পুন্ন পুংলুপ্ ৬৪ না নোংম, সারিব অসিদ, নিংথম্গী পুংলুপ্ত,ঈশিং কাংগল্ লৌথোক্প। অদুগা কান্বিগী পুংলুপ্ত, ঈশিং অদু কাংগল্ অমা (১) হাপচিন্ব। অসুম্ন থা সু,থাপুং সেম্দুন,অহিং নুংথিলদা,নিপা অহুম্ন পুং পুদুনা পুংয়ৈ। অদুগা পুংয়ৈচে অনিনা পুংলুপ্ খুদিংগী পুং থৌগন তৌরিব মফম্ অদুবু সনা কোনুংগী তানযৈ সং কৌই।

হাযবিব পুংলুপ্ সেম্খিব মতম অসি "কংলৈপাক্" তদি লৈনুং লোঙ্গা অবিবগী মতমদগী.অতিযা সিদবগ,মালেম লৈবেন্ হন্খী মমাগ,তানদুন চিংঙ্ গোইম্সুম অনিমক্ল চৎন, হৌনদক্পগী লাইবম্-তিল্লম্ কায়দন,নিংথৌ মবোল্ খুদিংগী শুসি ফাওব কাযদন চৎনবিব,তানাযৈ সং লিংলিবনি। অসিগুম্ব মতম খংনব যৌদ্রব পুংলোন অসি লেপফদে অমসুং পুংলোন্ কায়না য়ৈফদে। পুংলোন্ অসিন কাযববদ, নিংথৌ-লৈমা অমসুং লৈপাক্ মীয়াম্গী, ওইনা মিংনা পুংজাবু কাযবগা মান্নবনে অমসুং অসুম্ন ইবি। তান্যৈবগী চাওবাকপ মবর্মাদি অসিনি। নিংথৌ চিঙি কৌব লাইবিক্কী মনুংদ মতম নুমিৎ,থা,চহি সাগৎতুন,মৈদিংঙু লোংদা লাইবেন্ পাখঙ্বগী মতমদগী হৌন,নিংথৌগী থৌদোক অমসুং লৈবাক্কী থৌদোক্ পুম্নমক্পু ইসিং দুন থম্ব লাইবিক্তগী লৈরম্ব মওং কাযদন হাপ্চরিব মরোল্ অসিদগী মাইব তান্যৈরোল্ কৌব লাইরিক্ত,তান্গী পুংজা য়ৈবগী,ইবনা পুং লুপ্কী-ঈশিং কংগল্, লৌথোক্প অমসুং লৌসিন্বগী,মরক্কী পুংলোন্ চিংবদ খজিক্ ভেন্ন কুপনা ইরি, অসিনসু লোইনাইদে ॥৩॥

**ওশুবদ :-**

মীতৈগী ওইব মাংলম্চৎকি,পুং মখল কয়া শুবগে ?

মাংলমচৎকি পুংগী মখল অসি নচা-শৈরাংবন থিগৎচব-পুং

মখল-৯ দি ফংজরে। লাইরিক অসিদ ইজরিব অমসুং পুথোক্চরিব। পুংসিং অসিনা, লৈব-লৈব মফমদা, চৎতুন নাৎকি ওইব পুথোক্মিনসি, ঙসিগী সিন্তমলোই, শিন্তম্বা- শিনতম্বীগী, পুংনিং- লৌশিং, ওইনব তেংবাংশি। অদুগা ঙসিগী, শিন্তম্লোই- শিন্তম্বী, তুংগী য়ুম্বীবেন্নি। থৌন হাপ্লিশি হাযন হায়জকবদ, মীপুম্ খুদিংমক্ক হরাউ তৈযাম্বগ লোইনন, যাইফ থৌজান পিনবিরক্খি। অদুগা যাইফ থৌজান ফংবদগী পুং মখলশিং অসি পুথোকচব ঙমজখি।

## "পুথোক্চখিব পুংগী মমিং"

১মা ভানৈযেপুং। ২সুবদ-সতিন্ পুং। ৩সুবদ-লানতিন পুং। ৪সুবদ কংলাঘাউ পুং পুংঙাও। ৫সুবদ-খ্রাইখোং নিংথৌ মনাই লাংগপুং। ৬সুবদ- লাইপুং, লাইপুংগী হম্ফম লাইসংগী, সঙ্কম। ৭সুবদ- সেনপুং (সেন্বুং)। ৮সুবদ- লাংতে পুং (হবাউ পুং)। ৯সুবদ মীতৈ পুং অসিন চিংবনি।

অদুগা কংলৈপাক "মণিপুর" গী কাচিন্ কোইযাদা অমদি চীং-তমগী মনম কযাদসু যেল্ তৌডৈগী পুং অসিব মখল, মখা কযা শোদি, পুথোক্চবিব অসিনসু লোইনা ইদে।

**৬ শুবদ :-**

মীতৈগী পালা মিংখৈবেন অসি তাংকক্ ৭ থোক্লা খাইবগ অদুগ ইশৈ সক্প কননা হান্ন সর্ক্খিবগে ?

নহান্নোং নোংবান্ পোন্বী লুব্রাওবগ, শেন্ত্রেংগ ২না লুব্রাং নোংহুমশংদা, সৈশক্-সৈদম্নরগা তাংকক্ ৭ থোক্লা, খাইবগা চিংঙু মিংখৈরেন্ অহক্প-অহানবদ, শেন্ত্রেংনা পালা মিংখৈবেন সৈসক্পা হৌদোকপিবন্মী।।০।।

মনুংগী অকুপ্প মরোন্দি লাইরিক অসি মিংয়েং তাবিরগ, থৌজান্ ফংমিন্নসি হায়ন তরাখাদা নোন্জরি ॥০॥

----(০)----

সাতিন্ পুং, লান্তিন্ পুং পুথোক্পঃ-

| | | |
|---|---|---|
| সাতিন্ পুংগী অসাংবনা | — ফুৎ - ৮ - নি। | |
| সাতিন্ পুংগী অৱাংবনা | — ফুৎ - ২ - নি। | |
| অকোইবগী পুংলি মসিংনা | — ১৮ — | নি। |



পুং অনি (২) অসিগী মতিক্ ময়াইগী ইচেন্দি, তাইবং পান্ব-অসি কোরৌ। মালেম্ অনিগী তাইবং কুম্মে পুথোক্পগী মতিক্ ময়াইগী মসক্নি। অদুগা তাইবং পান্ব অসি (২গী) তাইবং পান্বনি। তাইবং ২নিগী তাইবং কুম্মেনি হায়ন তাক্লি ॥০॥

## "লান্তিন্ পুং"



### "লান্তিন্ পুংগী সক্তমদি অসিনি"

শাংবন ফুৎ ---- ২ ---- নি।

অৱাংবন ফুৎ ---- ২ ১/২ নি।

লাইগী পুংযে চৈদি ২নি। অসিস লীনা ওইবর্ম্মা। পুংগী চংগোসু লীনা ওইবর্ম্মা।

অসিগুম্ব মমাংঙৈগী লাইগী পুং, লাইপুংগী মসক্, (সাতিন্পুং লান্তিন পুং) হায়নসু কৌবা অদুগ হিপুং যাইপুং হায়নসু কৌব, পুংগী সক্তম ২না অসি, অশাংব অমা (১) অদুগ অতেন্‌ব অমা (১) পুং অনি (২) অসিগী পুংগী মসক্ সক্তম্ অসি, খুন্‌গী লাইপুং ওইবা পুং মখল অবিব অসিদি মীতৈ লৈপাক্কী চীং-তমগী খুঙ্গং কয়াদসু খুন্‌গী ওইবা লাইপুং ওইদুন পুং মখল কয়া লৈ। অদুগ লৈতব খুন্নদি অনম্ব ওই। অদুগ তাইবঙ নচান মমাংঙৈগী পুং অবিব মখল খব, থিগৎচদুন সৈবাংজব অমসুং ইথোক্‌চবক্‌প অসি অসোই অঙাম্ যাওববসু ঙাকপিযু হায়ন তবা খাদ নোন্‌জবি।

মীতৈ লৈপাক্কী যেল্‌হৌঙৈদগী "নাৎকি" ওইব, চহি মশিং- খংদ্রব মতমদগী লৈবম্লব মীতৈ লৈপাক্কী পুংজাও হায়বদি-

"খুনুং- চক" ৩গী-লৈনুং লোন্‌জা পাখঙ্‌বগী মতমদগী পুথোকপ হৌখিব "তানযৈ পুং" দগী হৌবগা মথং মথং পুথোক্লক্‌প, অন্দ্রোদ লৈবিব সাতিন্‌ পুং অমসুং লানতিন্‌ পুংন চিংব অসি লাইগী মতমদ পুথোক্‌পিবগ্‌নি. লাইপুং, পুং জাওসিং অসি। মীতৈগী ইপা- ইপুন ভাস ফাওব, কাইদন যোকখৎপিদ্‌ন থম্বীরম্ব অসি, ঙসিগী মহৈবোই শিংথম্ব' শিংথম্বী, শিংগী দমওগা তুংগী যুম্বীবেন ওইহৌগদৌবিবসিংদা, মাংলম্‌চৎকি অবিব "নাৎকি" ওইব-পুং মখল কযা-লাইগী মসক্কুম্বা. পোৎসকসিং অসি. উহনব অমসুং খংননব, মাংলম চৎকি ইনাৎকি ওইব. পোৎসক্‌ থম্বীবম্ব অসি "ইনাৎপু" যোক্‌খৎপিবম্ব. মীতৈগী ইপা-ইপু পুম্নমক্‌পু ঙম্‌খৈ লৈতনা ইকাই খুমন্‌জবগা লোযননা থাগৎচবা ফোংদোকচবি।

থাগৎচবিবা
মীতৈ ইনাৎ যোক্‌প লুপ্‌ ॥
মীতৈ লৈপাক্‌ চীং-তম্‌ ॥

## সাতিন্‌ পুং-লানতিন্‌ পুংগী

পুংলোন্‌দি

মিহুন্‌ তাম্বা ৬ নি

১-বা-পুংলোন্‌ঃ-

চোংত্রিং  ত্রিং চোংত্রিং  ত্রিং চোংত্রিং
চোংত্রিং  চোংত্রি  চোংত্রিং  খুপ্‌।

মথক্কী পুংলোন্‌ অসি ইহুন্‌, মিহুন্‌ তাংকক্‌ তান্‌ থা চানব পুংলোন্‌ অসিন হন্‌জন, হন্‌জন্ন পুং য়ৈদুন থৌগন্‌ হৌগনি ॥০॥

২ - শুবা পুংলোন্ ঃ-

চোংদ্রিং চোংদ্রিং চোংদ্রিং

চোংঙা চোংঙা ।।০।।

## "পুংলোন্ অসিদি-ফিবুল্ ওক্পী পুংলোন্নি"

তান্জো চানব হন্জন্ হন্জন্ন যৈদুন গৌগন্ তৌগনি । অসিনচিংবা লোইনাইদে । তৌজিক পুং ১ অসি অন্দ্রোদ লৈবি ।।

**পুং পান্নব ঃ-**

লুবাং হিজম্ হেবান্দো মীতৈ ।

লৈফম্দি - অন্দ্রো মমাং লৈকাই ।

সর্তিন্ পুং লানতিন্ পুং কৌব পুং ২অসি মতম অমওদ পুথোকখি মসি হবাও নুংঙাই মতমদ সিজন্নব পুংনি মদি কংলাদ লৈনপ্পু পুংনি, মমাংগৈদ অসিগী মমিং অমনা হিপুং/ যাইপুং হায়নবু খংনবন্মী ।

## "৩-শুব মিহুন্ তান্থা পুংলোন্"

অসিশু হবাউ নুংঙাই পুংলোন্নি

দ্রং —— দ্রং —— দ্রং —— দ্রং —— ।

পুংলোন অসি মসিং লৈতে - তান্থা চানব পুংযৈচে পাইদুন হন্জন্ হন্জন্ন যৈগনি। অদুগা পুংলোন অসি হবাও নুংঙাইবগী পুংলোন্নি। অদুগ অমনা খোংজোং সাথেক্ লৈরক্প মতমদ তান্থা, তাংকক্ অখাইবগী পুংলোন্দি তান্থা ৩নি ।

**অখাইবা পুংলোন্ :-**

৪শুবা- মিহুন্ তান্থা —— দং —— দা —— দং ——।

হায়বিব পুংলোন্ অসিন - চোং ফনবগী, সাথেক্ তানথা খাইগনি। অদুগা মখাগী পুংলোন্ অনি অসিদা তান্থাগনি।

**অথাবা পুংলোন্ :-**

৫/ শুবা মিহুন তান্থা —— দং —— দা —— ।

অসুম্না তান্থো পুংলোন্ ২নি অসিদ তান্ থাগনি। অসিবু সাতিন্-লানা তন্ পুংলোন্গী অথাবা পুংলোন কৌই ॥৩॥

## "মালেম্ লৈসেম্ জগোই"

**৭শুবদ :-**

মীতৈ পুব্রারিগী মতুং ইন্না মালেম্ লৈসেম্ জগোই হায়বা অসি কনানা হান্না সাবা হৌদোর্কখি -

মীতৈ পুব্রারিগী লিক্লমর্গী মতুং ইন্না হায়জব তাববদি, নহান্ নোং মালেম্ লৈসেম্ নকপ মতমদ, হারাব লৈথিন্ কাইনা মালেম্ অসি মহৌ মহৌ য়েখাইববদ, মালেম্ ওইব ঙম্দ্রবদ, তাইবং মপু সিদবন মপাবি লৈথিন কাইবু করম্ ফাজিন্না শগে খন্দুনা লৈবিউঁদ, তাইবং মপু সিদবগী, খোইদগী, খোইনৌ নোংথাং লৈমবু পুথোক্লে। অদুগা তাইবং মপু শিদবন হা-ইমোম্ ইবেম্ম খোইনৌ নোংথাং লৈমা, তাইবং মালং আসদা কবি লৈবগে, যেংঙু হায়ন তাইবং মপু সিদবন, খোইনৌ নোংথাং লৈমবু, খুনাওবিদ থাংগক্তুন লৈনা কোইন যেংহর্নখি। অদুদগী খোইনৌ নোংথাং লৈমন লৈনা কোইন যেংবদ, তরং ঈপাক্ থক্ত মবুক্ কনজাওব অমা লৈব উবে। অদুবু কুরুদ, মমোম্ন পাউদম্মে। অদুগা কুক সিদবন হায়, অদুদি ইমোম্ ইবেম্ম, মাবু ফানব ইমোম্ নংনা মাগী মমাংদ থোক্লগ, লৈনা কোইন-চোংন ফন্না, সাদুন মাবু ঙক্হন্দুন নাওথেম্দুন, ফাজল্লু তাইবং মালেম্ সেমহৌন্ব হায়ন সিন্থাখি।

অদুদগী, খোইনৌ নোংথাং লৈমগ, হাবাব লৈথিন্গাইগ পাউসানরে, নোংথাং লৈমন-খুৎন শাব জগোই "চৎকোই" বু

নোংদাই জগোই কৌখি। খোংন চোংন ফন্‌ন শাব জগোইবু লৈতাই জগোই কৌখি। খোম্‌জিন্ তাইশিন্না শাবা জগোইবুনা-লৈখোম্ জগোই কৌখি। মালেম্ নেৎনা, নেৎনা শাবা জগোইবু-লৈনেৎ জগোই কৌখি। অশুম্না খোইনৌ নোংথাং লৈমনা জগোই শাব অসিন, মৈতৈ/মীতৈ খুন্নাই ঐখোযগীদি অসিনা ইহান্ হান্‌বা অহান্‌বা জগোই শাবা হৌদোক্‌খি, হাযন পুরাবিনা তাক্‌লম্মী "জগোই"।

নোইবা — খুৎনা শানা, মওং মতৌ তম্না।

মীবোন্দ — পার্ফোম্মীং আর্ট কৌই — ।

মীওইবন ব্রা ভাংদব, হকচাংগী ফজব শাথেক্ ইহুন্ অমসুং পুক্নিংগী ব্র'বু মীভোন্দ ফোংদোক্‌প ঙম্‌ব খুদম্ মসিনসু লোইনাইদে ॥০॥

## "জগোইগী হৌরক্‌ফম্"

### নৈনখিব

মৈতৈ/মীতৈগী জগোযগী হৌবক্‌ফম্‌গী মবম্‌দা নৈনখিব মাইচৌ (পাণ্ডুত) খবন পিবিব (মোৎ) মওং মতৌ হাযবদি জগোয হাযব অসি "নোংথাং লৈমনা" পুথোক্‌খি হাযব মোৎসু পিবি।

খোম্লোক্ অমসুং লোন্‌গী মবোন, মবম্ খঙ্‌বদ পাণ্ডুত শিংন হাযবি। তাইবং লোন্ পুম্নমক্ শেম্‌দ্রিঙৈ হক্‌চাংগী তোঙান্‌ব শাথেক্ক চিংব, পুক্নিংগী বা ফোংদোক্লাবগী পাম্‌বৈ অমগ অমগ লোন্ খংনদব, খুৎ, শানচিংবগী পাওতাক্ (ইঙ্গত) না খংনব, ফোংদোক্লি।

অদুগা নোংথাং লৈমনা জগোয পুথোক্‌প কুরুগী যাথং মতুং ইন্ন-হবাব-লৈথীঙ্গাযবু শুম্মৎনব শাখিব হৌখিব অদুগ নোংপোক্ পান্থোইবীগী, মতমদা চৎথবক্তুন মৈতৈ/মীতৈগী জগোয মপুং ফাবা ওইবক্‌খি। অদুঙৈ লৈশেম্ব মতম্‌দা, লাইবুংথৌ মাপন্ (৯) গা লাই নুবা তবেৎ (৭) কা চুননব, হেক্ হেক্ চোংশিনবদ, লাই নুবা ৭না

চুনদনবা লৈথোঙ্কুনা, কোইথোক্, কোইথোক্ক খাঙখিব মতৌ অদুদগী লৌদুন, চুকোই হায়ন ৱাহৈ অসি থোক্খিবনি। অসুম্না পণ্ডিতশিংনা মত্ পীবি। চুকোইদগী-চৎকোই অমসুং জগোয় অসুম্না মথং মথং থৈবকপনি। অদুগা অহানবদদি- নোংথাং লৈমনা জগোয় পুখোক্খিবান হায়ন মত্ কয়া পীবি। অসান চীংব মত্ কয়া লোইনাইদে ॥৩॥

## "পুং পুথোক্খিব মতম"

**৮শুবদ :-**

মৈতৈ/মীতৈ গা পুং শিংসে কদাম কদম্বা মতমদা কদা কদা শাদুগা পুথোক্খিবগে"

অহানবা শাদুনা পুথোক্লপা অমসুং হৌদোকপা আসাদ, খুনুং চক্ তা লৈনা লেনজা অবিবগী মতমদা অহানবা শাবা তাংন্তুয় পং থোক্লম্লা ইমাম্ শিংনা শাহল্লগা পুথোক্খি। লাইগা পুং লাইপুং মচৌব শিংসে মধু শাদো ৮শুবা হুইনা সাতিনা পুং পুথোক্খি অদুগা তশুবা লানতিনা পুংনাচিংবা পুথোক্খি। পাখঙ্বগী মতম "লাংব চক" তা ৪শুবা পুং কংলা যাইপুং পুংজাও অসি পুথোকখি। মংদা ৫শুবা পুং, বাহখোং নিংথৌ মনাই লাইপুং, হনগী পুংজাও 'তপ', যাইপুং পুখোক্খি। ৬শুবা লাইপুং পুখোক্পা "মেইতাং-মুংযাং চাওবগী" মতমদা পুথোক্খি। ৭শুবদা "নোংদা লাইরেন পাখংবগী" মতমদা "সেনপুং" পুথোক্খি। ৮ শুবদা লাংও পুং পুথোক্খি। লাইসিংনা সাবা পুংনি হায়দুনা লাইপুং অমসুং লাংতে (লাংতেং) পুং কৌখি। ৯শুবা মীতৈ পুং পুথোকখিবা মতমদি মৈদিংঙু খুযোই তোমপোক্কী মতম ইং কুম্শিং ১৫৪-২৬৪ দা শাখিবা পুংনি। লুৱাং ৱাংলেন পুংদংননা পুং অসি শাদুনা পুথোকখি "মীতৈ পুং"॥৩॥

১/ পাখংবা লাইহুই লাইবিক্কী

লাতম্ লমাই ১৭-১৯ ফাওবদা তাক্লি।

# কংলা মাইপুং পুংজাও

পুথোক্খিবা

'লোলাং পাখঙবা, লাংথনগী মতম্দা।

লাংবা-চক (দুরাপুর)




১. ২২৫ৌ "ভোং'গাম্বগী" মতমদা কংলাদা তাইবং মচা মনাই চিং... মখো মন্না ... "কংলা যাইপ... পংজাও" [illegible] পং মৈদ নীংথৌগী [illegible] মাচা [illegible] সনগা [illegible]. লৈপাক্কি ওইবা তাইবং [illegible]ওইবব লৈ [illegible] চম্মীখ, [illegible] অ[illegible] মতাংকম্ক্রুসু।

কংলা মাইপুং পংজাও, কংলাদা থৌনা পুংজাও অসিগী পুং অসিনা লৈপাক্কি নুংডাই মাইফ-মাঙজেন ওইবন্না খংনি। অদুগা, সাপাও লানপাও পাংজেনবা, পাউ তাক্কম্ম পুং অসি 'কংলা যাইপুং'নি।

কংলা যাইপুং মথুং অশাংবনা ফুৎ ৩ গা ইঞ্চ ১০/নি।

মথেক অবাংবনা-ফুট ২ গা ইঞ্চ ১নি।

পুংলি মশিংনা ২৭ নি।

পুং অসি হৌজিক্ লৈবিবা মফম্মা-শওম্মুং কবুই খুনজাওদা লৈ।

লুরাং লাল্চিক্পু কবুই-কমুনিতি হোল্দা লৈ।

লাইগী পুংযৈ চৈদি অনিনি, অসিসু লিনা ওইবম্মী।

## "কংলা য়াইপুং পুংজাও"

হান্নগী অবিবা "কংলা য়াইপুং পুংজাও" অসি মতম কুইরক্পনা মরম্ ওইদুনা তেক্পা কাইবা সক্তম কাইশিল্লক্পদগী হান্নগী সক্তম্ অদুগা চপ্ মানবা মওং লৌদুনা অমুক্কা অনৌবা পুং,কংলা-য়াইপুং পুংজাও অমা (১) শারগা লাইসং অসিদা থল্লিবা পুং অসিনি।

THE SAWOMBUNG NAMDAI
DRUM RECONSTRUCTED
ON SUNDAY
THE 23rd APRIL
1922

## "কংলা পাওজেন্ পুংলোন্"

**মী কৌখৎপাগী পুংলোন্:-**

দং —— দং ——।

পুংলোন্ ২নি অসিদি-মী কৌখৎপগী পুংলোন্নি।

তান্থা থুরপ্না থাদুনা পুংলোন্ অনি অসি য়ৈগনি ।।০।।

---

**২সুবা- সাবাও লান্বাওগী অফিংবা পুংলোন্ :**

পুংলোন্দি- দং দং, দং।

কংলা পাওজেন্ পুংগী পুংলোন্ ময়েক্ ৩ অসিদি,সাবাও লাল্বাউগী পুংলোন্নি, অথুবদা পুংয়ৈচৈ পাইদুনা পুংলোন্ অসি য়ৈগনি ।।০।।

---

### ৩ সুবা-সাফা লান্ঙম্ পুংলোল্ :-

দং  দং,  দং  দং  দং।

অসুম্না লানফম্দা পুংলোন ৫ অসি য়ৈরক্লবদি-সাফাবা ঙস্মে, লান্ ঙস্মে, হায়ন সংনৈ ।।০।।

*  *  *

---

সিংল্লম লাইয়েক্ লাইখোৎপিনা "তাইবং" লোন্দগী খোরি লাংদুনা. ময়েক্ মশোন্ শেমদুনা পুথোক্লে। লোন্না ইমানি, ময়েক্না ইপানি। হাংব য়াদ্রব বাফম্মি হায়না, শরি বাশক্লখি।

খোংলি লাওবিবা "তাইবংচা" মপু মানা শেন্নি-শাবিব ভুক্তনি। মতম কৌব "লাই" অসিনা পোকপা, শিব, নাইব, থরাই পান্বে, অচৎ-চৎলো পুম্নমক্, মপু মাগী খুংশেম্নি।।০।।

---

# ৱাইখোং নিংথৌ লাইপুং

## খুন্গী পুংজাও

হিপুং ম্যাইপুং



১অহানব পুংলোন্ ঃ-

তঙ্-দা, তঙ্ -দা, তঙ্-দা, তঙ্-দা-।

পুং য়ৈবগী পুংখোল্-

অহান্বগী অসিনা মী ১না পুং য়ৈগনি।

ৱাহন্থোক্তি- কারক্লো,কারক্লো, কারক্লো,
কারক্লো,হায়বনি ॥০॥

২শুবগী পুংলোন্ ঃ-

তাগৎ- তাগা- তঙ্দা - তঙদা, - তঙ্দা- ।

অদুগা অনিসুবগী অসিনা,অতোপ্পা মী অদুনা মখোল হাপ্কদবনি, মী(২) অনিনা য়ৈগনি। পুংলোন্গী- ৱাহন্থোকতি। "কাদবা য়াদে কারক্লো-কারক্লো,,- শা-লান্গী কংলা লান্পুং থিল্লে, থিল্লে। কাদবা য়াদে কারক্লো- কারক্লো । হায়বনি ॥০॥

৩শুবগী পুংলোন্ ঃ-

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তগা | তগা | তং | তং | তা | তং | অ | - । |
| তররারা | তগা | তগা | তং | - | - | - | ॥০॥ |

অদুগা পুংয়েবদি-থৌরম্গী মতুং ইন্না, মী ২না পুংমাই অমমমদা মী অমমম্ না "পুংয়ে চৈ" অনি অনি পাইদুনা পুং য়েগনি। অদুগা খুন্গী লাইপুং ওইবনিনা পুংলোন্ থংবা মীসিংনা হেক্তা য়েবয়াই। অদুগা মী অমখক্তনা য়েবা য়াবা মতমসু লৈ। অসিগুম্বা খুন্গী লাইপুং পুংজাও অসিদি মীতৈ লৈপাক্কী চীং-তম্-(মণিপুর) গী খুন্গং কয়াদসু লৈ। অদুনা পুংগী পুংলোন্না চিংবসু, অসিনসু লোইনাইদে।

পুং অসিগী অশাংবা, মযুংদা ফুৎ-৮-নি-।

পুংগী মরেপ্ অৱাংবা ফুৎ-২-নি- ইঞ্চি ৪ নি।

পুংলি মশিংনা - - - - - ২৪ - নি· ।

ময়েক্ সেংনা তাকপিরক্পগীদমক্ ৱাইখোং খুন্জাবু থাগৎচরি ॥০॥

# "কোন-চক্" (কলি যুগ)

## মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখঙ্বগা

## খাবা নুংজেংবগা-চাইনখিবা

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখঙ্ব-কংলৈ পিবারেন্, কুম্সিং মসিং খংদনা নুংসাংনা, যাইফ থোইনা, কংলৈদা পান্দুনা লৈবমবা মতমদা-খাবা নুংজেংবা-(খাইনুংজেং) অসিগ ৱাবোন্নদুনা হুযেল্ লমসোং,খম্থেংববু সোক্লববদা,খাবনা ঙম্লৈগী খাবনা পাল্লে হায়দবব।

অদুদগী নোংদা লাইবেন্ পাখঙ্বা-খাবা নুংজেংবনা, তান্নবক্পদা পাখঙ্বা-খাংনা যানক্এদুনা, কংলৈ সনা পুং,থাদোক্তুনা, "তাওবোইনাংগী চাবেন্ মথঙা তোংদুনা" "লোইবেন সনা পুংদা" চেল্লকখি। লোইবেন্ সনা পুং হার্থবিবা লম্ অসি মতম অমদা "মোইবাং লৈপাক্পু" কৌনবম্মী। অদুগা পাখঙ্বনা,থাংজিং উনবা লাক্লে,অদুদা থাংজিংনা, পাখংববু লক্লগে খন্দুনা, লোক্তাক্তা লোংখ্রে.অদুদা পাখঙ্বনা চীংঙু থাংজিংবু, থিবা খংদ্রদুনা মথবাই ৱাবক্লবদা, খোইযুম্ লাইযাম্, পুম্নমক্লা, পাখঙ্বগী মতৌ যেংবা ঙম্লক্তদুনা হাযবক্ই। হে পাখঙ্বা,চীংঙু লাই থাংজিংদি লোক্তাক্ত লোংতুনা লৈবে হাযনা তাক্লক্লবদা, পাখঙ্বনা, থাংজিংবু থিবক্পদা, ফংনখিবা মফম অদুবু- লোক্তাক্,থাঙ্গ ঙাবম্ লৈকাই, ঙাচা ঈতাফম্দা, উনখি। অদুগা পাখঙ্বনা, থাংজিংদা পাউদম্খি। খাবা নুংজেংবগী মমাংদা ইকাইবা অমসুং নিংথৌ ওইবা যারোইদৌবা ৱাফম পুম্নমক্ তম্দুনা তান্নববদা,চীংঙু থাংজিং লাইনা হাযবক্ই। হে পাখঙ্বা,নহাক্ লোইবেন্ সনা পুং অসিদা মতম খরা ঙাইদুনা নিংথৌ ওইদুনা পান্খো। অদুগা খাবগীসু মতম খবা পান্জখিসনু,খাবগী মতম

খরা ৱাংলি লোইগদবা, হায়না তাক্পিরে, অদুগা হে পাখঙ্বা, থাংজিং ঐনা নমু মী ওইনা লাংওল্লগা, মহাক্পু তাম্থোক্কে হায়রক্ই।

অসুম্না চহি খরা লৈরবা মতুংদা, চীংঙু থাংজিংনা মোইবাংদা "সাবোন্ সানৌবা" হায়না কৌদুনা লাংওল্লক্কে। অসুম্না "সাবোন্ সানৌবা" নোংমা নোংমগী অসুম্ অসুম্ চাওসিল্লক্তুনা, পাখং ফারক্লবা মতম, অদুগা নোংদালাইরেন পাখঙবসু মচা নিপা ২ পোক্তুনা চাওবা সারেপ্ ফাবে। মপাবি অহন্ মুংয়াংচাওবা অমসুং তাংক্রুম্ লুম্লীবা হায়না কৌবা অনি (২) লৈবম্মী। মচা অনিনা পাখং ফংবক্লবা মতমদা, মচা নিপা অহন্ মুংযাং চাওবদা মোইবাংগী নিংথৌ খুবম্ সিন্নবম্মে।

অদুদগী "সাবোন্ সানৌবনা" তেংবাংদুনা "মৈদিংঙু পাখঙ্বগা, লাইসবাগা" তাওবোইনাইগী চীবেন্দা তোংদুনা-থাংজিংনা, সাওন্বা-পেনা অসৈবা, "মেল্লৈবনা" থৌগন্ তৌদুনা লাই পাখঙ্ ৭। লাইরুরা ৭। কা লোইননা-ইসৈ সক্তুনা, পেনা খোংদুনা, লোইবেন্ সনা পুংদগী "ৱাক্য়ে হিরেন্" তোংদুনা লোক্তাক্ পাৎ লান্নবা লাক্পদা, লোক্তাক্ পাৎকি ঈয়াই য়ৌরক্পা মতমদা, থৌগন্ তৌবিবা পেননা মরি অদু তৎতুনা, খোংবা য়াদদুনা সেল্লিঙৈদা, "লাইযিংথৌ পাখঙবা/লাইসরা" অনিমক্ সামুরৌদা হি থাংলগা হিগাদুনা, পেনা খোংদনা "কংলৈ সনা পুং" কংলাদা থুংলখি। থৌরম্ অসিদগী, মীতৈগী অহন্সিংনা ঙসি ফাওবা হায়নবি "পেননা সেম্মীঙৈদা সামুরৌ য়ৌখি,, হায়নরিবা অসিনি।

অদুদগী পাখঙ্বগা, খাবা নুংজেংবগা, অকন্বা লান্ থেংনদুনা লান্ কন্না সোক্লরবদা, থাংজিংগী লাংওন্, কেকে মোইরাং চাওব, মেলৈবা সাবোন্-(সাংতোন্) সানৌবনা, লীবি তেঙ্গা থোংদুনা তেন্ কাপ্পদা-খাবা নুংজেংবগী ঙক্সম তোংদম মঙক্ তেন্না কক্থৎতুনা

হাৎখি। অদুদগী খাবা মাইথিরে, খাবা নোংলুপ অমদি অঙৌবা পুরৈরোম্বদা চেন্সিনখ্রে। খাবা মরুপ্ অমদি তাংখুল্ অচিবদা চংদুনা তাংখুল্ ওইখিয়ে। খাবা মরুপ্ অমদি নোংচুপ লোম্‌দা চেন্দুনা কবুই নুংনাং ওইখিয়ে। অদুগা খাবা মচেৎ অমদি মখারোম্‌দা চেন্‌খিদুনা, মহৌ লোন্‌তাই ওইখিয়ে। খাবা নোংঙানবদি লাইয়িংথৌগী ফাংখোংদা চেন্সিন্দুনা কন্‌বিরে। অসিগী মতুংদা লাইয়িংথৌ পাখঙ্‌বা কংলৈ ফম্বালদা চহি ১২০ ফম্বাল তোংদুনা নুংঙাই য়াইফা থোইনা পান্‌খি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখঙবগী, লাইবৈমা মশানৌ লৈমরেন্ ফম্‌থোন্ কাখিবদি-চিংখৈ য়াইফু নিংথৌগী মমোম্‌লোই, মীতৈ লৈমাগী "লাংওন্- অথোইবি," লাইবৈমা-লাই-সবানি। অদুগা অমনা "লাইম্নাদি" পোইবৈতোনগী মচন্ নুর্পান, মীবৈপাক্‌চা, নোংপোক্ চারম্‌গী মীতোপান। ফম্‌থোন্ কাখদে, শোইনাইদে। ঙাবোন্ তুবেংগ্নবান।

অদুগা নোংদা লাইবেন পাখঙবগা পোইবৈতোন্‌গা লাল শোক্লে। অদুদা পোইবৈতোন্না, গ্রথোয ২ লাল শোক্লবোইসি, ঐগী ইচননুপি "লাইম্ন",, নংঙোন্দা পিবগে চাইন, পিবদগী লাল্ তোক্‌খি। পোইবৈতোনসু, লাংওন্ থোইনা পান্‌খ্রে। অসিনসু লোইনাইদে-মদোম্মদে"॥

## মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা
## লাংওন-কোনচক্-(কলি যুগ)
### কলি-কুম্শিং-৩১৩৫।
### খৃ: ৩৩ ফম্বাল্ তোংব মতম্-।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখংবা ফম্বাল্ তোংবা মতমদগী চহি ১২০ ফম্বালদা পাল্লম্মী।

মৈদিংঙু পাখংবগী মতমদা-মপারি অহন্ মুংয়াং চাওবনা মোইবাংদা, মনাইশিংবু শাহন্দুনা, "লাইপুং" শাদুনা পুথোক্খি।

## লাইপুং পুথোক্পা

মোইবাং মুংযাং চাওবগী মতমদা পুথোক্খি।

পংগী সক্তমদি অসিনি।



মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখংবগী মচাশং

১/ মুংযাং চাওবনে।

২/ তাংকুকম্ লুম্লিবনে।

মোইবাং "লোইবেন্ পুংদা" পোক্লম্মী।

## লাইপুংগী থম্ফম্ লাইসংগী সক্তম্



লাইগী পুং লাইপুং থম্বগী থম্ফম্দি, লাইগী সংদা থম্মে। লাইপুংবু তুংলম্চৎতা, খুন্ খুন্ খুদিংগী লাইপুং ১/১ থম্হন্খি। থম্ফম্দি, খুন্গী "উমং লাইগী,, লাইকোন্দা থম্লর্‌লম্মি। পুংগী লাইসং অমা তোপ্না শারগা মীরাইবনা কাঙম্দা। পোংব্রাইবনা য়ৌঙম্দব "সং" তালা মাগী উয়োক্‌কোন, পামেল্ মাগী উথাকোন্/ উরিংকোন্, সনাগী সংগাই নিংথিবা হংঙোই কোন্দে নুবাবিনা কুম্দম্ "সং" কংচেং কোক্‌চাওবিনা "য়াকা সং" "খুন্দিন্ সং" লুপাগী ফম্বাল্ মথক্তা, সনাগী থাকন্ মখাদা, পুং অদু ফম্বাল্ তোংদুনা থম্‌গনি। অদুগা লাইগী কাংজৈ-কাংহু, হুইথাদবা ২নি। লাইপুংগী লাইসং দা দোলাই মথক্তা থম্‌গনি। অদুঙৈগী চৎনা লম্দাংনি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন্ পাখংবগী মচা, মুংয়াং চাওবন সোরবেন্‌গী মচা নুপী অতোন্‌বি, কোরৌও অখোঙ্‌নিং চনু ব্রাঙ্‌পল অরাই লৈমা, পানতুনা চাতারল্লে মোইরাং কালৈদা।

নোংদা লাইরেন পাখঙ্‌বগী মচা ইবুংঙো মোইরাং মুংয়াং চাওবা দা চীংঙু নোংথৌ সোরাবেন্‌গী মচানুপী অরাই লৈমা অতোন্‌বিবু থাজরক্‌পদা উল্লক্‌পা পুংসি লাইনা পিবা পুংনি হায়দুনা, "লাইপুং" কৌখি। পুং অসি অমাং অসোই সম্নবা, সোক্লাব য়াদে। মরম্ অদুনা লাইপুং অসিগী থাংদোক থাংজিন্ থৌগন্‌গীদমক্ মনাই নুপী "লাইহন্নু"

কৌবি অমা তোঙান্না থমলক্ষ্মী। অসুম্ থোক্উ তম্বদগী নোংমা কোবৌদা মনাই নুপী অসিনা মসাগী থাগী মতম্ লৈবিঙৈদা পুং সোক্লুবদগী, লাইপুং অদু মাঙলে। সিজিন্নবা যাদ্রে, মখোল্ থোক্তবে। মদু খংবা উবদগী মপা ইবুংঙো সলাইবেন্ (সোবাবেন্) না সাওদুনা লাইগী "লাংঙু" পুংযৈবব্ কৌদুনা, সোবাবেন্না পুং অসি মোইবাং লোইবেন্ পুংদগী লৌখৎ হল্লুবে। অদুগা পুং অসি লৌখৎখিবা অসি তাইবং কনা শংহৌদেয়ে। অদুদা পাখঙ্বনা পুং লৈতরে হায়বা তান্দুনা হায়রকপদা পাখঙ্বনা, মপন্ পান্ত্রৌ সোবাবেন্দ হংলুবদা সোবাবেন্না হায়বকই। হে তাইবং নিংথৌও ঐনা লৌখৎহন্বনি। নংগা তাইবাশিং অদোম, মফম মবক, খংদবনা, খংদদুনা, মসা সেংদবনা সোক্লুপল্লুবগা, লাইপুং লাইনা পাংলনি হায়না তাকপিবে। অদুদা পাখঙ্বনা পুং অসি নিবদ্লবদা, মপন লাইয়িংথৌ, সোবাবেন্না হায়বকই। হে তাইবং নিংথৌও ঐগী পুং অসিগা মান্নবা নপন্ ঐগী, বংবা নিংথৌ হায়বা, মিংথেগা মান্নবা, "ব্রাং" কৌবা পামেল "ভু" অমা, তাইবং নিংথৌ নংগা মালেম্দা, হৌবব "ভু" অদুনা, পুং সাদুনা যৈনৌও তাক্পিবে।

অদুগা পুং অদুনা, হযেং তাইবংসিং নখোইগী ইবাং-থৌরম্ মতমদা অদুগা তবেং সেন্ফাং যৈদুনা, হযিগী মিংলেন্ সোন্নৌ। মতম্ অদুদা চীংঙু ঐনা মীৎযেং সাংখৈবিগে হায়না তাক্পিখিযে অদু নোংদা হাযদববা!

নোংথৌ সোবাবেন্ মপা ইবুংঙোগী, অউন্ পুং উদ্রবদা মচা ইবেম্মা অবাই লৈমদো, অঙাওবীগুম্ পুক্লিং নুংসুক্ নুংজানখ্রে। মতৌ অদু উবদা, মবুংঙো মোইবাং নিংথৌ মুংযাং চাওবনা মসানৌগী মতৌবু উকবগা, থম্মোয শোক্না নুংঙাইখিদ্রে। অদুদগী মুংযাং চাওবনা মনাইশিংদা হাযখি। ইদাইবেমসা চীংঙু লাইগী, লাইপুংগী মতৌ মসক্ মান্বা পুং অমা সাবো, হাযনা তাক্পিবদগী, মনাইসিংনা ইনিংথৌ, নিংথৌগী যাথংবু, তাংজা লুদা থোংনা পুজবগা, "ব্রাং" কৌবা উগী

উকক্ অমা কক্লুরগা লাইপুং মসক্ মান্‌বা পুং অমা শারে। পুং অসি য়েংবদা মতিক্ ময়াই মঙাল্ লৈবা পুংগী মসক্ মওংনি। পুং অসি উবদা, মসানৌ ইবেম্মা অরাই লৈমা অদু হরাওজরে।

অদুদগী মোইরাং নিংথৌ পাখঙ্‌বনা, লাইয়িংথৌ সোরারেন্‌গী পাওতাক্ মতুং ইন্না "ব্রাং" কৌবা "উ" বু য়ান্দুনা সাহন্‌খিবা তাইবং লৌসিংবা চাওববু, মপন্ নিংথৌ সোরারেন্‌গী পুংগা মান্ননা সাহন্‌খিবা, তাইবং চাওবা মাহাক্কী য়ুম্নাকপু ব্রাং কৌবা পামেন্‌গী মিংখে লৌদুনা, "ব্রাংলেম্বম্ য়ুম্নাকপু" মিংথোন্ ওইখি। পুং অদুবু সাবা লোইরদুনা, পুং অদু তিংখিবা তাইবং নমু পোং অদুগী য়ুম্নাক্‌পু-লাইরেন্‌জম্ হায়না কৌখি। অসিনা চিংবা লাইরেন্‌জম্ কৌখিবগী মরমদি পুং অদু তিংবদা লাইরেন্ মউন্না তিংখি হায়দুনা, লাইরেন্‌জম্ হায়না য়ুম্নাক্ মমিং অসি কৌখিয়ে হায়দবরা।

অদুগা পুং অসি লাইরেন মউন্না, পুংমাই তিংলে মখোন্‌সু থোক্লে। অদুগা পুং অদু উবদা, অরাই লৈমা ইবেম্মসু হরাওজরে। অদুদগী ইবেম্মা অরাই লৈমানা, মথৱায় হবাউ নুংঙাইবগা লোইননা, পুং অদু মানা হান্না হরাওনা পুং অদু য়ৈখি। অদুদগীসু "হবাও পুং" হায়নসু কৌখি।

অসিগী পুংগী স ক্রম্ অসিনা খুন্‌গী উমংলাইগী, লাইসংদা লৈরিবা পুং অসিনি। অদুবু পুং অসি কংলৈ মীতৈ চানদি "খুন্‌পুং" হায়নসু খংনখি। অদুগা পুং অসি হৌজিক্কী মতমদদি, লৈনদবা খুন্না নম্মি। অয়াম্বা খুন্দা অমসুং খুঙ্গংদদি লৈনদ্রে। মাংলমচংতা সিজন্‌নবদি, খুন্‌গী, পাউজেন্‌বদা অমা, অদুগা উমংলাই হরাউবা, লাইগী থৌরম্‌দসু সিজন্নে। অদুগা অমনা চহি অমগী ওইবা, লম্‌তা থা, থাংজা অহান্‌বা, অনি শুবা থাংজাদা খুন্‌গী লাই সরোই খাংবদসু সিজন্‌নরম্মী "অদুগা অশেংবা মক্তি-লাইগী থৌরম্‌দদি, লাইগী পুং, লাইপুং য়ৈদুনা, মতম খুদিংমক্তা সিজন্নগনি। অদুনা "ঈনাৎ" কী সক্তম্ ঙাক্কনি।

# লাইপুং-পুংলোন্

## হরাউ নুংঙাইবগী পুংলোন্

দ্রং, দ্রং, দ্রং, দ্রং, ।

লাইপুং পুংলোন্ অসি মসিং লৈতে, ইসৈ অমসুং জগোইগী তান্থা চানবা হন্‌জিন হন্‌জিন্না য়ৈগনি পুংলোন্ অসিনা ।

### লাইপূং পূংলোল্ অখাইবা

পুংলোন্দি ঃ- দং দা দং ।

লাইপুং পুংলোন্ অখাইবা ময়েক ৩ অসিনা খোংজোং তান্থানা চিংবা লৈদুনা খাইগনি । অদুবু অখাইবা পুংলোন্ হায়না কৌই ।।০।।

## লাইপুং পুংলোল্ অথাবা

অথাবা পুংলোল্ - দং ——— দা ।।০।।

অথাবা পুংলোল্ ময়েক্ ২ অসিনা ইসৈবু ওইরবসু জগোইবু ওইববসু তান্ থাগনি ।।০।।

মীতৈ পুং অরিবা মখন্ ৪দি । ঐবু তাক্পি তম্বীরকপা, পন্থৌ, ইকোক থঙা থাংগৎতুনা খংনবগী কোলোই মিংলেন্ পন্‌জবা নচানা, পন্থৌ ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ, পন্দিত অচৌবা মণিপুর পন্দিত লোইসং। পন্থৌগী শংগাই অখাম্ ক্লাসিকাইদা লাইগী শংলেন্ শাদুনা থম্মি। পুং মখন্দি তানয়ৈ পুংগী সক্তম্ ২/ লাইপুংগী শক্তম্ ২নি। অদুগা তানয়ৈরোন্। নিংথৌ চহি, কৌবা লাইরিক্লা চিংবা, তাক্পি তম্বীরম্মি পন্থৌনা। নচা অপংববু অরান্ অহুই ঙাক্পিয়ু ।।০।।

## "সেন্‌পুং-সেম্বুং"



**১শুবদ :-**

সেন্‌পুং হাযবা পুং অসি কনাগী মতম্‌দা শাদুনা পুথোক্‌খি "

সেন্দ্রেংনা-লৈনুং যাবিরোক্ পানদুনা মপাবি "মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখঙব" পোক্‌খি। নোংদা লাইবেন পাখঙবন-লাই সবা পানদুনা খুযোই তেম্‌পোক্, পোক্‌খি । মৈদিংঙু নোংদা লাইবেন্ পাখঙবগী মতম্‌দ' সেন্‌পুং শাদুনা পুথোক্‌খি। চীং-তম্, চীংবুরোই, তম্বুরোই, চীংমী-তম্মী সল'ই চা, মপাবি যেক্ ৭ তা, কংলৈ পীবাবেন্না তাক্‌পিখি।

হে পাবিংখোই "চীংবুরোই-তম্বুরোই," য়েক্-সলাই খুদিংমক্ নঙগী নঙগী সল্লাই খুম্থোক্‌ফম মফম্-"নুঙ, -পাৎ-উ "হৌফম্ তাফম্‌দা, "খুবম্ সক্তম্ লাইশং" অমমম সারগা, য়েক-সলাই পোক্‌খিবা থা, থবান, নুমিৎতা মাগী মাগী সলাইগী হৈ-লৈ পোৎলম্, ইপা, ইপু, অপোক্‌পা-অপোক্‌পীদা সলাইগী হৈকৎ, লৈকৎ তন্নগা মবুধৌগী মতিক্ ময়াইগী মসক্‌পু তাইবংনা কাউদনবা, লাংহৈ চহিগী নিংশিং পাল্লোন্ থৌ তৌদুনা, লাইনিং পরৈনবা মতমদা, তরেৎ সেন্‌জানা, হৈদুনা সাবা পুং, "সেন্‌পুং" য়েদুনা থৌগন্‌তৌ হায়ন তাক্‌পিখি।

# নুমিৎ খুদিংগী থৌনিবগী

## মতম তাক্পা

মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল্ পাখংঙবনা মপানি সেন্ ৭ সলাই ৯ দা চাংঙু পা ওতাক্পিবনি। "চাং-তম্ পারিখোই" নুমিৎ খুদিংগী, মঙাংগী পুংলুপ, লুখাংগা পুংলুপ, খুমল্গী পুংলুপ, মতম তদা, সেন্পুং যৈদুনা থৌনিজৌ, অদুগা সলাই খুদিংমক্তা, মতম তগী পুংগা পুংখোন্ তাবদা, অকাও পবৈ থাংদনা, লাইনিং পবৈজবগা, ইমুং মনুং তুরৈ, ইরৈ চে দনবা অদুগা যাইফা-থৌজাল্ ফংনবা, নুংঙাই যাইফনা পান্নবা শাগে লৈচাওনবা "সেন্পুং" যৈদুনা থৌনিজৌ, অদুগা নোংমগী মনুংদা মতম ও কাওগনু হায়না ইবুধৌ পাখংঙবনা তাক্পিবনি।

## সেন্পুংগী পুংলোন্

### মিহুন্ তাংককতি তরেৎনি

### তান্থা-১ অমুক্ হায়দোকপা

**পুংলোন্ :-** দুঙ, দুঙ, দুঙ, দুঙ, দুং, দুঙ, দঙ, ॥

অসুমনা মাংলমচৎ তদি, সেক ৭ সলাই ৯ না মথক্তা পুংলোন্ আস লোংমাগা মনুংদা মতম তদা পুং অসি যৈদুনা থৌগনু তৌখি। অদুদগী পুংগা পুংখোল্ তাবদা, লাইনিং পবে চেৎনাখি। অদুগা পুংলোন্দ, তানথা, কানবপ্ তৌনা যৈগনি। পুং যৈ চৈদি, লিগী মরু লাইবা চৈ ১নি। পুংয়েবাদ, মাগী মাগী সলাই গী পিবনা যৈগনিযে॥০॥

# লোয়যুম্বা শিনয়েন্

শকাব্দ ৯৯৬ তা মৈদিংঙু লোয়যুম্বান নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা লাইগা, মীগা পুন্না লাল্লুপ্ কারম্বদগী মীনা লাক্চদুনা লাইগী মখৈ মাংখরে। মীদনা শিল্হৌএ। পানা ৬ থোক্ল কাইযে। পনা মমিংদি, ১) অঙৌবা লুপ্তি লুপ্লেন্ লুপ্। ২) নোংমাই লুপ্তি থৌচা লুপ্। ৩) আকোং লুপ্তি কোংচা লুপ্। ৪) খুরাই লুপ্তি লুপ্খুবা লুপ্। ৫) লৈচোল্ লাক্পা, তোংলোং খোম্বানা লুপ্ অমা চিংএ। চিংচকপ্-খুবাই ব্রাংলে, লুপ অমা ব্রাংলে, খাইজনখি। ৬) খাইজকপ অসিনা পানা ৬ থোক্লা কাখিএ। মহাক্থক্তা ঙা থোক্উ থোক্পা, সা থোকউ থোক্পা, ফান্ অমা লৈএ, পিযো হায়বদা, পিদে হাযদুনা, মবাই অঙোম নিংথৌবু লান্ সোক্লহল্লুইএ। সেঙা ঙম্এ। "অব্রাংদা মাইন নিপান্ (৮) লাকি দ, মথংলেন চক্পা তাও, অংকোম্ তাও অসিনা চিংবা মী ৬ ফাবক্এ, হমসুং হাওকুদ লোইপোৎ পিদে হাযদুনা মযাম্বা, খমলাং পাম্সাববু, লাল সোক্লহল্এ। লান্দ হাওকুবাংগা, সনথিনবগা ফান্ক্এ, অমসুং লৈহৌদা লোইপোৎ যৌকবদা চাক, পিজনথো হাযদুনা, মৈদিংঙু লোযযুম্বনা চত্থুনা লাল্ সোক্লে, ঙম্লক্এ। লান্থোক্পদি লৈহৌ নিংথৌ খোমবেংবা ফাবকএ। অদুগী মখৈ উগ্র সকপা হৌএ। মহাকথক্তা যুম্বাক পুন্নক্ মসিল থৌহল্লমএ। মৈদিংঙু লোযযুম্বনা [illegible] ৪০ পাক্লমএ।

চখেল পুংগী নী, অসিনা থৌখল্দি নাকনা যৌএ, লাংথে পং যৌএ, সেন্ যেনে। চামবা শেংথনা চংকোই শাএ। মা খোঙ লেংলবদি পুংনা "চা থ্রা খঙনা" হাল্যে লাই। অদুগী হবাড়বসু পুং যৌরে। লাইগী পুংলোন খংনা যৌএ। আসনা চিংবা কয়া লৈখ্রে অদুগা অসিনসু লোইনাইদে।

লৈপাক্ অসিগী নাযেন্দি, লোযযুম্বা নিংথৌগী মতমদগী মীগী পানা ৬ থোক্লা কাদুনা, লৈপাক্ অসি রাযেন পথাপ্ সেম্খিযে। অসি খংনা, লৈপাক্, লৈতাইগনি "থে তাইবং মীওইব"॥০॥

পুরাবি লাইবিক্

১/ চৈথাবোল্ কুম্বাবা লামাই -৪ দা।
২/ লোযযুম্বা শিনয়েন লামাই -৫২-দা।

# লাংতে পুং, হরাউ পুং

লাংতে পুং হাযবদি,তাইবং পান্‌বা অসি যেক্কা খুরৌ লাং,অৱাবগী মসক্ ওইবা "লাংবু" পুং অসিগী,পুংখোন্ তাবদা অবা-অনা কাওথোক্লুনা পুক্লিংবু তেবা,অমসুং পেন্‌হন্‌বা ঙম্বা পুংগী মসক্লি হাযদুনা "লাংতে পুং"কৌখি। অদুগা অমুকসু কংলৈ মীতৈগী উমংলাই হবাউবদা সিজন্নবিবা পুং অসিগী মমিং অসি "লাংতে পুং" "হবাউ পুং" হাযনসু কৌখি। অদুগা অমনা,লাংতে পুং হাযবসি, লৈসেম্‌লোন্ ১সুং মীসেমলোনগী সক্রম্ অমনি। পুং অসি নুংগী ওইবা মতিক্ মযাই ১গী মসক্লি। হাযবদি,নহান্নোং তাইবং পান্‌বা মপু-সিদবা/সিদবি,২গী চকচাং লাংবুম্‌গী মসক মওং,"তিপুং/মইপুংদগী" সক্রম মওং অমা লৌথোকতুনা খোইযুম্, লাইযাম্না তানদুনা "লাংতে পুংগী,, সক্‌তম [illegible] [illegible]খি। লাইনা[illegible] পুংনা হাযদনা,লাইপুং অমসুং লাংতে পুং কৌখি।

[illegible] লাংতে পুংদি,খোইযুম লৈকোই নিংথৌ,সন্নমাইনা [illegible] লাং অসি যৌখ। অদুগা পুং অসি খোইযুম্-লাই, [illegible] মীনা [illegible]দুনা [illegible] চানবা,[illegible] মওং [illegible] [illegible] লাই হবাউব [illegible] কমিন [illegible] লৈসবকুপ"গা [illegible] [illegible] মতমগী ওইনা। লাইগী থৌদ[illegible] [illegible]দনা লাংতে পুং লৈদুনা চপ। চপগী লিক্লম কাউদনা [illegible] ফাওবা [illegible] লিক্লম ডাক্রা থৌগাদ তৌজাব কংলৈ চানা। অদুগা অমনা লাংতে পুংগী পুংলোন্ অসি মাশিং লৈতে তানজাগা মতুং ইন্না, চানবা তানকক থিদুনা যৈগনি। অদগা পুংযৈ চৈ পাইদুনা পুং লৈবদি,খুং যেংনা পুংযৈ চৈ পাইদুনা যৈগনি। ওইগী খুংনা পুংগী মক বোমদা তান থাগনি। অদুগা পুংযৈ চৈ যাওদনা খুংতনা যৈববসু যাই। অদুগা লাংতে পুংগী পুংযৈ চৌদ ১নি। পুংলোন্ মখাদা ইবি।

## লাংতে পুং-হরাউপুং



লাংতে পুংগী পুংলোন্দি

মিহন্ তান্থা ৮নি ।

তাইবং মীওইবগী হবাউ নুংঙাইবগী পুংলোন্নি অসিদি-।

১বা :-

ধেন্ : চোং   চোং   খেন্চোং   চোং

খেন্তা   খেন্তা   খেন্চোং   চোং   ধা ।

মথক পুংলোন অসিনা ৫ তানজা মেনজা চানা হনজিন্ হনজিন্না পুং য়েগান পুংলোন্ মাংং নৈংগে ॥৩॥

২সুবা :- পুংলোন্ অসিসু হবাউ নুংঙাইবগী পুংলোন্নি।

ধন্ ÷ তাং   তাং   ধন্তাং   তাং   ঐন্।

ধন্ত্রগ্রা   ধন্এগ্রা   ধন্তাং   তাং   ধা ।

অনি সুবা,লাংতে পুংগী পুংলোন্ অসিসু মথক্কী-পুংয়ে অদুগুম্না তান্জা মেন্জা চানবা, অনেম্- অরাং,নাইনা অসিসু হন্জন্ হনজন্না পুং য়েগনি । অদুগা পুংয়েবা, ভগোই শাবি, সৈসক্পা- সৈসক্পী,

তান্জা-মেল্জা, থাবা মানবা, মিৎযেং- নাযেং, মীৎলৈ- নাবৈ, ইহুন-মিহুন, মিৎকুপ নাহুম, পুংলোন্গী "তান্ থাবা" মানবা তান্ থামনন্নগনি। পুং, সেন্গী তান্থ।।

লাইহিক অসিদা পুথোক্চবিবা, লাংতে পুংগী সকতম্ অসি হৌজিক্ হৌজিকমক্ লৈবববা লোইসং, "জোহলান্ নেহরু মণিপুরী দান্স একাদেমি কোলেজ" অসিদা লৈবিবা, লাংতে পুং অসিমক্কী সক্তমর্মক্কি। অদুগা পুংলোন্না চিংবা যাম্না থবাই যাওনা তেংবাংবিবক্পা, পুকচেন্ চাওববা অমসুং ইকাই খুম্নজববা, জোহলাল্ নেহরু মণিপুরী, দান্স একাদেমিগী, লাংথেম লোকেন্দ্রজিৎ মযাই কোইবী চবুংবম লৈকাই দা লৈবা মীতৈ/ মাতৈ ঈনাৎকি মবমদা যাম্না থবাই যাওবিবক্পগীদমক্তা মখে লোতনা থাগৎচবি।।৩।।

## কৌব্রু চীংদা লাই হরাওখিবা মফমদি

কৌব্রু চাংগী ফ্লাইদগী বাংবা সনা মবম শাবা চীংগী, নোংপোক্ পাংবা মাংকৈদা থবা হাযখববগা "তোইবাং থেল ও" কৌবা মফমদা চহি অমগী মেবা থাদা নুমিৎ থবান অফবদা খোহমুম লাইশিংনা হরাওখি। অসিনসু লোইনাইদে।।৩।।

চীং-তম কংলৈপাক্ (মনিপুর)গী মীতে লৈপাক্কী লাইবম্লেন্দগী চহি মশিং খংদ্রবা মতম্গী লৈবক্লবা, অবিবা পুংগী সক্তম্সিং অসিনচানা থবা পুথোক্চবিবা অসিনসু লোইবা লৈতে। চীং-তম্ লমদম অথাপ্পা কাচিন কোযাদা, পুংগী মওং মওংগী সক্তম্ মখল কযা লৈবি, পুংগী পুংলোন্সু খোন্থোক্ মখল কযা খাযনা লৈবি অসিনসু লোইনাইদে।

২শুবা :- সকক্ পুথোক্চবদসু "ইনাৎ" যোক্পা লুপনা শিন্দুনা, মাইকৈ ৪ শুংদাই ৮ খাইনা চৎতুনা অমুক্কসু অবিবা পুংগী সক্তম্

মখন্ কযাস্ অঙম্বা মখৈ থিগৎচখিগনি। অদুগা অমনা,মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্ পুংলোন্গী "মিহুন পুংলোন্" (১০৮) গী পুংলোন। অদুগা "এনযৈবোন পুংলোন্" (১০৮) গী পুংলোন্ অদুগা চানবা মিংখৈ কযা অদুগা ফমদৌ (৬৪) গী পুংলোন্, অদুগা তানচপ্ পুংলোন্ (৬৪) অদুগা লাইবেম্বী পৌসা পুংলোন্ (৩২) অদুগা অহাপ্পা পুংলোন তান্জাগী মতুং ইন্না,মপান নাইদব-পুংলোন্সু ঙম্বমখৈ থিগৎতুনা "ইনাৎ" যোক্পা লুপ্লসু শিন্বিদুনা থৌগল্ লাংজগে হায়না থৌবাংজাব। অদুগা লৈপাক্ অসিগী অখং-অহৈ,কুর্কাসংদসু "ইনাৎ" কি ওইবা তেংবাংবয়ু, হায়না তাবা খাদা নির্জব। য়'ইফা থৌজাল পির্নবিয়ু হায়না লোল্লুকচবি।

## পানা ৪গী চৎনা লম্দাং

## খেৎনবা খুৎলোন খরা

পানা মবিগী পুংলোন্, মযেক্ মশোন্ চৎনা লম্দাং খোং থোক অসি খবা খবা অমগা অমগা, তান্জা- মেন্জা খবদি ইবাই ইনিন্ খবা মানদবদি লৈ। অদুবু তানবগা, অমতা ওইর্নদি অদুমক্ পুল্লি। অদুনা শিনত্তমলোই মহৈবোই সিংনা পানা ৪গী ওজা মশিং সুনা, থৌগন্ খনজবগা অমসুং তম্জবগা হৈজবগা লৈপাক্, মীযাম্ হাযবদি মাইকৈ ৪। থৌগন ফংজবর্বাদি। অদুগুম্না পুংযৈবা অদুবু মীযাম্না পুংযৈবা অহৈবা হাযনা খংনৈ॥০॥

# মীতৈ পুংগী সক্তম্

## পুথোক্‌খিব



ঈমদিংঙু খুযোই তোমপোকখি: ১৫৪ ২৬৯ 'নুংপান্নেন অতোংবি লৌদুনা, যাইমোংবগা, তাউথিংমাংগা, লৈমা লাইবোক লেম্বীগা ৩২ক পোক্‌খি। অদুগা লৈমা লাইবোক লেম্বীবু কৌব্রু নিংথৌ অঙাং ঙানা লৌখি। অদুগা কৌব্রু নিংথৌ অঙাং ঙানা অমসুং লৈমা লাইবোক্ লেম্বীগী মচানুপা কৌপবোন নামোইনু- নংপান পোম্বী লুৱাংবনা লৌদুনা, হেংনেম্ লুৱাং পুন্সিবা পোকযে। হেংনেম্ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা পাল্লম্বা মফমদি, লুৱাং মকুবি চীং।

১/ ইবেং পুৱাবি লামাই ৪০ পবে, ৭।

২/ লুৱাং কংলৈবোন্ নচিংবদা লৈখ্রে।

নোংপোক হাবম্ পোইবৈতোন্ খুনথোক্‌লোন্‌গী লাংওন্ অসিদি থৌবম্ থৌদোক্কী মতুং ইন্না- খুমল্ যেক্তসু চাদা নাওদা যেল্লম্মী। অদুগা অঙোম্ যেক্তসু চাদা নাওদা যেল্লম্মী। অদুগা লুবাং যেক্‌তা অমুক চংদুনা, চাগোক্ সলাই কযা সল্লম্‌খি। মাগী পুবাবী পাক্ চাওই "লুৱাং খুম্থোক্লোন্"।

খুযোই তোম্‌পোক্তি কংলৈ সুম্‌খোং মনিন্ নাইঙম্‌দনা নোংথোইবে "নুংঙাই থোইনা পাল্লে। অদু নোংদা মমাইবা- কোন্দে খুৎচুম মাইনা

"খুল্‌বি, লৌমল্‌" লাংদা হোইয়াল্লে। "উয়াল্লে" অদুগা "লুৱাং ৱাংলেল্‌ পুংতিংবনা" পুং তিংলে। পামেল্‌, ৱাং উকক্ ১ কল্লগা, উরাংহল, কংলৈ পুংখোই নেংকে, (পুং সারগা, পুংয়েগে) হায়না পান্বা কৈরাং, কুরাং পান্দম্ববু পুংলোন্‌ থোক্‌তে। কোরৌ নুমিৎ অমদি, নোংলুম্‌ য়াইরংচান্‌কী (সনা ৱাখল্‌ তৌনা) য়াথং পিরে। কংলৈ পুংখোই নেংলসুনো। "পুংখোন্‌ থোক্লসনো" হায়না, কোন্দে খুচুম্‌ মাইবু ৱাচুম্ন না (ৱা তানরগা) তুবি য়োইনোংদা, নোংদা লাইরেন্‌ পাখংবগী মসন্‌, "সেরা কোংতিংনু" ফামল্‌, (ফাদুনা) মুক্‌মু হাইমৈ চোন্‌বু, কুরাং মউন্‌ লৈনা হুনা সেম্‌। লিগী চগো পুংমাইদা সউন্‌ খুরৌ তিংনা, থাৱা লীপুন সিনা, লীনা ফাদুনা, লীনা পুংলি ফারে। ৱাংলেন্‌ পুংলোল্‌ সং সং থোক্লে। পুংখোন্‌ চুম্না থোক্লে। পুংবু ৬ য়ান্‌, খোংফাং ৭ থেংনা পাদম্ববু পচুরে। "চুনা চানরে" অদুদগী পুংগী পুংমাই অসি সন্‌গী মউন্তনা ওইনখ্রে।

১- পাখংবা লাইহুই লাইরিক্কী-<br>লমাই ১৭-১৯ ফাওবদা তাক্লি।

নুংবান্‌ পোম্বী লুৱাংবগী মদাইরেম্‌-লুৱাং মনাও সিন্‌হৈবা, ৱাংলেন্‌ নাহা পুংতিংবনা, "ৱাং নাকুপ্‌পিং" "উ" উকক্‌ অমা, কক্‌তুনা উরাং হল্লগা হক্‌চাং ফৈগন্‌, ফৈরু, খুক্লু কাং অনিগী, "মসক্‌-সক্তম্‌" মওং লৌদুনা, -"মরু-মনাও, লাইবা সক্তম্‌ অমা সাখি। মী ওইবগী" লু-নাওগী" মসক্‌পু-কোংদোক্‌পা, হায়বদি-কোক্‌ ১ সুং, খোং, তোন্‌ নাইবা, "সক্‌তম্‌ অমগী মসক্‌" "নুংগী ওইবা-নাওথোং" কৌবা সক্তম্‌ উনা সাবা কোইরক কোইবা, মসক্‌ অমা সারগা, অদুগা মনাওরোম্‌ থংবদা য়াচন্‌গী মসক্‌ ওইবা অমা হাপত্রনা, "পুংগী" সক্‌তম্‌ ১ সাদুনা পুথোক্‌খি। অদুগা লুৱাং মনাও

সিল্হৈবা, ব্রাংলেন নাহা পুংতিংননা সাদুনা পুথোক্পা, পুং অসিগী মমিং অসি অহান্বদা ব্রাংলেন্ পুং কৌই। অদুগা ব্রাংলেন পুংবু, শাখিবদি-কংলৈ মীতৈ চানা-সাবা পুংনি হায়দুনা তুংলম্চংত **"মীতৈ পুং"** কৌখি।

* অদুগা মীতৈ পুংগী পুংমাই অসি মৈদিংঙু খুথোই তেম্পেংদা মতমদা সজি মউন্না পুংমাই হাপ্পুনা যেংঙগা যৈবদা, সঙ্গিগুম্ পুংগী মখোন্ খোংএ হায, অদুদগী কৈগী মউন্না পুংমাই তিংদুনা খেংলগা যৈবদা কৈগুম্ খোংঙি হায, পুংখোন্ সেম্বা যাদে হায, অদুদগী সন, সন্দং মউন্না অমুক্, পুংমাই তিংদুনা যেংবদা সন্গী মউন্নদি, ওইহন্নীংবা পুংগী পুংখোন্ সেম্বদা থোক্ই হায, অদুগা মীতৈ পুংগী পুংমাই সন্গী মউন্না তিংখিবা অসি "চৈথাবোন্ কুম্বাবাগী" লাইথিক্কী অহানবগী লামাইদা পবেং ১১দা তাক্লি ॥০॥

## মীতৈ পুংগী পুংলি তিংবা
## সেম্ সাখিবদি

নোংদা লাইবেন্ পাখংবগী সন্ "সেবা কোংতিংনু" গী মউন্না পুংগী "মক ১সুং মনাও" গী পুংমাই অমসুং পুংগী পুংলি, ওইনবা সেম্ সাখি। অদুগা পুংগী পুংমাইদসু হাপ্খি, অদুগা পুংগী পুংলিসু ওইখি। অদুগা সেবা কোংতিংনুগী মউন্না, যাংকোক্ মওং সানা, কোইবক্ কোইনা কক্লগা, মযাইদগী হৌনা যাৎলগা পাংতিংদুনা সেম্খি। অদুগা মীতৈ পুংগী "অহোবা" উতোং অদু, তিন্জং কাইজংদনবা, "সুম্" চাদনবা, অমুবা মচুগী "খ্রে" তৈবগা ফজবা মওংদা কংহল্লগনি, অদুগা উতোংদুদা, "নাওথোং" হাপ্চল্লি।

* পুংলিবু যেলহৌঙৈদদি-পনম্চা কৌবন্মী হায।

অদুগা নাওথোং অদুগী মনুংদা "চগো" হায়না কৌবা, অকোইবা মসক্ অমনা য়াচন্‌গনি, অদুসু লীনা শাবা ওইরম্মি। অদুগা পুং শানবা "উ" গী উতোং অদুগী, "মরু অমসুং মনাওদা লিনা শারগা, কোয়রক্ কোইবা, "খুজিগুপ্বা" সক্তম্ অদু হাপ্‌পি। হৌজিক্তি অদুগী পোৎসক্ অদু, য়োৎনা ওইনা শানরগা হাপ্‌নরে। মরম্‌দি:- পুংগী উতোং অদু চপ্‌সিল্লক্তনবগীনি। পুং অদুগী মনাওরোম্ থংবদা পুংমাই "মরোন্" অনি হাপ্‌কনি। অদুগা পুংগী পুংমাই অনি অদুদা, পুংখুল্ নিফু (৪০) হুৎকনি। মরুরোম্ থংবা অদুগীসু মখুন্ হুৎকনি। অদুগা সন্দং নত্রগা সন্‌গী অথাবা মউন্না লোখ্রৌ লোল্লগনি, অদুগা পুংমাই মরু অমসুং মনাও ২ অদুগী পুংখুল্ (২৬) কুন্‌গা তরুক্, মবি লোন্‌সিন্দুনা চিংলগনি। অদুগা কংহল্লগনি। পুং অদু পুংলি-অসাংবা অমনা অমুক্ মহুৎ সিন্‌জীন্‌গনি। অদুগা মবি চিংগনি, অদুগা পুংমাই অনি। অদুগী মথক্ থংবা সকুক্ অদু-কোইবক্ কোইবা, নুমিৎ, থাগী, মওং সক্তম্ লৌদুনা, কক্লগনি। অদুগা অহান্‌বা চিংখিবা - মরি- কুন্‌গতরুক্ (২৬) অদু অমুক্ লৌথোক্‌খ্রগনি। অদুনা পুং অদুগী চগো লৌখ্রে। অদুগী মচিন্ মচা, মনাওগীনা- তরুক্ (৬) অদুগা মরুগীনা নিপাল্ (৮) লৌখৎলগা থল্লগনি মবম্‌দি:- মনাওগীনা, চগো লৌখ্রে। অদুনা খবপিক্‌ই, অদুগা মরুগীনা খরা চাওই। অদুনা মরু অমসুং মনাও অনি (২) অসি খবা খেৎনবনি। পুং অদুগী পুংমাইগী মচিন্দা খুদোপ্ কুম্বা মচা অমমম্ হাপ্‌লিবা অনি (২) অসিদি-পুংগী পুংনা কৌখি।

## পুংগী পুংনা পান্‌বা

পুংগী পুংনা হায়বদি-পুংগী পুংজিন্ অনি (২) দা য়েৎক-ওইগা, অনি (২) দা নুমিৎ, থা, অনিগী মওং সক্তম্ লৌদুনা কোন্‌থাং অকোইবা খুদোপ্‌কুম্বা অমমম্ হাপ্‌কনি মরম্‌দি, পুং অদু

য়ান্নবগীদমক্তা, পুংনা হাপলিবনি, অদুনা পুংলি য়ান্নবনি। অদুবু পুংগী পুংনা কৌই।

## পুং কাপ্ থাবা

পুংগী পুংখোল্ থোক্লবা, পুংলোল্ ফজনা পুথোক্লবা, পুংমাই অদুদা পুংখোল্ ফজনবা কাপ্ থাগনি। কাপ্ থাবগী পোৎলমদি য়োৎ মৈ ইক্পদা মৈচাক্ হেন্বা অকেম্বা, য়োৎকুপ্ অদু কুপ্লা তক্লগা, অদুগা চাক্ অসেংবগী চনাংগা, ঈশিং অসেংবগা মুন্না থিৎতুনা, কুপ্লা তক্লগা, পুংগী মবং-মনাও পুংমাই অনি (২) দা তৈরগা "নুংঙৌ-থৌ" অঙৌবনা" নান্দুনা নান্দুনা, তক্লগা সেম্বা অদুবু "পুং" কাপ্ থাবা কৌই।

## নুংঙৌ থৌ-অঙৌবা
## পুং কাপ্ তক্লনবা

নহান্নোং থৌবাল তোমচিংদা, "নোংপোক্ নিংথৌনা" "ইবেম্মা পান্থোইবীবু" লক্লঙৈ, পাম্বা কৈরেন্ ওল্লগা কিহল্লগ লক্লবদা, ইবেম্মা পান্থোইবিনা, "পাইম কজক্ হৌ" সাউদুনা ! নুংঙৌ থৌ, কৌবা নুংনা "পাম্বা কৈরেন্ লাংওন্বদা" নুংঙৌ, থৌনা থারুবদগী, লম্লেন্ মাগী কোলোইবু-থৌবান্ হায়না কৌখি। অসিগী নুং মখল অসিবু থৌবান্ তুবেন্দাসু তাই। অদুগা অসিগী নুং মখল অসিনা পুং কাপ্ থাবা মতমদা, পুংমাইদা, তক্-নান্গনি অসিবু পুং কাপ্ থাবা কৌই।

১/ পান্থোইবি খোংকুলগী
লমাই (১২৭-১২৮) দা তাক্লি ।।০।।

---(০)---

## পোংহৎকি সক্তম্ পুথোক্‌খিবা



পুংখোন্ অনেম্-অৱাং য়েংবা (পুং-তুকা) যেংবা কৌই।

পুংহৎকি অশাংবা ইঞ্চি -৬/৭ মুক্ সাংই।

পোংহৎ হায়বা খুৎলাই অসি উনা মকোক্ ওইবা, য়োৎনা মচিন্ তুম্তক তৌনা শাবা, পুংগী খুৎলাই অমনি। অদুগা পোংহৎ অসিনা পুংগী পুংখোল্, অনেম্- অৱাং, সেম্নবা পুংগী খুৎলাইনি "পোংহৎ" ।।০।।

## পুংগী ফিসেৎ তম্বা

মীতৈ পুংগী মবুক্তা "ফি অঙৌবা" অপাবা ফি মচা অমনা, অদুগা ফজবা মওংদা পুং অদু য়োম্সিল্দুনা সেৎপি, অদুবু পুংগী থৌগল্লোন্গী মওংদা, ইপা-ইপু আ, হাক্তক্তগী অসিগী থৌগল্লোন্গী চৎনবি অসি থম্বীবম্মী। অসিগী চৎনবি অসি ঙসি ফাওবা, থাদোক্পা লৈতনা, পুংগী থৌগল্গী মসক্ ওইবা "ইনাৎ,, কি সক্তম্বু কাইদানা ঙাক্লা চৎনরিয়ে ।।০।।

## পুংগী-পুংলি

লংনা শাবা থাংগং পুংয়ান্‌ফিগী

সক্তম্ শাদুনা পুথোক্‌খিবা

নহান্নোং হয়িঙৈ-ইবেম্মা পান্থোইবিনা, সেল্লোই লংমাই চীংগী পামলৌদা-থীংবাই পাম হায়দুনা, তোনৌ, সিনৌ লসিংবু হেক্লগা, লং

নাইদুনা,মকে লংদুম্ ১দগী,মকে লংদুম্ ৭কা লোইননা,মথং মথং নাইদুনা লং সুংদুনা,লং হন্দুনা, সিন্নাই "তরেং" থাদুনা,লং সুংখি। অদুগা কপ্ত্রেংদা হাপ্লগা,মোইথাপ্ নাইদুনা লংসুংলগা, পাংদিং মান্ননা তিংদুনা,সুনা লোন্দুনা সাবা হৌখি। অদুনা মসি "নোংথাং লৈমগী" সক্লোন্দা,অঙানবা মসেক্ মঙাল্গী সক্লোন্ লৌদুনা মঙাংগী মচুনা, লৈতেং ওইদুনা-থোল্লিবনি। মরম্ অসিনা পুংয়ান্ফি অমসুং পুংলি অসি অঙাংবা মচুনা ওইরিবনি। অদুগা অমনা পুংয়ান্ফি অসি সাবা হৌবা নুমিৎ ১,অদুগা সাবা লোইবা নুমিৎনা অমা,অনি থোক্লা খাই। মরম অসিনা পুংয়ান্ফি অসি ফিজিন্ ২ থোকই। হায়বদি মকোক্-মমৈ নাইবা,মসিবু তাইবংদা,পী অমসুং পা.হায়দুনা সক্তম ২ অসি লাক্খি। অসিবু পুংয়ান্ফী,পুংলিগী মনা কৌই। মসি পুংদা হাপ্তুনা অনিগী তাইবং কুম্মৈ, সানবগীদমক,থুপ্কি অমা য়াওগনি। মরম্ অসিদগী তৎপা কাংবা নাইদবা তাইবং কুম্মৈ সানমিন্নৈ হায়বনি। মরম্ অসিদগী পুং হায়বা সক্তম্সে, "মৈ,ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা," ৫না তিল্লবা ! তেংবান্বা মপুগী, মতিক্- ময়াইগী, মিংখৈরেন্ য়াওবা মরম্না, পুংবু অমুক্ ফিয়োম্ অমনা য়োম্দুনা, "নাওয়োম্ গুম্-য়োম্লীবনি" পুং ফিসেৎ লৈতেংলিবনি। মসি থৌগন্গী মসক্লি, মীতৈ ঐখোয়গী থাজানবি লাইনিংগী চৎনলম্দাংনি হায়দবরা ॥০॥

## খুংথাংগী সক্তম্ পুথোক্পা

খুংথাং হায়ব অসি,খুংশা মরি (৪) অসি পুং য়ৈবদা নাদনবা ফি নত্রগা সউন্না কক্লগা সেম্বা,"পোৎসক্ অমনি। খুংশাদা উপ্সিন্বা পোৎ মখল অমনি "খুংথাং" ॥০॥

# য়েল্‌হৌঙৈদা মীতৈ পুংগী পুংমাই তিংখিবা সউন্

তান্‌যে পুংগী পুংমাই অসি লাইরেন্‌গী মউন্‌না অহান্‌বদা তিংখি অদুবু খোন্‌জেন্ মখোল্ অসি, মনা, খরা পংতক্ পংতক্ তৌই।

অহান্বা :-

লাইবেন্ মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

২সুবদা :-

ক্বাক্ মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

৩সুবদা :-

হংঙোই মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

৪সুবদা :-

হামেংগী মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

৫সুবদা :

সাজিগী মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

৬সুবদা :

কৈগী মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

৭সুবদা :-

সন্‌গী মউন্‌নসু — পুংগী পুংমাই তিংখি।

অসুম্না মীতৈ পুং, তিংখিবগী মউন্ মখল্ অসি ৭ সুই। সউন মখল্‌সিং অসিন', মথং মথং সিন্দুনা, চুনবা অমসুং চানবা খোন্‌থোক্, খোন্‌জেন্ মওং য়েংখি। অদুগা মতমগী খোন্‌জেন্ অপাম্বা, চানবা, চুনবা খন্দুনা, সন্‌গী মউন্ অসিতনা, "পুং" খুদিংমক্কি ওইনা, পুংমাইদা, হাপ্তুনা সিজন্নখ্রে। অদুগা অমনা মনাও

অসি, সন হনুবীগী মউন্না হাপ্পা, অদুগা অমনা পুংগী মরুদনা, সন্নাওগী মউন্না হাপ্পা অসি, পুংগী পুংলোল্ ফজবা হেল্লি হায়না অখং অহৈ, ওজা সিংনা অসিমসু তাক্পি ॥০॥

অদুগা কাক্কি মউন্না তিংদুনা, শাবা পুং/হংঙোইগী মউন্না তিংদুনা, শাবা পুং অসিদি, পুং অপিক্পা মচানি। খুৎনা পাইদুনা য়ৈবা, শানব পুংনি হায়না পন্থৌ ওইবন, নচা শৈরাংবদা তাক্পিরম্মী ॥০॥

## পুংগী নাউথোং করম্ করম্বা

## উন-সাখি

মীতৈ পুংগী নাউথোংদি- 'উইন্, উনসু সাই ,'খেউ, উনসু সাই, 'মংগে, উনাসু সাই। হায়রিবা উ মখল্ ৩ অসিনা সারগতদা, পুংগী মখোন্ চুম্মি হায়। অদুগা হায়রিবা উসিং অসিগী লেম্ফু অমসুং মরা অচৌবনা সাবন অমুক্কসু হেন্না মখোল্ লুম্বা ফজবা হেল্লি হায়। অসিসু অখং অহৈ ওজা সিংনা তাক্পিয়ে।

## মীতৈ পুং সাবা উ

১বা- ব্লাং নাকুম্প্পি। ২সুবা- ব্লাং থিনম্বী। ৩সুবদা- উরাংমৈ। ৪সুবদা- কুবাও। ৫সুবদা থৈবোং। ৬সুবদা-হৈনৌ। ৭সুবদা-তাইবেন। অসিন শাই।

অদুগা ব্লাং হায়বা উ অসি মখল্ ২ সুই। ব্লাং থিনম্বী উনা মনা পাক্ই, মহু পৌই, উয়াংঙি। অদুগা ব্লাং নাকুপ্পিনা, উ মহু কুপ্পি, মসা হক্ই, পুংখোল চুম্না হেল্লি। অদুগা থৈবোং উসু মখোল্ সেংবা ঙম্মী। অদুগা "তাইরেন্ অমসুং কুবাও" না চিংবদি পাংগন্বা ওইদে। অদুগা থৈবোং উ না শাবা পুংদি, মতিক্ ময়াই কল্লি হায়নসু, অখং-অহৈ সিংনা তাক্পি ॥০॥

খুনুং "চক্তগী" হৌনা লৈনুং লোনজা পাখঙ্বা, মতমদগী মীতৈনা পূং সাবা হৌবকপা অসি - উ- তনা সাই পূং খুদিংমক

## ক্লাক মউনগী পুংগী
## হৌরক্পা ৱারি

খুমন্ কংলৈগী-নিংথৌ ক্লাক্পা থৱান থাবগী মতমদা, মনাই সিংনা মোইরাং কংলৈদা লৈবা, পুং-ক্লাক্ মউন্গী পুংবু লৌরুই।

অদুগা হিদা হাপ্লগা লোক্তাক্ পাৎ সম্দুনা পুং অসি পুবক্খি। অদুদগী লম্লেন্ খুমন্ কংলৈগী-ইকোপ্ পাৎতা তারক্খি। অদুগা ইকোপ্ যাইপন্ সোইগী ভম্খৈ যৌবক্লবদা ক্লাক্ মউন্গী পুং অসিনা হি মনুংদগী, ঈশিংদা চোংথখিদুনা তাম্রে। পুং পুবক্লীবা, খুমন্ মচাশিংনা খুদক্তা ঈশিংদা চোংথাদুনা, পুং অসি ঈকপ্নদুন থিনবে। অদুগা খিবা যাবা কয়া থিববদা, ফংদ্রদুনা খুমন্ মচাশিংনা খন্নবে। মসিগী পুং অসি খুমন্ ইবৈ পুংদা লৈনিংদ্রমাল্লে, হায়না খন্নদুনা, ফবে চৎলসি হাযনদুনা-হি হোন্দুনা লাক্লে। অদুগা খুমন্ নিংথৌ থৌবান্ তেম্জিংদা লৈবা "ক্লাকপা" থৱান্ থাবদা তম্মখি। "ক্লাক্ মউন্গী পুং" অসিগী অকৃপ্পা ৱাবিদি খুমন্ কংলৈবোন্ অমসুং মোইবাং কংলৈবোন্দা মিৎয়েং তাবিবগা, অসিগী মনুংগী অকুপ্পা ৱাবি মসক খংগনি ॥০॥

১/ খুমল্ কংলৈরোন্।

২/ মোইবাং কংলৈরোন্দা।

১০শুবদ :-

মীতৈগী পালা মিংখৈবেন্গা, ইশৈ শৈশক্কী থৌরম অসিনা মীতৈ কাংলুপ্কী ওইবা থাজনবি পান্দম কবিনো?

মৈতৈ/মীতৈগী পালা মিংখেরেন্, থৌরম, ইশৈগী থৌনিরোন, মিংখেরেন অসিনা, য়েল্হৌঙৌদগী "হয়ি চক" তগী হৌনা পুং, ইশৈ, অসি য়াম্না থৱাই য়াওজবা-পাম্জবা কাংলুপ্, ফুরুপ্ অমনি হায়বদা থোইনা হায়মন্বা থোক্লোই। মরমদি-মৈতৈ/মীতৈ ঐখোয়গী চৎনবি। "ঈনাৎ" কি ওইবা মী-পোক্পা, মী-শিবা, থৌরম্ খুদিংদা পুং, ইশৈ, মিংখৈগী মশক্না থৌরম্ থৌনি তৌই। অসিনা মৈতৈ/মীতৈ নাৎকি থৌ পাংথোকই। মীতৈ "নাৎকি" ওইবা সন্নমহি (সনা-মহি) লাইনিংগী চৎনবি মিংখৈ মিংলেন্না সক্ শোন্দুনা য়াইফা থৌনিরোন্, ইরাৎ-ইশোন্গী থৌরম অসিনা মৈতৈ/মীতৈ গী থজনবা থৌরম্ অথোইবা হায়বদু ওইখ্রে।

মবম অসিনা "কোন্ন চক্" কী মতম হায়বদি-খ্: তগী আ: মমাংদগী অমসুং মতুংদা ফজবা মওং তানবা কয়া শেম্খি। মৈতৈ/মীতৈগী ওইবা মওং তানবা নাৎকি ওইবা তোপ্ তোপ্পা লাইনিং মিংখৈগী সৈসক্ মখল কয়া থাইদুনা লৈরম্মী। অদুনা মীতৈ/মৈতৈগী পালা ইশৈগী থৌনিরোন্ মিংখেবেন অসি অসুক য়াম্না কুইরে হায়বা তাক্লি। অদুগা মৈতৈ/মীতৈগী পালা মিংখেরেন্গী শৈশক্ থৌরম্ অসিনা মীতৈ কাংলুপ্কী ওইবা থাজনবি পান্দম্দি, অসিনি। "মীতৈগী পালা মিংখেবেন্" ॥০॥

**১১শুবদ :-**

মীতৈ পুংগী পুংলোন্ কবম্না পুথোক্খি?

মীতৈ পুংগী পুংলোন্ পুথোক্খিবা হাযবা অসিদি, তাইবং মীওইবশিংনা, পুংয়ৈচৈ-চৈবুন, পাইদুনা য়েববু ওইরবসু নত্রগা খুৎকি খুৎখৎন, পুং য়েববু ওইরবসু অদুগা তান্কক্-তান্থা (মাত্রা) খুৎকি-খুৎথা, খুৎখৎনা, পুংগী পুংলোন্ অসি পুথোক্লখি। অদুদগী,

মালেম্ দা নৈরিবা মীওইবনা পুংলোন্ অসি, মাগী মাগী ওইবা, 'পুংলোন্, পুথোক্পা খুদিংমক্পা, মখল-মখা, পুথোক্লিংবা, পুংলোন্ মখন্ কযা অসি পুংগী, "পুংমাইদা" ফুদুনা, খুৎফু তান্থা খুৎথানা, খুৎ-খৎনা, ওইহন্নিংবা-পুংলোন্গী, ময়েক্ মখন্ লোইনাইদবা, পুংগী পুংলোন্- খোন্থোক্ মখোন্ শেম্- শাদুনা খোইয়ুম্ লাইগী মতম হায়বদি-নাহান্ নোংদগী হৌনা, লাংহৈ কুম্শিং, খংদ্রবা মতমদগী মাগী মাগী ওইবা, পুংলোন্- পুথোক্লবম্মী, ঙসি ফাওবা অকাউবা লৈতনা-পুথাং কোক্লা- পাথাংকোক্তা, মথং মথং তাক্পি তম্বীরম্মী "পুংলোন্" ॥০॥

**১২শুবদ :-**

মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্গী পুংলোন্ অমসুং পালা লেপ্পগী সক্তম্ কাংলোন্ অসি কননা পুথোক্পিবম্মী ?

মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্গী পুংলোন্ অহৌবা অসি তান্নয়ৈ পুংনা মতম্ সাগৎলক্পা, ইবাই ইনিন্দগী লৌখৎতুনা, "লুৱাং নোংবান্ পোম্বী লুৱাংবনা" (লুৱাওবনা) পালা মিংখৈরেন্ পুংলোনবু অহান্বা পুংলোন্ অহৌবা ময়েক্ মপি মঙাদগীনা, মথং মথং পুংলোন্ ময়েক্ মপি কুন্থানিথোই (৩২) অয়ুক্কী খেন্ অনি (২) অদুগা, নুংথিন্গী খেন্ অনি (২) পুংলুপনা মতম্ শাগৎলক্পা মীতৈ পুংগী খেন্ মরি (৪) গী পুংলোন্ মশিং সুনা পুংগী পুংলোন্ পুথোক্পিরম্মী।

অদুদগী পুংলোন্ ময়েক্ মখল কয়া হায়বদি-শৈসক্কি মতুং ইন্না তাংকক্-তান্থা (মাত্রা) কয়া মখল্ মখল্ পুথোকখি। হৌজিক্ ফাওবদা শৈসক্কী মতুং ইন্না অহাপ্পা পুংলোন্ পুংথোক্পগী তাংকক্ তান্থা

ঙমখে নাইদনা ওজা পুংয়েবা কয়ানা পুংলোন্,কয়া পুথোক্লদুনা, মিংখৈগা, পুংলোন্গা চানবা-অহাপ্পা পুংলোন্ কয়া হাপ্লদুনা পুং অমসুং ইসৈগা কোননা থৌগন্ তৌবিবা অসিনি।

মৈতৈ / মীতৈগী পালা মিংখৈবেন্ পুংলোন্ অসি হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা, তাংকক্ তরেৎ (৭) থোক্লা খায়দুনা অদুগী মনুংদা ওজাশিংনা, তান্জাগী মতুং ইন্না মিংখৈগী চানবা অহাপ্পা পুংলোন্ কযা হাপ্তুনা, পুংযেবা ওজাশিংগা, ইসৈ সক্পা ওজাশিংগা অনি তান্দুনা মিংখৈ শোন্বা অদুগা পুংলোন্ অসিগী মনুংগী অকুপ্পা মবোন্দি, অহান্বদা-সৈহৌ পুংলোন্। ২শুবদা-সৈথং পুংলোন্। ৩শুবদা-তান্থা ৩গী পুংলোন্ । ৪শুবদা-মেল্ লাংবুম্গী পুংলোন্ কযা। ৫শুবদা-তান্চপ্ পুংলোন্ । ৬শুবদা-মেন্কুপ্ পুংলোন্ । ৭শুবদা-শৈবোই পুংলোন্ । অসিনচিংবা তাংকক্ ৭থোক্লা খাইবা মনুংগী অকুপ্পা/অকুবা ইচেন্দি, মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্ পুংলোন্ শৈসক্কী মনুংদা থুপ্তুনা লৈখ্রে। মীযেং তাবীনবা তাবা খাদা কৎচবগা লেম্যননা নোল্লুকচবি, লোইনাইদ্রবা থৌবম্নি।

"মীতৈ পুং পালা মিংখৈবেন্ পুংলোন্"

মমাংঙৈদা মীতৈ পুং খবা চাওনা শাংনা সাই, খেঞ্জো (চোলোম্) সু. খোং খুবোম্ যৌনা থাংকৎপা যাদে, খোংদগী খুনিং হুই অমা কাংখৎপা, খুদোন্ খোংবি লুক্পা চৎনবন্মী॥০॥

---

মিওইবগী পুংলোন্ ময়েক্তি-মাগী মাগী মবোন্দা মযেক্ শেম শাদুনা পুথোক্খি, "পুংলোন্ মযেক্" ।

---

